# মহাকবি কালিদাস অমসুং মাগী সাহিত্য

২৯ মার্চ, ১৯৮১ দা কমখিবা সেমিনারদা
পাংথাকখিবা প্রবন্ধশিং



# মহাকবি কালিদাস অমসুং মাগী সাহিত্য

২৯ মার্চ, ১৯৮১দা কমখিবা সেমিনারদা পাখোকখিবা প্রবন্ধশি )

মণিপুর সংস্কৃত পরিষদ, ইম্ফাল

## হীরম লমাই

# বাহৌদোক

মণিপুরদা সংস্কৃত লোল অমস্তুং সাহিত্য তম্ব অসি য়াম্না শাথীনমক শিথখরে। মণিপুরগী হাইস্কুল, কলেজ অমস্তুং বিশ্ব-বিদ্যালয় ফাওবদা লোল অসিগী মফম লৈখিদ্রে। মণিপুর সরকারগী টোল অমা অমস্তুং অতোপ্পা লমাই সংস্কৃত বিদ্যালয় মরি-মঙাদা ছাত্র খরতং মমিংদা ওইনা তমচুনা চহী কয়ামরুম অসি লৈকই। হৌখিবা চহী মারমঙা অসিদা মণিপুর সরকারনা পুক্কুং থোগংপদগী সংস্কৃত পরিষদনা কোইনা চঠুনা প্রচার তৌবা অমস্তুং সংস্কৃতকী পরীক্ষা লৌবা হৌরকই। হৌজিক মণিপুরগী মফম কয়ামরুমদা পুন্না সংস্কৃত বিদ্যালয় কুনলোম লৈরে। চহী অমদা ছাত্র চামঙা-চাতরুকলোম পরিষদকী পরীক্ষ শিংদ ফম্লি। সংস্কৃত লোলগী চর্চা য়ামনা য়াংলবা লমদম অসিদা মণিপুর সংস্কৃত পরিষদনা অহানবা ওইনা সংস্কৃত সাহিত্যগী মারদা সংগোষ্ঠী (Seminar) তৌনবা হোৎনখি। লমদম অসিদা সংস্কৃত সাহিত্যগী মরীদা Seminar তৌবা অসি শরুক য়াবনবা লৈরোইদ্রা হায়না য়ামনা কিনা থন্নখি অদুবু এখোয়না খল্লম্বগী ওন্না তৈনবদা য়ামনা মহৈ য়াম্না মসি পাঙথোকখি। নৈনবা অসিদা মী চাম য়াম্ভোরোম্না শরুক য়াখি। মহাকবি কালিদাসকী পুন্সী অমস্তুং মাগী তোঙান তোঙানবা মরুওইবা লাইরিক তরাগী মরীদ পণ্ডিত তরানা প্রবন্ধ পাখি। প্রবন্ধশিং অদু নমথোক্লুনা ময়াম্গী মাঙদা পুথোকচরি। মসিনা পৃথিবী শিনবা থুংনা ফাওরবা কবি অসিগী মরীদা য়ামনা মপুং ফানমক নত্রবস্থু খন্নমথৈদি খঙবা ঙম্নগনি আশা তৌজে। সংগোষ্ঠী অসিগীদমক মণিপুর সরকারগী এডুকেশন দাইরেক্টরেটনা লুপা লিশিং অহুম, সোশিয়েল রেলফিয়ার, আর্ট অমস্তুং কলচরগী দাইরেক্টরেটনা লুপা লিশিং অনি, মণিপুর ষ্টেট কলা একাদমীনা

লুপা চামদ্রা অমসু, মণিপুর বিধান সভাগী অধ্যক্ষ শ্রীযুন্নাম য়াইমা সিংহনা মাগী দিস্ক্রেশনরী ফন্দদগী লুপা লিশিং অমা পীবিখি। সংগোষ্ঠী অসি হৌদোকপগী সভাদা মণিপুর বিধান সভাগী অধ্যক্ষ শ্রীযুন্নাম য়াইমা সিংহনা প্রধান অতিথি ওইবিখি। লোইননা মমল য়াম্লবা ভাষণ পীবিদুনা পরিষদপু পুক্নিং থৌগৎ পীখি। শ্রীদ্বিজমনি দেব শর্ম্মা, পরিষদকী সভাপতিনা সভা হৌদোকপদা অমসুং সংগোষ্ঠীদা সভাপতি ওইবিখি। প্রোফেসার নীলকান্ত সিংহনা সংগোষ্ঠী অসিগী দাইরেক্টর ওইবিখি অমসু, কালিদাসকী পুন্সি অমসুং সাহিত্যগী মরমদা মমল য়াম্লবা ভাষণ পীবিখি।

ঐখোয়না সংস্কৃত সাহিত্যগী মরীদা নৈনবা ইহান হানবা সংগোষ্ঠী অসিদা করিগীদমক্তা কবি কালিদাসপু খল্লুরিবনো? মহাকবি কালিদাস সংস্কৃত সাহিত্যগী কবিশিংগী মরক্তা খ্বাইদগী ফাওবা অমসুং খ্বাইদগী মীনা পাম্বা কবিনি। ভারতকীদা নত্তনা পৃথিবীগী মনুংদা খ্বাইদগী ফাওবা কবি অমদি নাটককার নি হায়বা য়াই। কবি কালিদাসতি মহোশা খুংশেমগী পুজারীনি। প্রকৃতিগী ফজবা য়েকপদা মহাক্কী কবি চিসি ফাওবদা সংসারগী সাহিত্যদা লৈত্রে। কবিশিংগী মগুণ শংথারকপদা কালিদাসপু খ্বাইগী মাথেদ থম্মি -

পুরা কবীনাং গণনাপ্রসঙ্গে কনিষ্ঠিকাধিষ্ঠিত কালিদাসঃ।
অদ্যাপি তত্তুল্যকবেরভাবাদনামিকা সার্থবতী বভুব॥

থাহনা মমাংদদা কবিশিং খুং থেংনুনা মশীং থারকপদা খ্বাইগী অহানবদা খুংনাউবীদা কালিদাসকী মিং থমখি। অদুবু কালিদাসকা মান্নবা কবি অমা লৈতবদগী অনিশুবা খুংচা থেকতুনা মশীং থাবা য়াদ্রে। মরম অসিনা খুংনিংথৌগী অনামিকা (মিংনাইদবী) হায়বা মিং অসি অর্থ লৈহল্লি। কালিদাসকী মরমদা লাইরিক অসিদা য়াম্না নৈনরক্লগদবনা য়ামনা ইক্লবনা

কান্নদে অহুব, মাগী পৃথিবী ফাওরবা নাটক "অভিজ্ঞান-শকুন্তলম্"
পাক্লবদা পুক্নিং শুম্নাংখ্রবা জর্মনগী কবি গেটেনা শকুন্তলাগী ফজবা
থাহনা ইখিলা শৈরেংগী E B. Eastwick না ইংলিসতা
হন্দোকপা অসি নৈনশিঙ্ঙইহিনি—

Wouldst thou the young year's blossoms
and the fruits of its decline,
And all by which the soul is charmed,
enraptured, feasted, fed,
wouldst thou the earth and heaven itself
in one sole name combine?
I name thee, O 'Sakuntala' and all at once
is said.

নানা বসন্তগী লৈরাং অমদি কালেনগী হৈরাং মফম অমতদা
উবা পায়ুবা, মহুগী অওবা শক্তমগা হাকথে ননিংলবা, মীওইবগী
পুক্নি' শুম্নাংবা, নুংঙাইহল্লিবা, পেলহল্লিবা অমস্রুং মপুং
ফাহল্লবা, পৃথ্বী অমস্রুং স্বর্গগী ফজবনু পুন্না উনিংলবা অহু
ওরবদি শকুন্তলা নৈনৌ।

কালিদাসনা ইবা লাইরিক মখাগীশিংসিনি হায়নৈ—
অভিজ্ঞান শকুন্তলম্, বিক্রমোর্বশীয়, মালবিকাগ্নিমিত্র, রঘুবংশ,
কুমার সম্ভব, মেঘদূত, ঋতুসংহার, কুন্তেশ্বর দৌত্য, অম্বাস্তব
কল্যাণস্তব, কালীস্তোত্র, কাব্য নাটকালঙ্কার, গঙ্গাষ্টক, ঘটখর্পর,
চণ্ডিকাদণ্ডকস্তোত্র, চর্চাস্তব, জ্যোতির্বিদাভরণ, দুর্ঘটকাব্য, নলো-
দয়, নবরত্নমালা, পুষ্পবাণবিলাস, মকরন্দস্তব, মঙ্গলাষ্টক, মহা
পদ্মষটক, রত্নকোষ রাক্ষস কাব্য লক্ষ্মীস্তব, লঘুস্তব, বিদ্বদ্বিনোদ-
কাব্য, বৃন্দাবনকাব্য, বৈদ্যমনোরমা, শুদ্ধচন্দ্রিকা, শৃঙ্গারতিলক,
শৃঙ্গাররসাষ্টক, শৃঙ্গারসারকাব্য, শ্যামলাদণ্ডক, শ্রুতবোধ অমসুং
সেতুবন্ধ।

মথক্কা ইরিবা লাইরিকশিং অসি অয়াম্বনা ফংলি, খরা ফংদবশু য়াওই। হায়রিবা লাইরিকশিং অসি লোইনমক কালিদাসনা ইরম্বরা? হায়বা অসি য়ামনা য়েংনরিবা য়াহং অমনি। লাইরিকশিং অসিদা য়ামনঃ হন্থবা থাকী লাইরিকসু য়াওরি। মখোয় অহু পৃথিবী শিন্না ফাওরবা মহাকবি কালিদাসনা ইরম্বা ওইথোক্কে। তরাশুবা শতাব্দীগী হৌরকপদা লৈরম্বা কবি রাজশেখরনা কালিদাস অহুমগী মরীদা পল্লম্মি—"একোঽপি জীয়তে হন্ত কালিদাসো ন কেনচিৎ। শৃঙ্গারে ললিতোদ্গারে কালিদাসত্রয়ী কিমু।" মথক্কা পল্লিবা লাইরিকশিং অসিগী মথুংদা অহানবা তরেং—রঘুবংশ, কুমারসম্ভব, মেঘদূত, ঋতুসংহার, অভিজ্ঞান শকুন্তল, মালবিকাগ্নিমিত্র, বিক্রমোর্বশীয় অসি কবি কালিদাসকী থুংইনি হায়নৈ। কনাগুম্বনদি ঋতুসংহারসু কালিদাসকী নত্তবরা হায়না চিংনবা য়াওই।

অরোইবদা সংগোষ্ঠী অসিগী দমক মতেং পীবিখিবা মণিপুর সরকারগা বিভাগশিং, প্রবন্ধ পাবিখিবা পণ্ডিতশিং অমদি শরুক য়াবিখিবা পুম্নমক্কী মফমদা পরিষদকী মাইকৈদগী তৌবিমল থাগৎলবা উচ্চরি।

নীলবীর শাস্ত্রী
জেনরেল সেক্রেটরী
মণিপুর সংস্কৃত পরিষদ, ইম্ফাল।

ইম্ফাল,
তাং ১০।৭।৮২ ইং

# মহাকবি কালিদাসকী মরমগী বিচারগোষ্ঠী

শ্রীদ্বিজমণিদেব শর্মা

ঙসিগী মণিপুর সংস্কৃত পরিষদকনা পাংখা কালিদাসকী মরমগী বিচারগোষ্ঠী অসিদা য়াওবগী অঙাং মংকা অসিদা ঐহাক য়াম্না নুংঙাইজে। ঐহাকমক্তি অসিগুম্বা গোষ্ঠীদা, বিশেষ ওইনা কালিদাসকী ওইবা অসিগুম্বা সভাদা, থবায় য়াওবা মী কয়া য়াম্না তিনগদগে হায়বগী মরমদা য়াম্না চিংনরমই। অদুবু ঙসি তিল্লিবা সাহিত্যপ্রেমীশিংনা কালিদাসকী মরমদা থবায় য়াওবা উবদা ঐহাক ঙমখৈ লৈতনা পেল্লে। গোষ্ঠী অসিগী উদ্দেশ্য মপুংফানা পাঙলগনি হায়না খাজরে। তিনবিরিবা সাহিত্য-প্রেমীশিংবু ঐনা ধন্যবাদ তৌজরি।

ঐহাক্না বি: এ: তম্বা হৌরমদাইদা সংস্কৃতকী বিশিষ্ট জ্ঞান ফংনবা হোৎনবা হৌখি। কালিদাসকী কাব্য পুম্নমক পাবা হৌখি। মাদুগা লোয়ননা ভারতকী অমসুং ইউরোপকী পণ্ডিত-শিংনা ইবা কালিদাসকী মরমগী সমালোচনাগী লাইরিকশিং পারমই। মেটে অমসুং রবীন্দ্রনাথকী সমালোচনানা খ্বাইদগী পুকনীংহূবা ওইখি। কবিনা কবিগী গুণবু মপুংফানা খঙবা ঙম্বা অমসুং মাদুবু মশিকচানম্না ফোংদোকপা ঙম্বসি হৌনশানি।

কালিদাসনা মহাক্না ইরম্বা লাইরিকশিংদা মহাকী মরমদা করিমত্তা ইরমদ্রে। মরম অসিনা মহাক করম্বা মতমদা পোক-খিবগে, করম্বা মতমদা শিখিবগে, মফম কদায়দা পোকখিবগে, অসিনচিংবসি খঙনবা মচাক করিমত্তা থেংনদ্রে। মহাকী মতম পুখোক্নবা হোৎনখ্রা পণ্ডিতশিংগী কোক্ন মতম কুইনগী মাঙদগী ঙাওনরক্লি। কনানা হায়, মহাকী মতমদি খ্রীষ্টদা পোকপগী

মাঙগীনি ; কনানা হায়, তুংগীনি। মাগী মাগী মতকী সমর্থন তৌবা যুক্তি কয়া পুথোক্লরি। পুম্নমক অসি মাখোয়গী ওইসনু। মাখোয়গী হোৎনমল ওইনা অচুম্বা অমস্তুং খ্বাইনা লৌনবা য়াবা মতম পুথোকপা ওম্বা ওইসনু। অয়াম্বা পণ্ডিতশিংনা কালিদাসকী মতমদি খ্রীষ্টগী মাঙগী অহানবা শতাব্দীনি হায়নৈ। মত অসিবু অনৌবা অকনবা মত থোরক্লিফাওবা ঐখোয়গী ওইনা লৌশি।

কালিদাস কদায়দা পোকখিবগে হায়বগী মরমদস্তু মখল মথাগী মত ময়াম লৈ। বাঙ্গালীশিংনা হায়, মহাক বঙ্গদেশতা পোকখি। কালী হায়বসি বঙ্গদেশতা ইরাৎনবা লাইনি, মিং অদুদগী কালিদাস হায়বা মিং ওইখিবনি। মহাক কাশ্মীরদা পোকখি হায়না খনবা পণ্ডিতস্তু য়াওই। মহাক্না ইরম্বা লাই-রিক্তগী ঐখোয়না অনুমান তৌবা য়াই, মাদুদি মহাক অসি উজ্জয়িনী সহরদা পোকখি। মত অসিবু অয়াম্বা পণ্ডিতশিংনা লৌনৈ।

কালিদাসকী মাঙদা ভাস, সৌমিল্লক, কবিপুত্রনচিংবা খ্বাইনা য়ানবা কবিশিং লৈরমই। নহা ওইরিবা কালিদাসনা মাখোয়গী মরক্তা তিনবা য়াননবা অমস্তুং মহাক্কী কাব্যবু খ্বাইনা তরাম তরাম তৌবিনবা হেৎনবা তারমই। কনাগুম্বনা খল্লি, বিক্র-মোর্ব্বশীয়না কালিদাসকী অহানবা ফোংবা নাটকনি। অরিবা কবিশিংগী কাব্যদা হৈনহুনা লৈরম্বা মীশিংনা নৌনা থোরকপা কালিদাসকী লাইরিকপু অনৌবনা কয়া য়াম্না ফরমগদগে হায়না নোক্লবগুম তৌবা রাঙাঙ্ তাবদগী কালিদাসনা শাউদুনা মথংগী মালবিকাগ্নিমিত্রদা অসুম্না ইথি।:—

"পুরাণমিত্যেব ন সাধু কেবলম্ ন চাপি কাব্যং নবমিত্যবদ্যম্।
সন্তঃ পরীক্ষ্যান্যতরদ্ ভজন্তে মূঢ়ঃ পরপ্রত্যয়নেয়বুদ্ধিঃ ॥

অরিবগী রুনা অফবা নত্তে, কাব্যস্ অনৌবতনা থাগৎলোই-দবা নত্তে। সজ্জনশিংনা পরীক্ষা তৌরগা অনীগী (অরিবা অমসুং অনৌবা) মরক্তগী অমব্ লৌখৎলি। অপঙবা মীগী বুদ্ধিদি মীনা পীবা থাজবনা চিংদূনা পুগদবা ওই।

নৌনা হৌরকপা কবিনা অহানবদা অসুমনা পেন্দবা ফোং-দোকপা অসি কালিদাসতনা তৌখিবা নত্তে। উত্তররামচরিত লেংবা ভবভূতিস্ অসুমনা ইরমই :—

"সর্ব্বথা ব্যবহর্ত্তব্যম্ কুতো হ্যবচনীয়তা।

যথা স্ত্রীণাং তথা বাচাং সাধুত্বে দুর্জ্জনো জনঃ॥

ঐখোয়গী ইথৌ ঐখোয়না ঙম্মখৈ তৌগদবনি। মীনা থীনা ঙাঙনবদগী নাঙ্থোকপদি কদাইদগীনো? লুপীগী অমসুং রাহৈগী শেং-শেংদবগী মরমদদি মীওইবা হায়বসি ফত্তে; হায়বদি লুপী অমসুং রাহৈগা দোষ মীনা য়াম্না থিনীংগল্লি।

বিক্রমোর্ব্বশীয়না কালিদাসকী অনীশুবা নাটকনি হায়না খনবা পণ্ডিতস্ লৈ। মাখোয়না হায়, বিক্রমোর্ব্বশীয়গা লোননা মালবিকাগ্নিমিত্রগী লোনদগী নানবা অমসুং অর্থ ফোং-দোকপদা ফজবা হেল্লি, মরম অসিনা মালবিকাগ্নিমিত্রনা অহানবা অমসুং বিক্রমোর্ব্বশীয়না অনীশুবা নাটক ওইগনি।

কালিদাসকী ঐখোয়না হৌজিক খঙনরিবা লাইরিক্তি মথাগী অসিনি : বিক্রমোর্ব্বশীয়, মালবিকাগ্নিমিত্র, শকুন্তলা, কুমার-সম্ভব, রঘুবংশ, মেঘদূত, ঋতুসংহার অমসুং শৃঙ্গারতিলক। লাই-রিকশিং অসিগী অমমমবু মতিকচাবা পণ্ডিত অমমম্না মকুপ তানা নৈনদুনা ইবা প্রবন্ধ মথং মথং ওইনা সভাদা পাথোক্কনি। সভ্য পুম্নমক্না মাখোয়বু মমুৎতানা নৈনবিরগা লাইরিকশিং অসিগী মরমদা হেন্না মপুংফাবা পোৎ পুথোকপা ঙম্বিগনি হায়না আশা তৌই।

ময়ামগী মরুওগী মেঘদূত, শকুন্তলা অমসুং রঘুবংশনা অহাংবা, ফজবা রাখল ফোংদোকপদা অমসুং শব্দ শীজিন্নবগী হৈশিংবগী মতৌ উৎপদা হেন্দোকই। লাইরিক অহুমসিগী মরমদা মতিকচাবা পণ্ডিতশিংনা প্রবন্ধ পাথোকপিশনি। ঐহাক্সু শম্না শম্না লাইরিকশিং অসিগী মরমদা থরনং হায়জগে।

মেঘদূত খণ্ডকাব্যশিংগী মরক্তা অংবাইবনি। মাসিগী বস্তু লৈতবগুম তৌই। মখোদা শোয়বা কুবেরগী ঐরাক কংবদগী মহাক্কী নুপীগা কায়বক্না রামগিরি চিংদা মতোমতা লৈবা নহা ওইবা যক্ষ অমনা অলকাদা লৈবী মহাক্কী নুপীদা পাউ থরা পীবিরম্বু হায়না পাইরিবা নোংদম হায়জবগী রাহেশিংনা খণ্ডকাব্য অসিগী বস্তুনি। মিনা কল্পিতা য়াওদনা মিরাং শাবক্তুম্না কালি-দাসনা মহাক্কী লৈহাওচেংবা কল্পনাগী শক্তিদনা অস্থূপ ফজরবা অমসুং পুকনীং চুনবগী শক ওইবা মেঘদূত কাব্য অসি লেং-খিবনি। মন্দাক্রান্তা ছন্দনা থৌবদগী লোইবা যাওবা লেংবনা পাবদা অমসুং তাবদা কাব্য অসি নুংঙাইবগী শক ওই। মসিনা জর্মনীগী অকাওবা কবি **Goethe** বু তমকপা ওমখি। কাব্য অসিগী রাখন **Schiller** না মহাক্কী **Maria Stuart** দা শীজিন্নখি।

শকুন্তলা সংস্কৃতকী নাটকশিংগী মরক্তা অথোইবনি। মাসিবু পাবদা তম্মংপা ওইদুনা **Goethe** না থাগৎ-রাহে কবিতা ওইনা ইখি। শকুন্তলাগী মরমদা হায়বা মাবর থাগাৎ-রাহেগী লোইবা লৈগদ্রি নীংদে। অদু অনীদং থনগত্তুনা হায়নীংই। নাটককী নায়ক-নায়িকানচিংবগী চরিত্র ফজনা যেক্নবা হোৎনবা মহৌশানি। করিসু লৈতবা চরিত্র য়েকপদা কাওবা ফজবগী মতৌ উৎপা কবিদি অতাওবদি। কালিদাসনা শকুন্তলাগী চতুর্থাঙ্কদা য়েক্লিবা নায়িকাগী চরিত্র অসি খিদকপগী শক্তি।

প্রকৃতিগী উরী-ৱারী, উপাম্বী, হৈ-লৈ পাম্বীশিংনা শকুন্তলাগী পুনসীগী তংন থানবা য়াদবা জীব ওাক্তা ওইপ্রে। শকুন্তলানা মপুরোইবগী কোনুংদা চৎলমদাইদা মাঙোন্দা পীবা কণ্বমুনিগী কায়নৱমদাইগী পাউতাক, মহাক্কী মপুরোইবদা থাবা মুনিগী চীংলেম্বা পাউ, কায়নৱমদাইদা মহাক্কা শজীক পীজহনা য়োক্লম্বা শজি মচা অমম্লং মহাক্কা ঈশিং চাইহনা য়োক্লম্বা বনজ্যোৎস্নাউরীগী দমক্তা শকুন্তলাগী পুকনীংদা হৌখিবা ঈৱাং, অয়েোকপা মচানুপী কায়নবদা কণ্বমুনিনা ৱাখিবা, অসিনচিংবনা নাটক্কী শরুক অসিবু পৃথিবীগী সাহিত্যগী খ্বাইদগী ফজবশিংগী মরক্তা অমা ওইহল্লি।

করিস্থু লৈতবা চরিত্র য়েকপগী ৱা মথক্তা পনপ্রে। ঐখোয়না শকুন্তলাগী তরুকশুবা অঙ্কগী পুলিসকী চরিত্র লৌখৎসি। শচীতীর্থদা ইরুজবদা শকুন্তলাগী খুত্তগী নাম্বখিবা দুষ্যন্তনিংথৌগী খুদোপ অহু ঙা অমনা য়োংখি। ঙা অহুবু ফাবা ডুম অহুবু খুদোপকা কোন্ননা ফারবা মতমদা পুলিসনা চৎখিবা শাজৎ অহুবু অনুক্তং নীংশিংসি। কালিদাসকী পুলিসকী চরিত্র ওন্থোক্লা সজীব ওই। মাহুবু পাবমক্তদা মতমহুগী পুলিসশিংগী থৌদৌ চপচানা থগুবা ওমই। চহি লিশিং অনীরোমগী তুংদা হৌজিক ফাওবা পুলিসকী শাজৎ অমসুং থৌদৌ অহুম্বক লেঙদনা লৈরিব্রা হায়বসি য়েংশিনগদবা হীরমনি। মতম অহুগী পুলিসকী চাউথোকপা, অচুম-চুমদগী মরমদা থোইনা থৌশাদবা, মানা শানীংবা মরাল নমহনা হাহনা শীনবা হোংনবা, মীবু কিহনবা, পুকচেন শেংবগী মরমদা চিংনবা য়াবা, অসিগুমবা পুলিসকী শকফম অদু হৌজিক ফাওবা লেঙদনা অদুম্বক লৈরিব্রা হায়বসি য়েংগদবা ওই। কবি হায়বসি মতম অমত্তগী নত্তে, মতম পুম্নমক্কীনি হায়নৈ। পুলিসকী চহি লিশিং

অনীরোমগী মাঙগী লমচৎশাজং অদু হৌজিক ফাওবা হোংঙ্গি অমসুং ফগৎলক্লি হায়রবদি হৌজিকী পুলিসকী বা ফাওবা য়াওনা কালিদাসনা মতম অদুদা ইরম্লব্রা ? ঐখোয়না Shakespeare গী "Othello" গী Iago গী লমচৎ য়েংশি। Iago গী চরিত্র য়েকপদা Shakespeare না ফত্তবা মীনা কয়া য়াম্না হৈশিংনা কদায় ফাওবা ফত্তবা ওইবা ঙম্বগে হায়বদু উৎলি। কবিশিংগী চরিত্রাঙ্কন তৌবা ঙম্বগী শক্তি অঙকপনি। মাখোয়না শেমগৎপা চরিত্রদি মখল মখলগী ওইনা আদর্শগী শকফম ঙাক্লনি।

রঘুবংশ কবিগী খ্বাইদগী কোনবা কাব্যনি। চহি কয়াগী ওইনা কাব্যসাধনা তৌরকপগী ফল ওইনা শব্দগী শীজিন্নবদা, অর্থ ফোংদোকপদা অমসুং অলংকারশাস্ত্রদা হৈশিংবা অমসুং নপুংফাবগী মতৌ পুম্নমক রঘুবংশদা ফংই। সনাগী শক ওইবা লোকোক্তি কালিদাসকী কাব্যশিংদা য়াম্না ফংই। মাসিমক্না মহাক অসি লোকপ্রিয়নি হায়বা ফোংদোকই ; কালিদাসকী ৱাহায়না মীগী থম্মোইদা পানবনি ; মহাক্না মীগী শাজৎ-লীচৎ মুন্না খঙবনা শেমনা হায়দোকপা মতমদা মী পুম্নমকী পুকনীং চিংশিল্লি। অদুনা কবিনা হায়বা ৱাবু মীশিংনা কাউবা ঙমদবনি, নীংশিংদুনতা লৈনীংবনি। ঐখোয়না খঙই, ঈশৈ শকপা-শকপীশিংগী মরক্তগী মাখোয়গী ঈশৈবু মীশিংনা নীংশিংদুনা অমসুং শোন্দুনা লৈনীংবা মহাক অদু লোকপ্রিয়নি। অদুম্না মীনা কাউবা ঙমদবা আশংবগী মতৌনা থম্লবা অমসুং জ্ঞান পীনবগী শক ওইবা ৱাঙাঙনা কালিদাসনা মহাক্কী কাব্যগী ফজবগী মতৌ অমসুং গুণ য়ামনা হেনগৎহল্লি। মহাক্না মন্ত্র ওইনা অর্থান্তরন্যাস অলংকারগী মতৌনা অসিগুমবা লোকোক্তিশিং অসি ফোংদোকই। অসিগুমবা লোকোক্তিশিং অসি মহাক্কী কাব্যশিংগী মরক্তগী রঘুবংশদা খ্বাইদগী হেন্না য়াওই। কালিদাসনা অভিজ্ঞতানা

পরিপূর্ণ ওইরবা মতমদা ইকোন কোনবদা রঘুবংশ ইখি হায়ন-
রিবা মরম অসিননি।

কালিদাসকী মরমদা নৈনগদবা হীরমগী লোইবা লৈতে।
মহাক্কী কবিত্বগী মরমতদা নত্তনা মহাক্কী মতমগী ভারতবর্ষগী
অবস্থা, সামাজিক অবস্থা, নিংথৌনা মতৌ করম্না পাল্লম্বগে,
মাখোয়গী মথৌ করি করিনো, মতমত্থগী ভৌগোলিক অবস্থা,
লানগী খুজুখুংলাই, খুংশাইহেবগী থবক, নুপীশিংগী ফিভম, ধর্ম্মগী
ফিভম, অসিনচি বসি নৈনগদবা হীরম ডাক্তনি। খুদোংচাবা
মতমদা পুন্নমক অসি নৈনবা কান্নবা ওইগনি।

## অভিজ্ঞান শকুন্তলম

শ্রীব্রজবিহারী শর্ম্মা

অভিজ্ঞান শকুন্তলম্ হায়ব নাটক অসি মহাকবি কালিদাসনা
মমৈথংদা ইবনি। মহাক অসি পৃথিবী থুংনা ফাওরবা অমম্তুং
ইউরোপকী লোল কয়াদা অনুবাদ তৌগ্রবা নাটকনি। শকুন্তলাগী
ৱারী অসি মহাভারতকী আদিপর্বদা য়াওরি। দুষ্যন্তনা মৃগয়া
লাকপদা লম্থী শোয়খিদুনা মহর্ষি কন্বগী আশ্রম য়ৌরকপদা
মরোন্দোম লৈরম্বী শকুন্তলাগী মনাক্তা চঙলকখি। শকুন্তলাগী
মচীন্দগী মহাক্তা মাগী জন্মবৃত্তান্ত তাখি। মহাক্তা শকুন্তলাবু
গান্ধর্ববিবাহ তৌদুনা লৌনিংলম্মি। মহাক্তা মচানিপা পোক্লবদি,
মচানিপা অদুনা রাজসিংহাসনগী উত্তরাধিকারী ওইব হায়বা
শর্ত্ত অসিদা দুষ্যন্তনা লুহোংববু শকুন্তলান য়াখিরম্মি। চহী
মাপনগী মতুংদা মহাক্তা মচানিপা সর্বদমনবু পুদুনা দুষ্যন্ত
মহারাজগী মনাক্তা লাক্লম্মি। মহারাজ দুষ্যন্তনা লোকনিন্দা

কিবদগী মহাকপু লংনরম্মি। অদুবু "মুপী অসি নহাক্না লুহোংপ্রবী-নি, মসিবু লৌশিল্লু" হায়বা দৈববানী অসিগী মতুংইন্না দুষ্যন্তনা মহাকপু লৌশিনখি। অসিগুম্ব মহাভারতকী নীরস ওইবা কাহিনী অসিবু কালিদাসনা মশাগী অপূর্ব্ব কল্পনাদা নাট্যগী মশক ওইনা শেম্নম্মি। অনসূয়া অমস্তুং প্রিয়ম্বদা অনি অসি কবিগী মানসকন্যানি হায়বদি কবিগী পুক্নীংদগী পুথোক্লকপনি। লোকনিন্দা কিদুনা পত্নীবু প্রত্যাখ্যান তৌরুব অসিনা দুষ্যন্তবু ফজহনখিদে, অদুবু কবিগী কল্পনাদগী হাপচিনখিবা দুর্বাসাগী শাপ•গী কাওথোক্লুবা হায়বা অসিনা ফজদবদগী কনখি। ৬শুবা অমস্তুং ৭শুবা অঙ্কগী বৃত্তান্ত অসিদি কবিগী মরনাইগী ওইবা সৃষ্টিনি। ৬শুবা অঙ্কদি দুষ্যন্তগী অরা-মৈচাক অমস্তুং পুক্নীং শেংদোক্লকপগী মতাংনি; ৭শুবা অঙ্কনা ঋষিগী আশীর্বাদনা শেংজরবা ফজরবা মিলনগী মতাংনি। পদ্ম পুরাণগী স্বর্গখণ্ডদস্তু শকুন্তলাগী ৱারী অসি য়াওই। অদু ওইরবস্তু কালিদাসনা মাগী লমল অগত্তা তোন্দে। কালিদাসনা "অভিজ্ঞান শকুন্তলম্‌দা" বর্ণন তৌখিবা ৱারা অদুমক পুরাণ অসিনা খুদুং ইল্লম্বরা অমস্তু পদ্মপুরাণ অসি কালিদাসকী মতমদগী কুইরবা মতুংদা ইরম্বরা হায়নস্তু থাজনৈ।

কটঠ জাতককী ৱাবী অমগা শকুন্তলাগী ৱারী অসিগা মান্নৈ। কাশীগী নিংথৌ ব্রহ্মদত্ত হায়বসিনা বনদা কোয়না কোয়না লাকপদা মশক মতৌ নিংথীবী নুপীমচা অমবু উক্লবদা ঙেকখিদুনা মহাকপু লুহোংখি বোধিসত্ত্বনা সন্তানগী মশক ওইনা ম গী গর্ভদা চংখি। নিংথৌনা বিদায়গী মতমদা মঙোন্দা খুদোপ অমখক পীরগা ৱাহৈ অমখক হায়রম্নগা চংখি নংগী গর্ভগী সন্তান অসিনা মুপী ওইরবদি খুদোপ অসি য়োন্থোক্লগা মমল অহুনা মাবু মী ওইননবা শেম্বিগদবনি, নিপা ওইরবদি

ঐগী ইনাক্তা পুদ্না লাক্কদবনি। নিপা ওইরে, খর চাওরক্ল-বদা মচানিপা অদু পুদ্না মমানা নিংথৌগী নাক্তা লাকখি। তৌইগুম্বসুং নি থৌনা ইখংখংদবগুম তৌরম্মি। অডাং অদু মাগী মচানি হায়বগী প্রমাণ কয়া পীবদগী নিংথৌ অদুনা মমা-মচাবু লৌশিনখি।

'অভিজ্ঞান শকুন্তলম্' দা য়াওরিবা খুদোপকী মতা অসি কালিদাসনা কটৃঠজাতকতগী লৌরম্বসু য়াই।

## য়ারীগী মওং

নটীগা লোইননা ডাংন শানবগী মতাদা নান্দী পাঠগী তুদা নটীনা শকখিবা ওল্লাংথাগী শৈশক্লা শুমহৎশ্রবা সূত্রধারনা হৈশিংবা মরোন্দা শজিবু তান্নরক্লিব দুষ্যন্তবু রঙ্গমঞ্চদা পুশিল-লকখি। দোলাই তোংদুনা দুষ্যন্তনা মাডদা চেল্লিবা শজিদা তেল কাপকদৌরবা মতম অদুদা তাপসশিংনা খডহল্লকখি—"আশ্রমগী শজিনি মদো, অদুনা হাৎপা হৌনদে। মসি মহর্ষি-কণ্বগী আশ্রমনি।" আশ্রমদা লেংশিল্লগা অতিথিসৎকার লৌবি-নবা দুষ্যন্তদা মখোয়না হায়জখি। মখোয়না খডহনখি—তৌজিক হৌজিক্তি মহর্ষিকণ্বদি আশ্রমদা লৈতে, অদু ওইরবসু মহাক্লা মচানুপী শকুন্তলাগী মথক্তা অতিথি সেবাগী দায়িত্ব পীরম্লগা চৎখিবনি। দুষ্যন্ত মহারাজ, সারথিগী মফমদা মতম খরদং ডাইরম্মু হায়রম্লগা আশ্রমদা লেংশিনখি। য়োৌবমক্তদা উখিরম্মি—উখোডদা লে মান্নবী নুপীমচা অহুমখক্লা ঈশিং হৈদুনা লৈরম্বদু। উগী মরুমদা থুপ্পুনা মহাক্লা মখোয়ব, মুন্না য়েংদুনা লৈখি। সখীশিংনা কৌনবা তাবদগী মখোয়শিং অদুগী মনুংদা অমদি শকুন্তলা কৌবোইরে হায়বসি মহাক্লা খঙখি। চংদফিডাই লৈতবা মাগী শকফম্মি। দুষ্যন্তনিংথৌ ঙক্লম্মি মাগী শকফমদা।

খোইমু অমথক্না পাইশিল্লক্লুনা শকুন্তলাগী মমায়দা তোংলরবদা মহাক্না কিরদুনা ঐবু থর কনবিয়ু কনবিয়ু হায়না লাউরম্মি। সখীশিংনা ফাগী তৈদূনা "দুষ্যন্ত নি থোবু কৌ" হায়খিরম্মি। অসিগুম্না খুদোংচাবা মতাঙ অসিদা তাপ চোংথোক্লক্লুনা মফম অদুদা সং চঙখি। উবদা সখীশিং অদু অভ্যর্থনা তরাম্ন ওকচনবগী ) দমক তহা তহাখি। শকুন্তলাগী মতম অদুদা পুকনিংদা আশ্রমগী চানদবা রাখল অমথক ফাওখি। দুষ্যান্তনা মশাবু নিংথৌগী মনাই অচম অথো অমনি হায়না হায়দোকখি। রারী রাতাইগী মতাংদা মহাক্না শকুন্তলাসি কণ্বমুনিনা য়েংলক্লকপী কন্যানি, অশেংবদি বিশ্বামিত্র ঋষিগী ঔরসদগী মেনকা কৌবী অপ্সরাগী গর্ভদগী পোকপীনি খংখি। নিংথৌনা পুক্লীংদা খনখি—"ক্ষত্রিয়কন্যা ওইরবনিনা মসিবু ঐনা লুহোংহনা লোবদা চিংনিনিঙাই লৈতে।" মরক অসিদা পাউ অমা লাক্লে—"দূষান্ত মহারাজ তেঙ্গোল পুন্নুনা মৃগয়াগীদমক লাকপদগী আশ্রমদা অকায়বা থোকলে শামুলমশা অমথক আশ্রমদা চঙলকপদা মী পুম্নমক য়াম্না কিনরে।" মহ তাবদা নিংথৌনা অকায়বা অমস্থুং অকি-অখঙ পুম্নমক ঐনা কোকহনগনি হায়রুনা হৌগংখি। শকুন্তলানা মথোংদা কুশগী তুম্বৌনা খিল্লে অমস্থুং শেংলি-ইল্লিবা মফি অহ উশাদা পল্লে হায়বা শাহনা ঙৈহাক নিংথৌবু য়েংলম্লগা সখীশিংগা লোয়ননা খাংপোকশংদা চঙখি। দুষ্যন্ত হল্লকখিদি হায়ববু পুক্লী দি তুংলেমদা লৈহৌই। (প্রথম অঙ্ক)

নিংথৌনা অটাকপদা বিদূষকতা শকুন্তলাগী রারম অহ তমখি। বিদূষকনা খল্লম্মি। "নিংথৌ অসিনা তপোবনবু প্রমোদ বন ওইহনগ্রেদনকো।" নিংথৌনা করি উপায় তৌরগা আশ্রমদা অমুক্রং চংবা য়াগদগে হায়না বিদূষকতা হংখি। মরক অসিদা চংনবগী খুদোংচাব অমা থোকখি। ঋষিকুমার অনী লাক্লুনা

তমলরে— 'হিংচাবশিংনা যজ্ঞগী অপনবা পীররে, অদুনা মতম থরদং মহারাজনা আশ্রমদ লৈবিরবদি য়ামনা নুংঙাইজগনি।' মহারাজনা রাহৈ অদুবু হাক্কচবদ খুং থাজিনবগুম থোকখিদুনা হরাউ হরাউনা য়াখি। মতম অসিমক্তদ কোন্নুংদগী রাজমাতাগী য়াথং অমা লাকখি 'পুত্রপিণ্ডপালন' হায়ব ব্রতগীদমক দুষ্যন্ত লাকউ। অমরোমদা ঋষিগী য়াথং, অমরোমদা মমাগী য়াথং, নুং অনিগী মরক্ত হা ওইখি দুষ্যন্ত। অদুনা বিদূষককী মফমদা চঙজখি। দুষন্তনা হায়খি—"মরূপ! ইমানা মতম থুদিংদ নহাকপু মচামক্তি হায়ন থনবনি। নহাকমক ঐগী ইছুং শিল্লু।" বিদূষকনা থবক অদুবু থোইদোকন ইকাইখুমনবগী থবকনি থন্দুনা হরাওনা য়াখি দুষ্যন্তনা মচীনচোম্ন বিদূষকত মেনখি— "মরূপ! শকুন্তলাগী মরমদা ঐন নঙোন্দ তমখিব রা অদু অচুম্ব নত্তে ফাগিনি, অচুম্বনি থল্লুগন্নু।" (দ্বিতীয় অঙ্ক)

তপস্যাগী অকায়ববুদি কোকহনখি দুষ্যন্তনা. তৌইগুম্বস্নুং শকুন্তলাবু উদনা লৈবদি মহাকনা ঙম্লমদে। কদোমদা চৎলগা মাবু উবা ফংগদগে? লতাকুঞ্জরোমদা চৎলগদি ওইবা য়াই হন্দুনা মহাক্কা অসোমদ হায়ন চংখি। শেংয়দ্রে মাগী অনুমানঃ লতাকুঞ্জরোমদগী নুপী মখোল তারম্মি। শকুন্তলা মশা ঙমদ্রে। সখী অনি অদু করি তৌগদগে খনবদা থোক্তে—অদুবু মমৈগংদদি খঙলকখি— "রাজর্ষি অদুবু হেক উখিব নুমিৎ অদুদগী হৌখিবা লাইনানি।" সখীশিং অদুনা অস্নুমনা থন্নখি— শকুন্তলাবু থম্মাল মনাদ প্রনয় পত্র অম ইহল্লগ মদু লৈকানুংদ চলহল্লগ নিংথৌগী খুত্ত মখোয়ন য়োহনব। তৌইগুরম্নুং মদুগী কান্নবা লৈত্রে! নিংথৌ মশামক্ত শকুন্তলাগী মনাক্তা লাকলে। মতা অনীনা শক্তি মচাবু মমাগী নাক্তা পুশিনবিক্লগে হায়বা শাদুনা কুঞ্জদগী থোকখি। গৌতমী লেঙশিল্লক্লে হায়বগী ইঙ্গিত শকুন্তলান পীরক্লবদা নিংথৌ লতাকুঞ্জগী মকমদ থুপ্পুনা লৈখি। (তৃতীয় অঙ্ক)

দুষ্যন্ত নিংথৌনা শকুন্তলাবু গান্ধর্ববিবাহ তৌদুনা লৌরগা রাজধানীদ হনখি। হায়বিরখি—য়ামনা থুন শকুন্তলাবু লৌরনব মী থারক্কনি হায়ন। তৌইগুম্বস্তুং মতম কয়ানিমক্কুম হৌখ্রে · দুষ্যন্ত মহারাজনা কনাবুসু থারক্তে, শকুন্তলা মপুরোইবগী বাখলদা লুপ্তুনা লৈখি। অশোমদা দুর্বাসামুনি লেঙলকখি—লাওদুনা শকুন্তলাবু য়েংথোকহন্নব হোৎনখি, তৌইগুম্বস্তুং মহাক্কি মপুরোইবগী বাখলদা লুপ্তুনা লৈখিবনা করিসু খঙলমদে। দুর্বাসা শাউরদুন শাপ পীরম্মি—"মহাকপু নহাক্না তক্তনা খল্লিব মহাক অদুনা নহাকপু খঙদব ওইরসনু।" অনসুয়া অমস্তুং প্রিয়ম্বদা হায়বী সখী অনীনা চেনখিহুনা দুর্বাসাগী মখোঙদ তুরুই। অহুবু দুর্বাসানা শাপ অদু লৌথোক্তি লৌথোকখিদ্রবসু করিগুম্বা খঙবা য়াবগী খুদম অমত্তং পীরবদি শাপকী ময়ায় অদু চম্বা ওইসনু হায়ন তাকপীরকই। রাফম অসি সখী অনীদুতন খঙখি, কনা অমদসু তমলমদে।

মতম অসিদ কণ্বঋষি আশ্রমদ হল্লকখি। মহাক্না আকাশ-বাণীদগী পুম্নমক খঙখিরম্মি। মহাক শকুন্তলাগী গান্ধর্ববিবাহ অদু য়াবিখি অমসুং মহাকপু মপুরোইবগী মনাক্তা থিন্নবগী থৌরাং তৌখি। শার্ঙ্গরব অমস্তুং শাবদ্বত হায়ব শিষ্য অনীগ অমসুং অহল ওইরবী তাপসী গৌতমীগবু লোইনহল্লগ থিনব হায়ন লেপখ্রে। শকুন্তলাগ অমস্তুং তপোবনগী প্রকৃতিগ থানব য়াদব মরী লৈবনিন শকুন্তলা মখোঙ থাংব য়াদে। তপোবনগী প্রকৃতিসু শকুন্তলা কায়নগদবগীদমক য়ামন রায়। শক্তি মচা-শিংন ফিজি পায়দুন শকুন্তলাবু চিংলি, অদুবু চত্তবদি য়ারোইদৌরি। কণ্বমুনিনা কান্ন-কান্নরব পাউতাক কয়া শকুন্তলা পীরি অমসুং দুষ্যন্তগী মনাক্তসু মাগী পাউজেল অদু থাখ্রি। শকুন্তলা মপুনাক্তা যাত্রা তৌখি। (চতুর্থ অঙ্ক)

শার্ঙ্গরব, শারদ্বত অমস্তুং গৌতমীনা শকুন্তলাবু পুরক্লনা কোন্নুংদা নিংথৌগী নাক্তা লাকখিরম্মি। শার্ঙ্গরবনা নিংথৌদা মাগী নুপী গর্ভিনী শকুন্তলাবু লৌশিনবিয়ু হায়খিরম্মি। দুষ্যান্ত খ্বাই লাওই। শকুন্তলাবু মহাক্না লৌরবা নুপীনি হায়বসি খণ্ডবা ঙমখিদে। শকুন্তলা কোক্তা বজ্রনা পালবগা মান্নখি। শার্ঙ্গরব শাওখি। শারদ্বতনা প্রমাণ পীয়ু হায়না শকুন্তলাদ হায়খি। শকুন্তলান অনসূয়া অমস্তুং প্রিয়ম্বদাগী রা অহূ নীংশিংলকখি :— "করিগুম্ব নিংথৌ অহন নঙবু খণ্ডলমত্রবদি খুদোপ অহূ মঙোন্দা হেক উৎলু।" শকুন্তলান খুদোপ অহূ লৌথোক্কে মারুবদা মখুত্তা খুদোপ য়াওরমদবহূ উরে। দুষ্যান্তন খান য়েংদুনা থীন হায়রকখি। মমায় চোপ্পবী শকুন্তলান উপায় লৈত্রদুনা হন্দক-মুক্তি মখোয় অনীগী ঙৈহাক্তুংগী থোকখিব মিলনগী মতমগী ওইব অরোনব রা কয়ামক্কম নিংথেদা তাহলখি, মদু তারগা নীংশিংবিনব হায়দুনা। অদুমনমক ওইদুনস্তু নিংথৌ অদুনা করিসু নীংশিংখিদে। শকুন্তলা হায়নিঙাই লৈতনা রাখি। শারদ্বতনা হায়রকখি - 'গুরুগী য়াথংগী মতুংইন্না মহারাজগী মফম-দা শীন্নজরম্লবনি। লৌশিনবিগে লৌশিনবিরোই, নীংবিব মতুংইন্না তৌবিয়ু।' পুরোহিতনা হায়রকই—'গণকশিংন হায়ব লৈরি—দুষ্যান্তগী মচানিপাদি রাজচক্রবর্ত্তীগী লক্ষণ পক্কনি। ইবেম্ম অসিগী মমিং মমাই পাংত্রিব ফাওবদি ঐগী য়ুমদা লৈসনু। অঙাং অদু লক্ষণ পকপা ওইরক্লবদি থাঙ্গেশেংন মহারাজন লুহোংগ্রবনি হায়বসি লেপসি। দুষ্যান্ত বিচার অসিদা য়ারে। শকুন্তলা কপ্ন কপ্ন পুরোহিতকা লোইনন চংখি। মতম খরগী মতুংদ মঙানগী মশক ওইবী মূর্ত্তি অমখক আকাশদগী পাই-থরক্লগা শকুন্তলাবু পুদুন চংখ্রে হায়ব খঙনখি। দুষ্যান্তন চৌন্দ হায়খি—'ওইদব অসিগুম্ব থবক অসিদ কোক শাহল্লুদুন কান্নব

শোং নত্তে। অদুবু পুক্নুংদদি তংতাদব অমথক তত্তনা থোকখি।

( পঞ্চম অঙ্ক )

মহারাজগী মিং থাব খুদোপ অহুগী হাক্তক্তগী কোম্নুং অহু পুম্লাং লাংখি। পোলিশশিংনা ডোম ( ঙাফাবা ) অমবু খুদোপ হুরানবনি হায়হুন ফারে। ডোম অহুন হায় 'রৌ অমথক শেমগে হায়হুন কক্লুবদ মাগী মবুক্তগী খুদোপ অসি ফংবনি।' পোলিশশিংগী রাখলদদি ডোম অসিন হুবনি হায়বসিনি। দুষ্যান্ত মহারাজগী নাক তান্ন খুদোপ অহু পুরক্লে, নিংথৌন উরে, মহু হেক উবদ দুষ্যন্তন ক উরম্ব পুম্নমক অহু নীংশিংলকই। শকুন্তলাবু লৌশিনখিদবগী অরাববু মথং মথং ফংখি। শকুন্তলাবু নাওপুবী ওইখ্রবনি খল্লুবদ মহারাজ অমুকস্থ হেন্ন রাখি। অরাব ঈপাক্ত লুপ্লিব নি থৌগী পুক্লিংদ ইন্দ্রগী সারথি মাতলীনা হৈশিংন থৌনা হাপ্লম্মি। হিংচাবশিং জয় তৌনবগী মতেং থরদং মহারাজদ ইন্দ্রনা নিরি—হায়ন মাতলীনা দুষ্যন্তদা হায়ররে। মহু দুষ্যান্তনা হরাও হরাওনা য়াখি। ( ষষ্ঠ অঙ্ক )

ইন্দ্রগী শত্রুশিংবু মায়থিব পীরগ্নগ দুষ্যান্ত সন্মানগ লোয়নন হল্লকখি। মতম অহুদ সারথিন মাতলীগা মফমদগী থণ্ডখি—হেমকূট পর্বত ইনক নক্ল লৈরে—মহুদ মহর্ষি মারীচগী আশ্রম লৈরে হায়ব। ইন্দ্রগী অপোকপ-অপোকপী মারীচ অমস্নুং অদিতিবু খুক্নমজরুনবগীদমক আশ্রম অহুদ মহারাজ কুমথখি। আশ্রম অদুগী ফজবদি স্বর্গগী ফজববুস্থ হেল্লি হায়ব য়াই। দুষ্যন্ত চঙশিল্লক্লে মহর্ষি মারীচদ পাউ হঙ্গংনব মাতলীন চখ্রি। মরক অসিদ দুষ্যন্তন অঙাং নিপামচা অমথক উখিরম্মি। নোংশা মচা অনখক শাম্নরম্মি মহাক। মাগী মশক হেক উবদ নুংশিবন দুষ্যন্তগী থম্মোই মথুম-মরাং হৌরম্মি। অঙাং অদুবু শেল্লিবীশিগী মফমদগী মহাক্ত তারম্মি—অঙাং অদু পুরুবংশগী

অঙাংনি অমস্তুং মমান শকুন্তলা কৌই। দুষ্যন্ত শ্বাই লাওই—অঙাং অসিবু ঐহাক্কী ইচারা? হায়ন খনখি। অশোমদনা অঙাং অদুগী মখুদা দ শিরম্ব রক্ষাসূত্রদু তত্তুনা লৈপাক্কা তাখিরম্মি, মদুবু দুষ্যন্তনা তাপ খুঙ্গংলুবদ তাপসীশিং অদুন করিনো করিনো? লাউনরকখি। মখোয়ন দুষ্যন্তদা হায়খি—মপা মমা নত্তব কনাগুম্ব অমন রক্ষাসূত্র অসি শোক্লুরবদি মসিন লীন ওইদুন শোক্লুরিবদুবু চীকহ। অসিগুম্ব অঙকপ থৌদোক অসি তম্লুনবগীদমক তাপসী অমখক শকুন্তলাগী মনাক্ত চংখি। শকুন্তলা পরপ পরপ লাকখি। দুষ্যন্তনা ইঙক-ঙক্ল শকুন্তলারোমদ য়েংলকখি অমস্তুং মহাক্ল শকুন্তলাদ মানা লানখিব পুম্নমক ঙাকউ হায়জখি। মহাক্ল হায়খি—অঙকপ অমখক্ল ঐবু কুপখিবনা নহাকপু ঐন খঙখিদ্রবনি। শকুন্তলাগী মমিত্তগী তাখিব পিরাং অদু দুষ্যন্তন তৈথোকখি। দুষ্যন্তনা মচানিপা অমস্তু মাগী নুপী শকুন্তলাগ লোয়নন মারীচ অমস্তুং অদিতিগী চরণ খুরুমজররে। মখোয় অনীনা আশীর্বাদ পীবিখি। শকুন্তলাগী পুক্নীংদ কবিগুম্ব নুংঙাইতব অমত্ত লৈখিদ্রে। কণ্ব মহর্ষিগী মফমদ দুষ্যন্ত অমস্তুং শকুন্তলাগী মিলন বার্ত্তা থাখি। ( সপ্তম অঙ্ক )

কালিদাসগী মিৎয়েংদি কাচিন কোয়া য়ৌই। ফজব নীংখিজববু উগনবনি, ফজববু উরগা উবদ নত্তনা অমুকস্তু হেন্না ফজব রাহৈন মহাকপু পুন্দুনা থম্মি। দুষ্যন্তনা দোলাই তোংদুনা শজি তান্নরক্লি, শজিনা চেন্লি, মহাক্ল কিদুনা ভুংহন্ননা য়েংলক্লি, অতিয়াদ চোংলক্লি। পুম্নমক অসিবু পাঠকশিংগী মিত্তা শংশংন উহনবগুম তৌব মহাক্কী বর্ণনানি। সারথিনা খুজি থারগা দোলাই খোঙচং হেলহল্লবতুংদ অরোইব খোঙজেল তাল্লক্লবা শগোনগী বর্ণনা অসিসু অচঙব বর্ণনানি—তিংথোক্লক্লব

মশা লেঙত্রব হায়রবদি হাইছমগ্রব মমৈ, চপয়ুংলব মনাকোং, পাইখংলক্লিবা উফুল, অমস্মুং মহুগা লোইননা দোলাইন চং-লকপগী বর্ণনা অঙকপনি। হৈশিংলব চিত্রকারনা য়েকলিবা চিত্রবু য়েংবদা পেঙ্গবগুম মাগী বর্ণনা অসিদং থেংনজবদস্মু পেঙ্গনিংঙাইনি।

কালিদাস চরিত্র সৃষ্টিদা অঙকপ ফন হৈব কবিনি। মী-ওইবগী থম্মোইলকানুংদ করম তৌন লূপকদবনো হায়বদু খংখিব কবি ওইবন মাগী কলমদগী পোকখিব 'অভিজ্ঞান শকুন্তলম্' হায়ব নাটককী পাত্র-পাত্রীশিংগী চরিত্রশিং অসিনা মথৱায় পানবগুা তৌরি।

দুষ্যন্ত:—মশক ফজবনি, পূক্নাং ফজবনি, মাগী পূক্নীং অদুদা অচুম্ব, থৌনা অমস্মুং সংযম লৈবনি। মতাক মগুণগী মতুংইন্না নাট্যশাস্ত্রগী লোনদা হায়ব তারবদি ধীরোদাত্ত নায়ক হায়গনি। মথোংকারকপ মতমদ মৃগয়াদ লানবা লৈত্তবনি, অমস্মুং মানা পালহনগে হায়বদু পান্দব লৈত্তবনি। তৌই-গুম্সসুং "আশ্রমগী শানি" রাহৈ অসি তাবগ লোয়ন লোয়নন দোলাই চিংলিব শগোলগী খুর্জিবুদি মহাক্ক ফাবা ঙম্লম্বরা? ঙম্লমদে। তাপসী কন্যা অমগী যিঙঙমদব আকর্ষনগী মখুত্তা দুষ্যন্ত মায়থিখি। মহাক পূক্নীং লাকশিনবগীদমক হোংনখিদব নংলমদে, অদুবু করিগুম্বদসু চঙহৈদব মরমদ পুরুবংশদ পোকপ-শিংগী পূক্নী দি চঙব তৌদে। অফব মীশকশিংগী মফমদদি য়াব-য়াদবগী, হৌনব-হৌনদবগী চিংনরকপ মতমদ শেংলব পূক্নীংন হেক্ক মতাকই। অফবদগ লোইনরকপ দুষ্যন্তগী পূকনীংন ফত্তব নত্তব লম্বীদ চঙশিনব হৌনদে।

তৌইগুম্বস্মুং শেংলব আশ্রমদ চঙশিল্লবদ মহাকন পূকনীংগী অরাব মতৌবু থিংব ঙমখিদে। শোয়কদবগী পাঙ্গলন ফাপ্রগা

মাগীদমক দণ্ড (চৈরাক) অমথক খন্দূনা থমখি। দুর্বাসাগী শাপ, অকাউব হায়বসিগ লোয়নন দুষ্যন্তগী নাক্তা থুংলখি। শকুন্তলাবু লৌশিনবিদবগী দৃশ্যদ দুষ্যন্তগী চরিত্র ভাবুকশিংগী মমাঙদ তক্ক তঙনা মশক উংখি:—মহাক্ক শকুন্তলাগী ফজব শকক্তু স্বীকার তৌদবদি নংলমদে, স্বীকার তৌরমদবদি শকফম ফজবীবুনি, মরমদি মহাক্ক 'ঐনা লৌগ্রবীনি' হায়না শকুন্তলাবু খণ্ডলমদে। প্রজাশিংনা মাগী অচেৎপ চরিত্রবু উবদ ঙক্করম্মি। ফনম্তু চেৎসনু, শকুন্তলাগী মমিংকী পিনা, ঋষি মচা অনীগী থেক্ক খোয়ন তায়ব রাকৈনা অমম্তুং তথি-তথিব রাহৈন মশান মশবু চিংনখি। দুর্বাসাগী শাপকী প্রভাব শোয়ফদবনি, মাবু থিঙ্গদব লৈতবনি। শাপ কোক্লব মতুংদ কপ্পতন মথৌদাং ওই-রিব দুষ্যন্তবু শকফম অম ওইনা উরি। মহাক নীঙমদব মৈগী সনা ওইখি। শকুন্তলাবু নীংশিংলক্লতুন মাগী মূর্তিবু য়েক্লম্মি। য়েক্লব মূর্তি অহ্ অম্তুপকী মতীক ফজে য়েংবদ থব্রায় পাল্লিবীগুম উখি।

মিলনগী মতাংদ দুষ্যন্তন মানা কাউথোক্লুবহ্‌বু উপমা-লঙ্কারগী মতেং লৌহ্নন ব্যাখ্যা তৌরম্মি। "মিত্তাংব মীনা লৈরাং পরে বু লীননি খন্দূন হুন্দোকপগুম ঐন নঙবু হুন্দোকখি।" অসি তায়দূন শকুন্তলাগী মখোঙদা তুখি দুষ্যন্ত।

শকুন্তলা:— উচেকনা মশা খন্দুন মমানা হুন্দোক্লম্লবী মহাকপু অহানবদা য়োকখি হায়দুন মাগী মমিং 'শকুন্তলা' কৌখি। মমৈদ কণ্বমুনিনা মহাকপু চাওননব য়োকখি, অদুন মহাক (কণ্ব) অসি মহাক্কী মপাশীংদা চনখি। বনভুমি পুন্নমক মাগী মাতৃভুমিনি, উরী-রারী, শা-উচেকশিংগ লোয়নন মহাকপু কণ্বমুনিন য়োকলকখি। মরম অসিননি হৈপাল-লৈপালশিংগী মফমদ মহাকন পোকমিন্নব পোকমিন্নবীগী প্রেম অদু থমজখিবদি।

মহাক্কন হৈপাল-লৈপালদ ঈশিং চায়ন্ত্রিক্তেদ ঈশিং থক্রমদে. ফনমক লৈত্তেং পাম্বী ওইরবস্থ মহাক্ক উনা অমত্তঃ পং থং-লমদে ! মপুনাক্ক চংলম্রদাইগী মন্তমদা শক্তি মচাশিংন চংফল্রোই হায়বগী মতাগুম মফি ফাদ্না য়ানখি। বনভূমিগী প্রকৃত্তিন্স মাগা কায়নরমদাইগী মন্তনদ কপখিবনি। মপুনাক্কা চংলমদাইগী মন্তমদ মহাক্ক শক্তি অমোম আশ্রমদ লৈরিবী অদ্ন, খুলো পালোদন মচা পোকপগা পাউ অদ্ পীরক্কবগী রা হায়জরম্মি। বিধাত্তান ভুমিন্ন নোক্লি নাউপুরিবী নহাক্কী নমাই-নমিং পাংবগী ই-পাউদি কনান লৌগদোরি ? হায়না।

শকুন্তলা পুক্কাং ভুররিংবীনি অমস্তুং ইকাইথীবিনী, ইকাইব হায়বসি নুপী ওইবাশিংগী থোইদোকপ গুণনি। গুণ অসি-মক্কন মাগী কেল্লব শকফম্ন্ অমুকস্থ হেন্ন হেলহল্লি। মংমগী মতুংইন্ন মাগী পুক্কাং অহু, অপাম নুংশিগী কায়দোংফম ওই-রক্লে। রাখল অসি মযুক্তদি পুণ্ডমখিদে, অদুবু মচীন্দগীদি থোকভমখিদে। অনসূয়া অমস্তুং প্রিয়ম্বদাগী মফমদ ফাউব হায়দোকপ ভমজ্জদে।

অনসূয়া-প্রিয়ম্বদা অনীন মতম খুদিং থৌদোক খুদিংদ শকুন্তলাগী মতেং পাংই। অক্তম অসিনা পুক্কগ শকুন্তলা অম ওইবগুম তৌই। মতা অনী অসি শকুন্তলাগী অভিজ্ঞান-নি হায়ব য়াই। অভিজ্ঞান অসিগ শকুন্তলাগ লোয়নহৌদে হায়বগী দমক দুষ্যন্তন মাবু খণ্ডলমদে।

ইকায়থীবী ওইরবসু মপুরোইবন লৌশিনখিদ্রবী শকুন্তলান মশাগী ফিরেপ তানবগীদমক হোংনবদ হনব তৌখিদে। মপু-রোইবগী মফমদ অথীব থোনফম হায়ব ফাওবদসু করিসু চিংনরমদে। হো নজব পুম্নমক অারেম্ব তারবদ মহাকন পৃথিবীদ "বিবর দেহি" ইমা লৈবাক লৈক্রক পীনখিরো হায়জরম্মি।

অনসূয়া অমসুং প্রিয়ম্বদা :—মথোয় অনী অসিগী খেন্নবদি অসিনি—অনসূয়াদি রাখল খল্লগ ওাংব ওম্মি অমসুং রারেপ অম লৌবস, ওম্মি, প্রিয়ম্বদাদি চীনক্লেন ফবী, রাঙাং হৈবী ওইরবস, অনসূয়াগুম্ম ওইগদব মরমদ পাক হেক খনব ওমফাম্ভে। মথোয় অনী অসি শকুন্তলাগীদমক্তদি মশা ফাউববু কাউথোকচব ওম্বীনি। দুর্বাসা ঋষিদ মহাক্কী শাপপু কোকহনবিনবগীদমক মথোয় অনীন হোৎনখিবত্থগুম কনান হোৎনবিগবনো ?

"অভিজ্ঞান শকুন্তলম্" হায়ব নাটক্কী বৃত্তান্ত অসি মহাভারত অমসুং পদ্মপুরাণগী মতুংদা য়াওবা খ্বায়নস, খঙনরব রারী ওইবন নাটক হায়বা দৃশ্য কাব্যহনি। 'নাটকং খ্যাতবৃত্তংস্যাৎ পঞ্চসন্ধি সমন্বিতম্" ( সাহিত্যদর্পণম্ )। মহাক অসি শৃঙ্গার রসগী নাটকনি। মসিগী নায়ক ওইরিবা দুষ্যন্ত মহারাজ অসি দক্ষিণ হায়বা ধীরোদাত্ত নায়ক অদুনি।

"অবিকথনঃ ক্ষমাবানতিগম্ভীরো মহাসত্ত্বঃ।
স্থেয়ান্ নিগূঢ়মানো ধীরোদাত্তো দৃঢ়ব্রতঃ কথিতঃ॥"
এষু ত্বনেকমহিলাসু সমরাগো দক্ষিণঃ কথিতঃ।

সাহিত্যদর্পণম্

"শকুন্তলা" না রস অসিগী নায়িকানি। মহাক অসি অশুমশুব অঙ্ক ফাওবদি পরকীয়া মুগ্ধা কন্যা হায়বী নায়িকানি। মহুগী মতুংদদি স্বকীয়া মধ্যা নায়িকানি।

"পরকীয়া দ্বিধা প্রোক্তা পরোঢ়া কন্যকা তথা
প্রথমাবতীর্ণযৌবন মদবিকারা রতৌ বামা।
কথিতা মৃদুশ্চ মানে সমধিকলজ্জাবতী মুগ্ধা॥
বিনয়ার্জ্জবাদি যুক্তা গৃহকর্ম্মপরা পতিব্রতা স্বীয়া।"
"মধ্যা বিচিত্র সুরতা প্ররূঢ়স্মরযৌবনা।
ঈষৎ প্রগল্ভবচনা মধ্যম ব্রীড়িতা মতা॥"

বিপ্রলম্ভ শৃঙ্গারনা প্রধান রসনি। গান্ধর্ববিবাহগী মতাংদনা পূর্বরাগগী মশক ওইবা বিপ্রলম্ভনি, মতুংদনা প্রবাসগী মশক ওইবা বিপ্রলম্ভনি। গুণনা প্রসাদনি রীতিনা বৈদর্ভীনি।

'ধীরোদাত্তঃ ক্ষিতীন্দ্রঃ পুরুকুলতিলকো দক্ষিণো নায়কোঽস্মিন্
প্রাক্ কন্যান্তে স্বকীয়া মুনিবর তনয়া নায়িকা মুগ্ধমধ্যা।
শৃঙ্গারে বিপ্রলম্ভে প্রথম চরময়োঃ পূর্বরাগ প্রবাসৌ,
বৈদর্ভী নাম রীতিঃ প্রচরতি বহুল স প্রসাদো গুনশ্চ॥

মথক্তা পনখি "পঞ্চসন্ধি সমন্বিতম্" হায়না; সান্ধ মঙাগুদি মুখ, প্রতিমুখ, গর্ভ, বিমর্ষ অমসুং নির্বহণ নত্রগা উপসংহৃতি। নাটক অসিগী মশাদা করম্বা মতাঙদা করম্ব সন্ধি য়াওবগে?

অহানবা অঙ্ক পুন্না মুখসন্ধিনি, অনীশুবা অঙ্কদগী তৌরগা অহুমশুবা অঙ্কগী মনুংদা দুষ্যন্তগী অনুরাগনা মরম ওইদুনা নোংম নোংমগী ওইনা শকুন্তলানা মতীন ময়াং কংশিল্লকপ, চাবা থকপা য়াশিল্লক্রবা অসিগুম্বা ফিবম উরকপদা অনসূয়া অমসুং প্রিয়ম্বদা হায়রী মত্তা অনীনা শকুন্তলাগী মফমদা মশাগী অরাবগী মরম হংলকপদা শকুন্তলানা স্বর ফুইনা হোন্দোক্লগা অতোপ্প কনাদবু হায়রুগদগে? অদুবু অরাবদি নখোয়দননি হায়রকপদা মত্তা অনীনা অসিগীদমক্নিনে ইত্তা! ঐখোয়না অস্নুক তক্লরিবসে। অরাব হায়বসিদি মরুপ মপাংশিংদ শরুক খাইদোকখ্রগ খাঙফবনি ইত্তা! হায়রব মতাঙ্ অসি ফাওবসি প্রতিমুখসন্ধিনি। মসিগী মতুংদা—

দুষ্যন্তগী— অরা' শরুক য়ারিবী মুংঙাই শরুক লৌরিবী
হলে মত্তা অনীন তাক্লনা তোক্লরোই লায়নদি।
লৈন-লৈন হন্ন হন্ন য়েংখিরম্মি খোঁপাং মীংয়েংন
মুংশি নপাও তাজগে তপথব ঙমদ্রে পাম্মুবী॥

বাহৈ অসিদগী হৌরগা অহুমশুবা অঙ্ক লোইবা ফাওবসি গর্ভসন্ধিনি। মরিশুবা অঙ্কদগী হৌদুনা তরুকশুবা অঙ্ক লোইব ফাওবসি বিমর্ষসন্ধিনি। তরেৎশুবা অঙ্ক হেক হৌবদগী লোইব ফাওবসি নির্বহণসন্ধিনি।

মথক্ত উৎপ্রিব সন্ধি মঙা অসিদা ওইরিব কার্য্য অবস্থা (থৌরোং) সু মঙানি। মখোয় অদুদি—আরম্ভ, যত্ন, প্রাপ্ত্যাশা, নিয়তাপ্তি অমসুং ফলাগমনি। শক্তিগী মতুংইন্দুনা তপোবনগী মনুংদা দুষ্যন্তনা চঞ্চলকপদা মুনি কন্যা শকুন্তলাগী নিরুপম-সৌন্দর্য্যনা তিল্লবা শকফম উরুবদগী মাবু ফংনিংবগী ঈহৌ অম দুষ্যন্ত।। থম্মোইদা হৌরকখি, অদুম তৌদুনা দুষ্যন্তগী শকফম উরুবদগী শকুন্তলাগী থম্মোইদসু ঈহৌ অসি হৌরকখি। অসিগুম্ব নায়ক নায়িকা অনীগী হৌরিবা ঈহৌ অসিগী মমিং আরম্ভ কৌই। মসিনা অহানবা কার্য্যগী অবস্থানি। মসি মুখসন্ধিগী কার্য্যাবস্থানি।

অনিশুব প্রতিমুখ সন্ধিগীকার্য্যাবস্থাদি—— দুষ্যন্তনা শকুন্তলাবু ফংগে হায়বগীদমক ক্রক ক্রক ঈনশিন্না থিরকপসিনা প্রযত্ন হায়বা অনিশুবা কার্য্যাবস্থানি।

অহুমশুব গর্ভসন্ধিগী কার্য্যাবস্থাদি—

অহুমশুব অঙ্কগী মনুংদা দুষ্যন্ত মহারাজগী—

"অরা শরুক য়ারিবী নুংঙাই শরুক লৌরিবী
হংলে মতা অনীন তাক্কনা তোক্ক্রোই লায়নদি।
নৈন নৈন হন্ন হন্ন য়েংখিরম্মি খৌরাং মীৎয়েং
মুংশি নপাও তাজগে তপথবা ভমদে পাম্মুবী।।"

বাহৈ অসিন তাক্লিব দুষ্যন্তগী মফমদ লৈশিব শকুন্তলাগী অনুরাগ অদুমক্তন দুষ্যন্তন মহাকপু ফংবদা উপায় অদি

লৈরে হায়না খনখি, অদুগা শকুন্তলানদি দুষ্যন্তবু ফংবা য়ারোইদ্রা হায়না খনখি—মহুগী ৱাতাদি—

দুষ্যন্তনা শকুন্তলাবু হুন্দোক্লম্লগা কোণুংদা হনগ্রবদা অশোমদ শকুন্তলা মাগী বিরহগী অকনবা তাপ কংলহনা লৈরবদা প্রিয়ম্বদা কৌবা মাগী সখীনা অনসূয়া কৌবা সখীগী মফমদা "ইতা! মগাক্তীদমক নুংশি লৈরেং অমতং শেম্ম, ঐম মহু লৈরাং লৈনা চল্লগ পূজাগী পোৎলম শাহন নিংথৌগী মথুং য়েৌহনখিগে" হায়বদা অনসূয়ান "ইতা! মহুনত্তুম ইশম-শগ্ন য়াম্ন ফৈ নীংই। শকুন্তলানবু করি হায়রিবগে?" হায়খি, মতু তাবদ শকুন্তলান "নখোয়ন ফরে হায়রববু ঐন করি হায়ব তৌনবগে? হায়খি। মতু দা প্রিয়ম্বদান "অহ্ ওইরবদি নশাগী ফিবমগী অচাব থোং-মেলব ৱাহৈন শেম্ম লৈরেং অমতং নীংশিংউ" হায়না শকুন্তলাদ হায়খি। মদু তারগ শকুন্তলান "খনববুদি মখনগে ৱাওইবি-ৱকলোইদ্রা হায়বগীদমক থম্মোই অসি নীকই" হায়না খুমখি।

মরিশুবা বিমর্ষসন্ধিগী কার্য্যাবস্থাদি—

শকুন্তলা দুষ্যন্ত অনীগী গান্ধর্ববিবাহ থোকখ্রবনিন মখোয় অনীসি চান্ন-চিন্নবা লৈমিন্নবদা অকায়বদি পংলৈ লৈত্রবনি, অদুবু দুর্বাসা মুনিগী শাপ অসিনা অপনবা ওইদুনা লৈব অসিনি।

মঙাশুবা নির্বহণসন্ধিগী কার্য্যাবস্থাদি—

দুষ্যন্তনা শকুন্তলাবু মচানিপা ভরতকা লোয়নননা ফংখি। অসিগুম্না কার্য্যগী অবস্থা অসি 'ফলাগম' কৌই।

মপুনাক্ত খোঙশাল্লমদাইদ মতম কুইন লোয়নরক্রবী বন-তোষিণীবু শকুন্তলান ইতা! নখোয় অনীদ বনতোষিণী অসি শীন্নরম্লবনি হায়বদু তাবদ মখোয় অনীন কপ্ন কপ্ন ইতা! ঐখোয় অনীবুদি কনাদ শীন্নবিরম্লবগে? হায়খি।

কবিশিংনা হায়রম্বা লৈ—

"কাব্যেষু নাটকং রম্যাং তত্র রম্যা শকুন্তলা।
তত্রাপিচ চতুর্থোঽঙ্ক তত্র শ্লোক চতুষ্টয়ম্॥"

অর্থদি— কাব্যশিংগী মনুংদা নাটকনা ফজে, নাটকী মনুংদ অভিজ্ঞান শকুন্তলম্‌না ফজে, মতুগী মনুংদা মরিশুবা অঙ্কনা ফজে অমসুং মরিশুবা অঙ্কগী মনুংদা শ্লোক মরিনা ফজে।

কালিদাসকী মরমদা অইত কবিশিংনা হায়নরম্ব লৈ—

"পুরা কবীনাং গণনা প্রসঙ্গে কনিষ্ঠিকাধিষ্ঠিত কালিদাসা।
অদ্যাপি তত্তুল্য কবেরভাবাদনামিকা সার্থবতী বভুব॥"

অর্থদি— মমাংঙৈদা মতীকচাবা কবিশিং কনানো হায়না শাংথানরকপ মতাংদা কালিদাস হায়বা কবি অসিবু খুৎনাওবী থেক্তুনা অহানবা ওইনা শাংথাখি। ওসি ফাওবদা মাগুম্বা কবি অমা লৈতবনা খুনিংথোবু থেক্তুনা শিংথাব য়াখিদে। মরম অসিনা "অনামিকা" হায়ব য়াই অসি অর্থ লৈব য়াইহ ওইখি।

# "বিক্রমোর্ব্বশীয়ম্"

শ্রীবীরহরি শর্ম্মা

মসি অঙ্ক মঙাতদা উংপা, ত্রোটককী মওংদা মহাকবি কালিদাসনা ইবা দৃশ্যকাব্য অমনি। ত্রোটক হায়বসি উপরূপকগী মখল অমনি। মসিদা নিংথৌ পুরূরবা অমসুং উর্ব্বশী কৌবা অপসরাগী প্রণয় কথা (নুংশি-নুঙোনগী য়ারি) বর্ণন তৌই।

কলাগী মিৎয়েংদা য়ে নুরবদি—"বিক্রমোর্ব্বশীয়" নাটককী মওং অসি মালবিকাগ্নিমিত্র অমসুং অভিজ্ঞান শকুন্তলগী মরুমদা লৈ। উর্ব্বশী অমসুং পুরূরবাগী থোইদোক্পা লিরবা বেদগী ওইবা য়ারি অদু কবিনা ভাব, ভাষা অমসুং শৈলীগী শৈরেংগী

য়ুমফমদা ইনৌ-নৌবা মওংদা নিংথিনা উংলি। কবিগী কল্পনা, অসিদা মপুং ফানা বিকাশ তৌই। ভরত মুনিগী শাপ, কার্ত্তিকনা তৌখিবা নিয়ম, উর্ব্বশীনা উরীগী শক্তম লৌখিবা, পুরূরবাগী উন্মাদপ্রলাপ ( অঙাওবগুম্না তেংথাবা ) অমসুং মঙা-শুবা অঙ্কগী থৌরম পুম্নমক অসি কালিদাসনা কল্পনাতনা মরম ওইদুনা য়েকথোকই। মসিনা মরম ওইদুনা নাটককী ওইবা ঝাৰিগী শক্তমদা মথৱাইগুম্না লাকই। নাটক অসিদা শৃঙ্গারগী শরুক অনি—বিপ্রলম্ভ অমসুং সম্ভোগ শৃঙ্গারগী থোইদোক্না পরিপোষক ওই ( মপুং মরৈ ফাই )। পাত্রশিংগী মশিং য়ামদ্র-বস্থ মখোয়গী চরিত্র থম্মোই শোকপা মওংদা উংলি। শকুন্তল নাটকগা চাংদম্নবদা নাটক অসিগী ভাষা ( লেংল ) লাইথোকই অমসুং প্রমাণ-পাইস্থ ওইবা ৱারেংসু য়াওদে, অদুব প্রসাদ অমসু নিংথিজবা গুণদি মপুংফানা লৈ। ত্রোটক অসিদা অপিক-অপিকপা ছন্দশিংগী তোঙান-তোঙানবা মওং অমসু থুম্নবা মহাওতনা য়াম্না হেন্না শিজিনৈ। অহানবা অঙ্কদা উর্ব্বশীগী ৱাম্বরুরগা অমুক হিন্নংলকপগী বর্ণন খ্ৱাইদগা তোঙাল্লি—

'আবিভূতে শশিনি তমসা মুচ্যমানেব রাত্রি
নৈশস্যাচ্চিহু তভুজ ইব চ্ছিন্নভূয়িষ্ঠধূমা।
মোহেনান্তর্বরতনুরিয়ং লক্ষ্যতে মুক্তকল্পা
গঙ্গা রোধঃপতনকলুষা গৃহ্নতীব প্রসাদম্' ॥

থাজগী মঙাল্লা শিল্লবদা অমস্থ কোকগ্রবী অহিংগুম। মৈথুগা অমস্থা কোকগ্রবা, অহিংদা চাকখংলকইবা মৈরিগুম। মপান কিস্থদুনা অনৈবা ঈশি চেল্লম্বদগী অরুবা ঈচেল লাক্লবী গঙ্গাগুম। নিংথিবা শক্তম পুরিবী মহাক অসিবু থম্মোইগী অংকপদু কোকখিবগুমনা উরে।

চাংদম্নরিবা অসিদা পোংশক অহুমনা মপুং ফানা নিংথি-জবগী মওং তশেং-তশেংনা ফোংদোকই, মসি অতোপ্পদা ফংঙমদবা মওংনি।

কালিদাসনা অয়াম্বা মক্কমদা অসিগুম্বা পোংচংশিংগী শিজিন্নবা অসি মশাগী বর্ণনাগী মশক ওইবা পদ্যশিংদা শিজিন্নৈ, মসিগী লাইনা ফংবগী মওং মাগী পাত্রশিংগী শক্কমদা য়াওরি, মহুদি—নিংথৌগী মচিন্না মশাগী রাজধানীগী দলালশিংদা অমম্নুং উপ-বনশিংদা ফংলিবা পোংচংশিংগী শিজিন্নরকপা অসি মহৌশাগী ওইবা মওংদা শিজিন্নবা উরি—

'উষ্ণালুঃ শিশিরে নিষীদতি তরোর্মূলালবালে শিখী
নির্ভিদ্যোপরি কর্ণিকারমুকুলান্যালীয়তে ষট্‌পদঃ।
তপ্তং বারি বিহায় তীরনলিনীং কারণ্ডবঃ সেবতে
ক্রীড়াবেশ্মনি চৈষ পঞ্জর শুকঃ ক্লান্তো জলং যাচতে'॥

কালেন থাগী মৈশালাংলবা ৱাহোংনা উগী মখোঙদা লৈরিবা ঈংলবা আলবালদা (উগী মখোঙ অকোইবদা থম্লিবা গুহাদা) কুন্দুনা লৈরি। খোইমুশিংনা কর্ণিকার কোবা উপালগী অপোম্বা মপানশিংগী মনুংদা চংশিল্লগা লোত্তুনা লৈরি। ঈশিংদা তাওত্তুনা শান্নরিবা ঙানুথঙোংশিংনা নুমিৎকী মৈশা লাংহুনা শারবা ঈশিং থাদোক্লম্লগা মপান্দা হৌরিবা থম্বালগী মখোঙদা চংশিন্দুনা লৈরি। শান্নফম য়ুমশিংদা পোন-মনুংদা য়োক্লুনা থম্লিবী তেনৱা কোবী চেক্লানা লাইজ ঈখো লাংহুনা তোইনা ঈশিং নিরক্লি। কয়াদা চমপ্রবা মহৌশাগী ওইপ্রবা বর্ণনানো?

অহল ওইরবা নিপা অমনা মাগী মপুন্সি মীনাইগী থবক্তা লেপ্লি, মানা থল্লকই, হৌজিক নুমিৎ থরগী মনুংদা অসিগুম্বা পুন্সি অসি থাদোক্লম্লগা পোথারগনি। অহুব মাগী অহল ওইরকপগী অবস্থা অহুনা মীনাইগী মথৌ তৌনবগী মতিকচাবা

মতম্মি থল্লিবা মীনাই অতুনদি করি থল্লমগনি হায়বা রা অসি কালিদাসনা থম্মোই শোক্লা বর্ণন তৌখি—

'সর্ব্বঃ কল্যে বয়সি যততে লব্ধ্ মর্থান্ কুটুম্বী
পশ্চাৎ পুত্রৈরপহৃতভরঃ কল্পতে বিশ্রমায়।
অস্মাকন্তু প্রতিদিনমিয়ং সাদয়ন্তী শরীরম্
সেবাকারা পরিণতিরভূৎ স্ত্রীষু কষ্টোঽধিকারঃ'॥

মীওইবা খুদিংমক মপাঙ্গল মথৌনা লৈরিবৈ, পাখঙ্গী অহন ওইরবা মতমদা থবক্কী পোৎলুম পুম্নমক মচাশিংদা শিন্নরম্লগা পোথারগে থল্লকই। ঐগীদি মসি মীনাইগী কৈশমশং ওনখ্রে, কোন্ংমহুগা ন্‌পীশিংগী সেবাদা থোইদোক্লা অরাবা পীরি। অহন অসিগী নিঙ্‌ম্লক্কবা অসি য়ামনা চম্বা মওংদা থোইনা থম্মোই কাইহল্লি।

কালিদাসকা কবিতাদা তশেংনা রা অসিমদি য়াওরি, মতুদি—মহাক্লা করিগুম্বা পোৎশক অমা বর্ণন তৌবা মতমদা পোওগী মপুংফাদ্রিবা ফাওবা থাদোক্কে। মসিমক মথাদা পুখৎ লিবা অসিমক্কদা উবা ফংই, মতুদি—মহাক্লা উর্ব্বশীগীদমক্তা ডাওরবা নিংথৌ পুরূরবাগী মচিন্মক্লা উর্ব্বশীগী মরিদা করিগুম্বা খুদিং ডাংথোকহনবা পাম্মী। মতু পদ্য অমতনা মাগী নিংথিজরবা শক্লমগী পরিচয় পিরি, মসিগা লোইননা মহৌশাগী ওইবা বিষয়স্ বর্ণন তৌরি—

"পদ্ভ্যাং স্পৃশেদ্বসুমতীং যদি সা সুগাত্রী
মেঘাভিবৃষ্টসিকতাসু বনস্থলীষু।
পশ্চান্নত, গুরুনিতম্বতয়া ততোঽস্যা
দৃশ্যেত চারুপদপঙক্তিরলক্তকাঙ্কা"॥

থোংনোরবা নি খিবা শক্লম পুরিবী মতাক অহনা, করিগুম্বা নোংনা চোংলবা লৈডোইতগী মশক ওহরবা বনগী লৈমাই

মখক্তা খোঙদারম্বা থোক্লবদি য়েংবদা নিংথিরবা লুম্নবা ভুংয়ানগী অরুম্বনা ভুংলোমদা নমথরবা, 'অলক্তক' কৌবা খোঙগী লৈতেংগী অঙাংবা মচুনা লৈতেংলবা মাগী নিংথিরবা খোঙ্গুন পরেং উরম-গদৌবনি।

পুখৎলক্লিবা অমসুং মথক্তা বর্ণন তৌখ্রিবা ৱাহৈ কয়' অসিদগী পাঠকশিংনা ত্রোটক অসিদগী মখল-মথেল মথং-মথং থোইদোক-হেন্দোকপা মওং মতৌ পুথোকপিবদা খোইনা লুনা থোক্লরোই।

ত্রোটক অসিগী ৱারি অসি কনাদা য়ুমফম ওইবনো অমসুং মতুদগী করি করি তোপথোকই? ৱাহং অসিগী পাওখুমদি—

উর্ব্বশী অমসুং পুরূরবাগী বিষয় অসি ঋগ্বেদনা য়ুমফম্নি। মসিদা হো দোক হোংজিন কয়ামুক্তি তৌখ্রে, অদুবু য়ুমফম ওইবগী মওংদি অদুম কাইদনা লৈ।

ঋগ্বেদগী য়ুমফম অসিমক্তদা মহাভারত, বিষ্ণুপুরাণ, পদ্ম-পুরাণ, মৎস্যপুরাণ, শ্রীভাগবত অমসুং কথাসরিৎসাগরদসু উর্ব্বশী ঋগ্বেদবু য়ুমফম ওইনা লৌবনা ফবা হেল্লি। অদুগা ৱা অসিমদি হায়নিংঙাই লৈ, মদুদি—কালিদাসনা ঋগ্বেদ নত্রগা করিগুম্বা অতোপ্পা লাইরিক অমদগী ওইরবসু ৱারিগা শরুক অদু লৌখি, মদুদা মতিকচানা ওন্থোক ওনশিন তৌরগা পুক্লি' হুবা মওদা য়াম্না নিংথিনা শেমদোকখিবনি, হায়বসিমদি।

পুরাণশিংগী ৱারিগা ত্রোটক অসিদা উৎলিবা ৱারিগা অনি অসি খরদংদা খেংনবা নত্তে,—

(১) পুরাণশিংগী মতুং ইন্নদি মহারাজনা অহানবদা উর্ব্বশীবু ইন্দ্রগী সভাদা নত্রগা নন্দনকাননদা উখি। লাইরিক অসিদদি হেমকুটদা জ্ঞান য়াওদনা লৈরম্বা মওংদা উনখি।

(২) পুরাণশিংদা ঐশীনরীবু নিংথৌগী মহারাণী অমনি হায়না লৌদে। হরিবংশদদি উর্বশীবু নিংথৌগী মহারাণীনি হায়। মহাভারতনদি ঐশীনরী অসি নিংথৌগী চান্নবীদি ওই; অদুগা নিংথৌনা লুহোংহনা লৌখি হায়বদি ইরমদে। ত্রোটক অসিদনা উর্বশীবু বিবাহ তৌহনা লৌখিবী মহারাণীনি হায়না লৌই।

(৩) পুরাণশিংদা উর্বশীবু ভরতমুনিনা অমসুং কবিগুরুদনা তুম্বরুনা শাপ তৌখি। করি কবিগুরুদনা মিত্রাবরুণগী শাপকী মতাংসু য়াওই। অদুগা লাইরিক অসিদদি তশেংনা ভরত-মুনিনা শাপ তৌখি হায়বা অসিমক ইরম্মী।

(৪) পুরাণশিংদা উর্বশী কাইনবদগী রারবা নিংথৌ পুরু-রবাগী মফমদা ভগবানগী থৌজান্নি হায়না ইরি অদুগা গন্ধর্বগী থৌজানগী রা ওইনসু ইরম্বা লৈ। লাইরিক অসিদদি ইন্দ্রগী থৌজান্নি হায়না ইরি।

(৫) পুরাণশিংদদি উর্বশীনা নিংথৌবু ফি য়াওদনা লৈরম্বা উখি অদুগা শাওদুনা চংখি। কবিগুরুদনা গন্ধর্বনা হুদুনা পুখি। লাইরিক অসিদদি মচাগী মশক উবা ফাওবদং মখোয় অনি কাইনদনা লৈগদবনি হায়।

(৬) পুরাণশিংদা কাইনররবা তুংদা অমুক হন্না সঙ্গমনীয় মণিনা মরম ওইদুনা মখোয় অনি অমুক উনবগী রা অসি য়াওদে।

(৭ মঙাংশুবা অঙ্কগী রারিশিং অসিস্থ পুরাণদদি য়াওদে, মসি তশেংনা লাইরিক অসিদতা য়াওবনি।

(৮) পুরাণশিংগী মতুং ইন্নদি উর্বশীবু নিংথৌ পুরুরবানা মর্ত্তলোকদা পুককখি, মশামক্না অভিসারিকা ওইদুনা লাকখিদে।

(৯) পুরাণশিংদা নিংথৌবু অরাবা ওইনা থাদোকখি অদুগা লাইরিক অসিদনা ভারতীয় মর্য্যাদাগী মতুংইন্না পুন্না নংঙাইনা লোইশিল্লি।

অসিগুম্বা মওংশিং অসিদগী তশেং তশেংনা উরে, মদুদি—কালিদাসনা পুরাণগী রারিশিংদা অসিগুম্বা হোংদোক হোংজিন তৌদুনা নিংথিজবা শক্তম কয়াদা রচনাদা হৈশিংবগী মওং মীপুম থুদিংদা উংকে হায়বগীদমক হোংনখি, মদুদা মপুং ফানা মহৈ য়ানবা ঙমখি।

## পাত্রালোচনা

## ১—পুরূরবা

রূপক অসিগী নায়ক পুরূরবানি। রূপকদা নায়ক অসি ধীরোদাত্ত ওইগদবনি হায়বা অদুমক মহাক অসি ওইরি। পুরূরবা মপাঙ্গল মথৌনা লৈবা অমসুং মী থুদিংনা লুনা চান্না তৌবা নিংথৌ অমনি। মহাক অসি ইন্দ্র ফাওবনা মতেং লৌনিঙাই ওইবা নিপা অমনি হায়না লৌই। নিংথৌ অসিগী মগুণদি মীনুংশি শঙবা অমসুং পুকচেল চাওবনি। মহাক্না মী অমত্তগী মপুক্কিং নুঙাইহনবা থবক তৌদে। রাণী ঔশীনরীনা নিংথৌগী উর্ব্বশীদা পুক্কিং লুপ্পা উবদা নুঙাইতবা থৌদোক অমা থোকখি, মদুদি—নিংথৌনা মখোঙ পাইদুনা হায়জরবা ফাওবদা মানা করিত্র ওইদনা খনগ্রবনি, অদুবু মাগীদমক্তদি নিংথৌনা তৌফম থোকপা সন্মান ব্যবহার হান্নগী মতৌগুম কাইদনা তোখি। মহাক অসি উর্ব্বশাদা মথরাইদি লুপ্পী, অদুবু মাগী থম্মোইদা মশাগী রাণী অমগী মফমদসু অফবা অচুম্বা রাখল থনম্মী। উর্ব্বশীগী মাইকৈদা অমুক য়েংবিয়ু—করিগুম্বা নিংথৌনা মীনুংশি শঙদবা ওইরম্লবদি, উর্ব্বশীনা মাঙগ্রবদা পোংশক করামুক্তা চংদুনা অচাওবগী মতৌগুম হংনিংাই থিনিংাই করি লৈবগে? অদুবু নিংথৌগী প্রেম অসি জাব পুম্নমক্কী প্রেমগী আদর্শ ওইরম্মী,

মানা মথরাইবু শান্নপোৎ ওইনা খল্লবা প্রেমগী লৈকম খঙবা পান্নখী। শকুন্তলাগী দুষ্যন্ত অমসুং বিক্রমোর্ব্বশীয়গী পুরূরবা অনিসিগী খেন্নবদি—দুষ্যন্তনা নিংথৌ ওইনা প্রেমী ওইবনি, মাগীদমক্তদি নিংথৌগী তৌগদবা মথৌ অহৃতনা মরু ওইরম্মী, পুরূরবাগীদি প্রেমতনা মরু ওইরম্মী। মরম অহূনা চহি কয়া চুপ্পা কোনুং থাদোক্লনা তোঙান্না লৈবা ঙমখি। অহৃগা দুষ্যন্ত-না শকুন্তলাবু কৌরুনবগীদমক্তা মশামক চৎপা ঙমখিদে, মাগী মী থারম্মী। পুরূরবাগীদি প্রেমদা অদুগুম্না পুক্লিং চুনিঙাই ওইবা মওং মফম খুদিংদা বিকাশ তৌই, মদু থোইদোক্লা আস্বাদ্য ওই (রস লৌনিঙাই ওই)।

## ২—উর্ব্বশী

উর্ব্বশীদা লাইগী মওং অমসুং মীগী মওং অনি পুন্না লৈবগী মওং উবা ফংই। মাগী শক্তম অমসুং মগুণ থোইনা পুক্লিং চুনিঙাইনি। মানা সখীশিংগা লোইননা চংখিবা লিচৎ-শাজৎ থোইনা নিংথিজে। নিংথৌনা মাগী উপকার তৌখিবা মতমদা মহাক রাম্বহূনা লৈরম্মী। জ্ঞান লাক্লবা মতমদা রাখল অসি লাকখি, উপকার অসি হিংচাবনা তৌখিবনি হায়না। মসিদগী খঙলে মদুদি—য়াম্না ওৎনৈবনা মপুক্লিং লাংতক্লরি-ঙৈদসু নিংথৌবু উনিংবগী অপাম্বা মাগী থম্মোইদা লৈরম্মী হায়বনি। মসিমক্তনা মাগী প্রেমগী থাক খঙবা ঙম্মে। প্রেমগী চুনা লু-তোংনচিংবা চকচাংগী মফম পুম্নমক্তা শিনথুংনা চংপ্রে হায়বা। উর্ব্বশীগী চরিত্রদা নিংথৌ পুরূরবাগী মফমদা মাগী কল্লবা প্রেমগী লিচিং পুম্নমক্তগী তোঙাল্লি। মানা পুরূরবাগা লোইননা প্রেমগী ঈপাক্তা তাওরিঙৈদা মঙোন্দা করিগুম্বা মানা-পমানগী রাখল অমত্তা লৈরমদে। অহানবা উনবা মতমদা

অভিসারিকা ওইনা লাকখি। নিংথৌগী মনাক য়ৌরবা মতমদা মাগী শক্কম, অসি ওইরকখি। মতুদি—পদ্ম'র হায়দোক্কনি হায়বা কাওখি। মাগী থম্মোই তক্ক তহেল্লি হায়বসি মানা ঐশীনরীব, ইন্দ্রাণীগা মান্ননা চাংদম্নখিবা মতমতুদা তশেংনা উংখি। মহাক্না থাজে, মতুদি—নিংথৌনা ঐশীনরীদা প্রেম লৈ হায়বসি। অতুনা মানা নিংথৌগা লোইননা লৈরিবা অচেৎপা প্রেমতু মশাগী লিচৎ শাজত্তা কংগুম্বা অমত্তা উহনখিদে। নিংথৌগী মফমদা উর্ব্বশীগী প্রেমদি অস্মুক চেৎনা লৈ – মতুদি—মানা নিংথৌগা কাইনগনি কীবদগী পোকপদগুাইরিবা মচাব, অতোপ্পা মফমদা লাপ্পা থম্বা ঙমখি। তশেংবনক্কি মসি খ্বাইদগী বাংলবা ত্যাগ 'থাদোকপা' মখল অমনি। মমা ওইবীশিংনা মচাব, তোঙান্না থমত্ত্রগা মপুরোইবগী প্রেম মপুং ফাহনবা হাগবসি থোইনা লুরবা বাহং অমনি। অতুব, মহাক্না মসিদা লাইনা পাংথোকপা ঙমখি। মহাক অসি সাধারণগী ( ময়ামগী ) ওইবী নুপীনিদি হায়নৈ। অদুবু মাগী লিচৎশাজৎ য়েংলুরবদি কুলবধূ ( শাগৈগী মো ) অমগা চপমান্নৈ।

## ৩—ঐশীনরী

মহাক অসি রাণী অমগী মওদা চিত্রণ তৌবদি অতুক য়াম্না তশেং-তশেংহনবদি ঙমদে, অদুমকপু বিক্রমোর্ব্বশীয়গী ঐশীনরী অসি হরাও তয়াম্বা ফংজদ্রবী নুপী অমদি ওইনা লৈ। মঙোম্দা মসিগী অরাবসি মতম খুদিংমক্তা থাদোক্কনা লৈ, মদুদি—ঐগী ইপুরোইবা অসিনা কনাগুম্বী অতোপ্পী নুপী অমবু আশা তৌদুনা লৈ হায়বা অসি। মসি মানা নিয়ম ব্রত তৌবা অমস্মুং রাশক লৌবত্তনা প্রমাণ তৌই। মানা মপুক্কিংগী ফিরেপ অদু শেংদোকপা ঙমখিদে। মরম অদুনা তোঙান্না

অদুম লৈখ্রে। অশোমদা করি তৌরিবগে হায়বগী রাখল তৌখিদে। অদুগা মাগী চরিত্রদা অমোংপা অমত্তা পকখিদে।

## ৪—কঞ্চুকী

কঞ্চুকীগী চিত্রণ অসিদি য়াম্না স্বভাবিক (ইচমচন্না) ওই। মহোন্দা অহনগী মতম ওইরবদা কোন্নংগী নুপীশিংগী সেবা তৌবা হায়বসি য়াম্না খুদোংথিনিঙাই ওই। মহোন্দা মসি থোইদোক্না মহৌশাগী ওইবা মওংনি। মহাক্কী পুন্সিসি তশেংনা কৈশুমশং ওইরে হায়বা রাসি মানা থোইনা নিংথিজরবা শৈহেক শৈদাদা ফোংদোকই—'সর্ব্বঃ কল্যে বয়সি যত্নে লব্ধুমর্থ ন..' হায়বা পদ্য অসিদা। রাহৈ অসি য়াম্না স্বভাবিক ওইবা মওংনি।

## ৫—নিপুণিকা

নিপুণিকা হৈশিংলবী মীনাই নুপী অমনি। মানা মতম খুদিদা মবেম্মগী অমাং-অতোপ্পা রাখল তৌই অমসুং অতোপ্পা অমনা (কনাগুম্বা অমনা) তৌরকপা মচাক মরল মাঙহন্নবগী থবক্তা নিংথিনা মিংয়েং চংশিল্লি। মাগী থাগৎনিঙাই অমদি অসিনি, মগুদি—মানা খুদোংচাবা মতম করিগুম্বদা নাক্লোকহনখিদে

## ৬—বিদূষক

বিদূষকগী থবক রূপক অসিদা পুক্কিং নুঙাইহনবা, ফাগি ফারাং তৌবা নত্তনা করিগুম্বা উৎনিঙাই থবক অমত্তা লৈতে। মহাক্কি চানবগী রাখল অমসুং অপংবগী থবক তৌই। করিগুম্বদনা অরোন অথুপকা রাফম থুগাই, করিগুম্বদনা ভূর্জ্জ-পত্রদা ইবা চিঠি মাঙহল্লি। অসি ওইরবসু মানা তৌখিবা নুঙাইনবা ফাগি-ফারাংদি য়াম্না নিংথিনা তৌই। মহাক অসি ওইজবা পাম্বা মীশক অমনি। অমরোমদনা মহাক অসি নিংথৌগী

চান্নবা মক্কপ্নি। অদুগা অময়োমদনা রাণীদগী ফাওবা মশাগী কংফম থোকপা শরুক খোমজিনবদা ইকাই হঙ্গোইবা লৈতে। মহাক অসি কাগি-ফারাং তৌদুনা নুঙাইহন্নবগী থব দি হন্না হন্না হোংনরবা মীশক অমনি।

# মেঘদূতম

লেখক ঃ– কালাচান্দ শাস্ত্রী

গদ্যগী মওংদবু ওইরবসু, পদ্যগী মওংদবু ওইরবসু রসাত্মকপু ওইরবদি মহু কাব্যনি হায়বসি সাধারণ ওইনা অদুম মখঙনৈ। অদুগুম্বা কাব্য অদুনা সর্গ কুন্দরি-মঙাদগী তাদনা লৈরবদি মাদুবু মহাকাব্যনি হায়নসু চংনবী অম ওইনা অদুম মখঙন-রক্লি। অদুগুম্ব মহাকাব্যবু লেঙিবা কবি অদুবুসু মহাকবিনি হায়ন খঙনার মাসি পরম্পরাদগী খংনরকপ—চংনরকপদগীনি। মুন্ন-কুপ্প আলোচনা তৌরুরবদি মহাকবি অম ওইরকপগী থাক অসি কাব্য অমদি মহাকাব্য য়াম্ন লেঙবা-ইবা অদুগুম্বা লেখক কবি ঙাক্লসু য়োরকপ ঙম্মদ্রি। কাব্যগ্রন্থ য়ামন লেঙবা ঙাক্লসু মহাকবি ওইদ্রি। অদুনা, কাব্যগ্রন্থশিংগী মশীং অদুগা সর্গ-শিংগী মশীংগা মহাকবি অম ওইরকপগা অদুক য়ামন মরী লৈনদব্রা হায়বসিসু খন্নফম অমনি। ভারতকী আদি কবি, মহাকবি বাল্মীকিনা রামায়ণ অমত্ত লেংঙম্মি। হৌজিক্কী সর্গ কুন্দরি-মঙাদ লেংবগী রাদুগা মরম করিমত লৈনদে। কাগু তরেং অদুগী মনুংদ য়াওরিবা, কাগু অমতংদগী লোথোক্লগা মধ্যযুগকী কবিশিংনা সর্গ কুন্দরি মঙানা শাবা কাব্য, খণ্ডকাব্য, মহাকাব্য গ্রন্থ কয়া কয়া লেংনদুনা মহাকবিগী উপাধি ফংনখি

অদুগা ফংসু ফংনরি। বাল্মীকিগী রামায়ণ অসি লৈরমদ্রবদি রঘুবংশ, উত্তররামচরিত, মেঘনাদবধ, সীতাবনবাসনচিংবা কাব্য গ্রন্থশিং অসি, অদুগা ব্যাসগী মহাভারত অসি লৈরমদ্রবদি শ্রীহর্ষগী নৈষধ, অদুগা মতুংগী জয়দ্রথবধ, কুমারসম্ভবনচিংবসি অমত্ত লৈরমদব য়াই। রাকম অসি হৌদোক্লুবগী অভিপ্রায় অদুগা তাৎপর্য্যদি কালিদাসনা তোমখিন ওইনা মহাকবি অমা ওইনা ফাওখ্রিবসি সর্গ কুন্থরি মঙাগী মথকতা ইখিবা রঘুবংশ, কুমারসম্ভবনচিংব মহাকাব্যশিং অদু ইখিব ডারু নত্তে। সর্গ নাইদবা পীক্রবা মেঘদূত কৌবা কাব্য অদুতনরা হায়বসি খন্নফম থে কই। মাঘগী শিশুপালবধ, মহাভারততগীনি, নৈষধ মহাভারততগীনি, উত্তররামচরিত রামায়ণদগীনি, কালিদাস মহাকমক্কী রঘুবংশ কুমারসম্ভবনচিংবসু মহাভারততগীনি। হায়বদি হায়রিবশিংসি মৌলিকগ্রন্থ অমত্ত নত্তে। মহাভারত রামায়ণগী ছায়ামক্তনি। পৌরাণিক, ঐতিহাসিক ওইবা কাব্য গ্রন্থমখৈ মৌলিক অমত্ত নত্তে। অহু ওইরবদি ঔপন্যাসিক ওইবা কাব্য অদুগা মহাকাব্যগী গ্রন্থশিংতবু মৌলিক কাব্যনি, মহাকাব্যনি হায়গদৌরিব্রা হায়নসু কনাগুম্বনা য়েৎলকপহুসু খন্নদাংঙাইনি। ঔপন্যাসিক মহাকাব্যশিংগী মনুংদা বাণভট্টগী কাদম্বরীনা গদ্যাত্মক মহাকাব্যশিংগী সমাজদা বিশেষতা অম ফংহুনা লৈরি। মহাপ্রসিদ্ধ ওইরবা চাউর চাউরবা, মাঘ, ভবভূতি, ভারবি, শ্রীহর্ষনচিংব মহাকবিশিং অসিনা ফংখিবা মান্যতা অমদি প্রসিদ্ধিদগী কবি কালিদাসন ফংখিবা বিশেষতান' তোপতোপ্প অমনি। তোপতোপ্প অমা ওইখ্রিবসিনক রঘুবংশ, কুমারসম্ভবনচিংবা সর্গ কুন্থরিমঙাগী চাওর চাওরবা মহাকাব্যশিংসিনা নত্তে, থাইদগী পীক্রবা অদুগা খণ্ডকাব্যনি হায়বা ফাওবা হায়নীংদ্রবা মেঘদূতননি। মাঘ, ভারবি, ভবভূতি অদুগা শ্রীহর্ষমকপু কবিকুলশিরোমণিনি

হায়না খক হায়নদে, অহগা হায়স্নু হায়নীংদে। ইউরোপকী কবি বিদ্বানশিংমক্না Kalidas is the Shaskspeare of India হায়নখ্রিবসি, মেঘদূত কৌবা মহারোমান্তিক ওইবা কাব্য অসিতনবা হায়না খল্লি। মেঘদূততগী বা ঙাকস্নু নত্তে। শকুন্তলা কৌবা নাটকপু উরগা পারগা মাসিবু তাইবংমীনা লেংবরা হায়নবা ইউরোপকী বিদ্বৎসমাজনা ঙাঙনরিবনি।

মেঘদূতকা হৌরকফম অসিস্নু অঙকপা অমনি। কিংবদন্তীরা নত্রগা জনশ্রুতিরা নত্রগা থাংগৈশেংনা বাস্তবিক ওইনা থোকথিবা থৌদোকলা হায়বদুগী মরমদা থোইদোক্না নৈনক্চন্দ্রবস্নু "অস্তি কশ্চিৎ বাগ্‌বিশেষ?" হায়না কনাগুম্বী অমনা কালিদাসদা হংখি হায়বসিমদি শোয়দ্রে। বিশেষতা লৈবা সংস্কৃত কবি অমরা হায়না খঙনীংঙকপদগী নৌন লুহোংলিবী নিংথৌ মচানুপীস্নুনা হংখিবা রাসি কালিদাস ঙৈপঙ পঙনা লৈরিঙৈ মতমদনি। খাইদগী অঙকপ অমনা সংস্কৃতলোন্দি হায়ক্রস্নু ময়েক অম ফাওবা পাবথোক্তবা পাখং ফারবফাওবা, মূর্খ কালিদাস হায়না খঙনরম্লবা মীশক অমনা মহাকবি কালিদাস হায়না কবি সমাজদা কবিশিংগী শিরোমণি ওইনা ফাওখ্রিবা অসিনি। অদুগুম্বা মহাক্না "অস্তি কশ্চিৎ বাগ্‌বিশেষঃ?" হায়বা শব্দ অস্নুম্না শাবা সংস্কৃত রারেং অসিবু কাউদনা করম হায়না লৈরম্লিবনো হায়বদুস্নু অঙকপা অমনি, মসিগী রাসি থমখিসি। অস্তিনা হৌবা মহাকাব্যনা কুমারসম্ভবনি, বাগ্‌না হৌবনা রঘুবংশনি, কশ্চিৎনা হৌবনা মেঘদূতনি। যক্ষরক্ষগী নিংথৌ কুবেরগী মফমদগী রাজদণ্ড ফংদনা, নববিবাহিতা ওইবী লোয়নবীবু থাদোক্লমদুনা অলকাপুরদগী রামগিরি কৌবা আশ্রমদা মথন্ত লৈখিবা কনাগুম্ব যক্ষ অমদা পানশিন্দুনা লেংখিবা মেঘদূতনি। যক্ষদুগী প্রোষিতভর্তৃকা নায়িকাদুগী মতাংদি মেঘদূততা অদুক য়াম্ন কন্না পন্দে।

নিংথৌগী মচানুপীদ্না তাম্থোকপিরক্লবা কালিদাসনা মশামক্ত পানশিন্দুনা মেঘদূত অসি "কশ্চিৎ কান্তাবিরহগুরুণা স্বাধিকারাৎ প্রমত্তঃ" হায়বা পঙক্তি অসিনা হৌদ্না লেংখি।

প্রোষিতভর্তৃকা নায়িকাগী অবস্থাদা প্রধানতা পীদ্না লেংগদবদ্ হেকতোক্লুনা নায়ক ওইনা লৈরিবা যক্ষদ্দা প্রধানতা পীদ্না মাগী য়ুমদা প্রোষিতভর্তৃকা ওইরদ না লৈহৌবীদ্গী মফমদা কায়ন মৈচাক ফোংদোক্ত্না নোংমদোম্নক্ত পাইরিবা লৈচিন্দা পাউ থাবগী ইরিবা কাব্যসিমক য়াম্ন বিলক্ষণ ওইবা কাব্যগী পোৎ অমনি। মায়গৈ মরিদা চীংনা ঈকোয় কোয়-শিনগ্রবা মীচিক মীরাওখোল তাদ্রবা অহুগা নোংমদোম্নক্ত পাই-রিবা নোংগী মতুম অহু নত্তনা অতৈ জীব অমত লৈত্রবা মফমদা লৈরবা যক্ষ অহনা মাগী চান্নবীদ্গী মফমদা পাউ থাবগী মতাং অসিমতনি মেঘদূততা লৈরিব হায়ববু। রামগিরিদগী অলকাপুরী তাম্ন চৎনবগী লম্বীস্থ যক্ষদ্না মথন্নায় পানদ্রবা, খুদক্ত লৈচিন তাক্লুম তাকগ্রগদবা নেংমতুম অদ্দা মথং মনাও নাইনা তাক্লি। মাসিমকস্থ ইংরেজী লোলগী হায়রগা Love is blind হায়ব-দ্নি। থম্মোয়নুংগী থূল্লবা নুংশি পাউজেলবু মথন্নায় পান্দব ওইবত নত্তনা, মৈখু, মৈ (মঙাল) ঈশিং লৈপাকী মপৈনা ছহাক্তং মশক উহন্দুনা লৈবা লৈচিন মতুম অমদা. পাখোল্লোয় ওইনা পুহনবা হায়বসিমক ওইথোক্তবা অমনি। কবি মশামকুস্থ— "ধূম-জ্যোতিঃ সলিলমরুতাং সন্নিপাতঃ ক্ক মেঘঃ" হায়না ফোং-দোক্লি। মাসিনা মপাম্থোংগী অপোবা বিচারদা লৈজবা ৱাকম্নি। য়াম্না আধ্যাত্মিক ওইবা বিচারদা আলোচনা তৌরুরবদি মেঘদূত-বুস্থা আধ্যাত্মিক ওইবা কাব্যসি কবিতাগী সংসারদা য়াম্ন তাঙিঙ। প্রেমিক অমনা মাগী প্রেমিকাগী মফমদা নত্রগা প্রেমিকা অমনা মাগী প্রেমিককী মফমদা দূত-দূতী ওইনা পাউ পুহল্লিবসি

মপাম্ব্রোংগী পাঞ্চভৌতিক প্রাকৃতিক ওইবা হকচাংসিদনি হায়বদি মৈ, ঈশিং, নুংশিৎ, লৈপাক্লু শাবা হকচাং অসিদনি। অদুগা বা ভাংলিবা পাউ থারিবসিদি আত্মাতুননি, প্রকৃতি হায়বসি পুরুষ আত্মা) মহাক্কী পাখোল্লোইনি। অসিগুম্বা সাংখ্যগী তত্ত্ব অসি মেঘদূততদা লৈ। অসোমগী মায়গৈদা আলোচনা তৌরুবদি য়াম্ন বৈজ্ঞানিক অদুগা আধ্যাত্মিক ওইবা কাব্যদি কালিদাসগী মেঘদূত নত্তনা অতৈ অতোপ্পা কাব্য অমত লৈতে হায়বা য়াই। অদু নত্রবদি পিশক পীরুবা কাব্য মচাসিনা মহাকাব্যগী থাক্ত কারক্নুনা মাবু লেংবা কালিদাসবু কবিকুল-শিরোমণি ওইহনখ্রিবসি ওইথোক্রুবনি। "মেঘদূত" হায়বা পদ-সিমক্কী পদপরিচয় পীবদা অদুগা সমাসবিগ্রহ তৌনরকপদম্ব্লু রঘুবংশ, শিশুপালবধনচিংবা শব্দশিংসিগী সমাসবিগ্রহ তৌবগুম ঈরায় লায়বা থবক অমগুম থক ওইরোই। মেঘগী দূত নত্রগা দূতগী মেঘ অসিনচিংবা বিগ্রহ মপী অসিনা থক ওইবা য়ারোই। শিশুপালগী বধ, রঘুগী বংশ হায়না ঈরায় লায়না হায়দোক-পগুম্না মেঘদূতকীদি য়ারোই। "মেঘমকপু দূত ওইনা পাউ পুহনবগী শৈরেংশিংনা মতোম্দ ওইবা অদুগুম্বা কাব্য" অসুম হায়না ব্যধিকরণ বহুব্রীহি ওইনা বিগ্রহ পীবা তাই। মেঘগী দূত হায়বম্লু য়ারোই, দূতগী মেঘ হায়বম্লু য়ারোই। মেঘ এব দূতো যস্মিন্ হায়না বিগ্রহ পীরক্লাওবদা চপ চাবা অর্থ থোকহনবা থক য়ারোই। রাজদূত, দেবদূত অসিনচিংবগী শব্দগী মওংগা অদুগা অর্থগা লৈরিবসিগুম্বা মেঘদূত হায়বা শব্দসিনা লৈগদব নত্তে।

রঘুবংশ, কুমারসম্ভব, শিশুপালবধ, নৈষধনচিংবদা রঘু, দিলীপ, ইন্দুমতী, শিব, পার্ব্বতী, শিশুপাল, নলদময়ন্তী অসুম্না নায়ক নায়িকাশিং মমিং মথা য়াওনা লেংবা মেঘদূত নত্তে।

যক্ষদ্গী মিং অদ্গা মাগী কায়নহৌৰী প্রোষিতভর্তৃকাদ্গী মমিং মথা করিমত্ত পন্দে। কাব্য, নাটক হায়বসিমক্তবু খরনা অৱাবগী মতাংনা হৌরগা নুংঙাইবগী মতাংদা লোইশিনবা, খরনা নুংঙাইবগী মতাংনা হৌরগা অৱাবগী মতাংদা লোইশিনবা হায়বদি স্খান্ত নত্রগা দ্ঃখান্ত ওইবা অসিগুম্বা ঙাক্তনি। মেঘদূতকীদি তোত্তোপ্পা মওং অমনি। অৱাবা ফোংদোকপা কান্তাবিরহ শব্দনা অৱাবা মতাং অম ওইনা হৌরগা মরক্তনা পাখোল্লোয়দ্না চংলুগদবা তৌরুগদবা মথৌ খর তাক্লগা লোই-শিনখিবদ্মক লৈচিন তাক্লুম তাকখি। লৈচিন্দ্না পুরকপা পাউদ্ তারগা পোষিতভর্তৃকা ওইবী যক্ষগী লোয়নবীদ্না নুঙ ইখিবা নত্রগা রাখিবগী মতাংস্ ময়েক ইরমদে। তাইবং মাওইবগী পুনশিনা লোইশিনখিবা, প্রেমিক প্রেমিকাগী মপুনশিনা লোইশিনখিবগী মওং অসি মেঘদূত কৌবা কাব্যসিতনা উংলি। ঐনা ঙাঙলিবসিবু লৈচিনসিনা তাবিদ্রা, ঐনা পুহল্লিবা পাউ সিবু ঐগী চান্নবীদ্দা অমত রাক্তনা তম্মুগদ্রা হায়বগী বিচার অসি ঈত্তৌ তৌদনা ভাবতনা নুংঙাইখিদ্না যক্ষদ্না লৈচিনদা ঙাঙলিবদ্নি তাইবংমীনা তৌনরিবসিনু। লৈচিন তাক্লুম তাকথ্র-গদবা মপানগী হকচাংসিদা ঈচানি, ঈশূনি, মরূপনি মপাংনি। হায়না ভাবতনা পঙন্ংত ন্ংঙাইদনা লৈনরিবসিগী মওং অসি কালিদাসনা মেঘদূততা য়েকখিবনি। জীব ব্রহ্মগী মমিং হায়বব্ জীব ব্রহ্ম হায়রিবসিনা লোইরে।

গোপালনচিংবা মিং অসি জীব ব্রহ্মগী কুয়োম হকচাং-সিতদা থোনজিনবনি। অসিনচিংবা আধ্যাত্মিক বিচার অসি কোঙদোক্তনা মেঘদূত ইখিবনি। অরুনা কৱিনা যক্ষগী মিং পন্দনা কশ্চিৎ যক্ষঃ হায়না হৌরিবসিনি। অতুনা আধুনিক টীকাকারশিনা মমিং য়াওদবা যক্ষগা মাগী মমিং য়াওদবী

লোয়নবীগা কায়নবগী বিষয় অসি জীবগা ব্রহ্মগা কায়নবগী মতাংবু কাব্যগী মওংদা কবি কালিদাসনা ইখিবনি হায়নরি।

## মহাকবি কালিদাসকী
## 'কুমার সম্ভবম্' মহাকাব্য

শ্রীনীলবীর শর্ম্মা

'কুমার সম্ভব' কৌবা মহাকাব্য অসি সংস্কৃতলোলগী পৃথিবী শিনবা থুংনা ফাওরবা মহাকবি কালিদাসকী কাব্যশিংগী মনুংদা অমনি। মহাকাব্য অসি সর্গ ( Canto ) তরাতরেংনা শাবনি। সর্গ তরাতরেং অসিগী মনুংদা অহানবা সর্গ ৮ অসিদং কালি-দাসনা ইরম্বনি হায়না লৌনৈ। কুমার সম্ভব হায়বগী অর্থদি কুমার ( কার্ত্তিকেয় ) পোকপা হায়বনি। মহাকবিনা ইরম্বা ৮শুবা সর্গ ফাওবদদি কুমার পোক্ত্রি, শিব-পার্বতী অনিগী লুহোংলবা মতুংগী শৃঙ্গারগী বর্ণন খর ফাওবদনি। মরম অসিনা লাইরিক অসিগী মমিংগা চানদে। মতুংদা কনাগুম্বা কবি অমনা সর্গ ৯ হাপচিন্দুনা কুমার পোকপা; লাই ময়াম্না কুমারবু সেনাপতি হাপ্পা; লাইয়ামগী লান্মীগা হিংচাবগী লান্মীগা লান্থেংনবা; কুমারগা তারকাসুরগা লান্থেংনবা; কুমারনা তারকাসুর হাৎপা; পুম্নমক অসি ইথরম্বনি হায়না পণ্ডিতশিংনা লৌনৈ। মহাকবিনা করিগীদমক লাইরিক অসি মপুং ফাবাত্তনা থনম্বনা হায়বা অসিগী মতাংদা পণ্ডিতশিংগী তোঙান তোঙানবা মত কয়ামরুম লৈ। মহাকবিনা শিব-পার্বতী অনিগী লুহোংলবা মতুংদা ভোগ-বিলাসকী মতাংদা তৌরিবা বর্ণন অসি থরা হকচিনমনখিবনা মীয়ামগী মীচৈ অমা লাক্লনি হায়বগী অকিবনা

মথা ইথৰগী থৌনা মাংথিবরা হায়না লৌনৈ। মহাকবিনা সর্গ ৮ ফাওবদমক ইরম্মি হায়বগী প্রমাণদি সংস্কৃতকী ফাওরবা টীকাকার মল্লিনাথনা মাগী সঞ্জিবনী হায়বা টীকা অসি মহা-কাব্য অসিগী সর্গ ৮ ফাওবদমক ইরম্মি, অসিগীসু মথক্তা লেমহৌরিবা সর্গ ৯ অসিগা মথক্কী সর্গ ৮ অসিগা অনি চাং তম্নবদা কাব্যগী ফজবদা অঙকপা ফংনা থেন্নৈ। মথাগী সর্গশিংদা অলঙ্কার, ভাবব্যঞ্জনা অমসুং উপমা পুন্নমক্তা মপুং ফানা ফজবা ওমদ্রে। যতিভঙ্গ, ব্যাকরণগী অশোয়বা, নীরস ওইবা পদশিংগী চাং য়াম্না হেন্না য়াওবা পুন্নমক অসিনা অপাবা মীশিংগী পুক্লিংদা থোয়শাউনহল্লি। শম্না হায়রবদা মহাকবিনা সর্গ ৮ ফাওবদমক ইরম্মি হায়বসি পণ্ডিতশিংনা য়ানরবা রাফম্লি।

## কুমার সম্ভব মহাকাব্যগী অশন্না রারী

চতুরানন ব্রহ্মানা বরদান পীরুবদগী ময়াইকাববা তারকাসুর হিংচাবনা স্বর্গগী লাইয়াম্বু য়াম্না ওৎ-নৈখি। পান্থৈ লৈত্রবা, ইন্দ্রনা লুচিংলবা, লাই ময়াম্না লাক্লুনা ব্রহ্মাদা স্তুতি তৌদুনা রাফম অসি হঙ্গৎলে। ব্রহ্মানা শিব-পার্বতী অনিগী মচানা তারকাসুরবু হাৎপা ঙমগনি তাকপীরকই। মতম অসি ভগবান শঙ্করদি ব্রহ্মচারীনি। তপস্যাদা পুক্লিং লুপতুনা লৈরি হৌখিবা মপোক্তগী ভগবান শঙ্করবু মপুরোইবা ওইনা ফংজগে হায়না লাইনিংপরৈ চেৎলক্লবী পার্বতীনা নুমীৎ খুদিংগী ওইনা মহাদেবগী পূজাগীদমক মতাশিঙ্গা লোইননা লৈ শু পুরকই। দেবরাজ ইন্দ্রগী য়াথং কোকথোংনরতুনা কামদেবনা ব্রহ্মচারী অমসুং সংযমী ওইরবা ভগবান শঙ্করগী পুক্লিংদা কামগী ( নুংশি-নুংওনগী ) ঈহুন পোকহন্দুনা শিব-পার্বতী অনি লৌন-লৈনহন্নবা দায়ী লৌই। লৈগী লীরুং পায়রবা থরাই পানবশিংদা নুংশি

মুংওনগী ঈগুল পোকহল্লিবা কামদেব কৌবা লাইনা মাগী মশক মতৌ ফজরবী রতি কৌবী নুপীগা মাগী চান্নরবা মরুপ বসন্তগা লোইননা ভগবান শঙ্করনা ধ্যান তৌহনা লৈরিবা আশ্রম অতুদা লাকখি। কামদেব হেক লাকপগা মাগী মরুপ বসন্ত ঋতুগী মতেংনা শিবগী আশ্রম অতু মতম ইনং নত্তনা বসন্ত ওইহল্লি। কামগী প্রভাবনা মকম্ অদুদা লৈরিবা শা-উচেক ফাওবগী পুক্লিংদা মরাং হৌহল্লি। ভগবান শঙ্কর ধ্যান তৌরম্বদগী মিং পাংথোক্লকই, মতম অসিগী হিমালয়গী মমোম পার্বতীস্থু থমচেং মরুগী মালা পরেং মপুরোইবা ওইনা ফংজগে নিংজরিবা ভগবান শিবদা খুরুমদুনা কৎলি। মতম অসিদা তাঞ্জা চারে খন্দুনা লৈগী লিরুং পায়রবা কামদেবনা সম্মোহন কৌবা লৈগী তেন্না ভগবান শিবদা কাপলুরে। সংযমী ওইবা ভগবান শঙ্করগী অশুমত্তবা মিৎতগী পাইথোক্লকপা মৈরীনা কামদেব খুদক্তা উৎ ওনখ্রে। চীং নিংথৌ হিমালয়না মচা ইবেম্মা পার্বতীবু ইন্দ্রগী শামু ঐরাবতনা ময়াদা থম্বাল হাপতুনা পুবগুম মপাম্মোম অনিনা কোনশিন্দুনা পুখ্রে। মপুরোইবা কাইনরবী রতিনা থম্মোই শোক্না অরা তেংথাখি, মহাকস্থু মথরাই থাদোক্নুনা মপুরোইবা কামদেবগী তুংইল্লগে তৌরবদা আকাশবাণীনা "শিব মহাদেবগী থৌজালনা অমুক হন্না হিঙ্গংলকখিগদবা নপুরোইবগীদমক য়েংদুনা নং নশামকপু মাঙহনগনু"। হায়রকপদগী থরাই থাদোকপগী রাখল তোকখি। নিংবা কায়রবী ইকাই নুশী য়ান্নরবী পার্বতীনা ভগবান শঙ্করগী তপস্যাদা পুক্লিং লুপখি। মথোং কারকপী লৈশাবী অমা ওইবগী কেবা মোবা, ফজবা ফিজ্রেং লৈতেং পুম্নমক থাংদোক্তুনা উকুশেং, শম্নাং জটা পুদুনা অকিবা ফংলবা তপস্যা তৌখি। কালেনগী শারবা নুংশাদা মাইকৈ মরিদা মৈ থারগা নুমিৎকী মৈশাগা, মৈশা ৫ থাংদুনা ধ্যান তৌই, ঈংলবা নিংথমাগী

উল্লেল খাঙদ্না ঈশিংদা কুমদ্না অকনবা তপস্যা তৌই। অসিগুম্বা অকনবা তপস্যা অসিনা মরম ওইদ্না ভগবান শঙ্কর মশামক লেঙঙক্লুনা দর্শন পীনরৈ অদবু মচা নিঙ্ঙেল ওইবগী তৌন লমচৎ খঙলবী পার্বতীনা থাজ য়োঞ্জবগী থবক্তি মপা মমাগীনি হায়না খ্মজখি। ভগবান শঙ্করনা সপ্তর্ষি থাদ্না লুহোংবগী রাক্ষম চীংনিংথৌ হিমালয়দা হৌদোক্লই। অস্মা অফবা ন্মিং অমস্তুং থাবান য়েংদ্না হর পার্বতী অনি লুহোংই। লুহোংলবা তুদা শিব-পার্বতী অনি মনিংতম্না চৎলি, শান্নৈ। সুমেরু পর্বত, মন্দরাচল, কৈলাসনচিংবা মফম কয়াদা চীং কয়াদা চৎলি। মতাং অসি মহাকাব্য অসিগী ৮শুবা সর্গ ফাওবগীনি অমস্তুং মহাকবি কালিদাসনা ইরম্বা কুমার সম্ভব মহাকাব্যদি মসি ফাওরদনি। মহাকবিগী মিংদা কনাগুম্বা মশক মমিং অশেংবা তাক্লমদ্রবা কবিনা ইরম্বা মখাগী সর্গ ৯দা কুমার পোকপা; কুমারগী অঙাং ওইরিংৈগী কুম্মৈশিং; কুমারবু লাই ময়াম্না সেনাপতি হাপ্পা; লাইয়ামগী লান্মীগা হিংচাবগী লান্মীগা লাম্ফেংনবা – কুমারগা তারকাসুরগা অকনবা লাল থেংনবা, কুমার-না তারকাসুর হাত্তুনা অবাবা কোক্লবা স্বর্গগী লাই ময়াম্না মকোক্কা উপ্পা লুহুপ কুমারগী মখোঙদা থমতুনা খুরুম্বা পুম্নমক অসি ইরি।

কুমারসম্ভব মহাকাব্য (Epic) নি। মসিগী সর্গ (Canto) ১৭ লৈ। ভারতকী সাহিত্যগী সমালোচকশিংনা মহাকাব্যগী মরমদা ইরম্বা অহ্ম শম্লপ্পা মখাগী খর অসিনি— ১) মহাকাব্য অনি সর্গবদ্ধ ওইগদবনি (২) মসিগী নায়ক অহ্ম ধীরোদাত্ত ওইগদবনি ( ) মসি সর্গ ৮ দগী হেন্না চাউবা ছন্দ ( Meter ) কয়ামরুম্না তিনবা ওইগনি অহুবু রারীগী ঈচেলদা অপনবা পীদনবা সর্গ অমদা ছন্দ মখল অমতমক ওইগনি (৪) মহাকাব্যগী

ৱারী অহু ইতিহাসতা ফাওবা ওইগনি নত্রগা অক্ষবা মীগা পকশিন্নবা ওইগনি (৫) শৃঙ্গার (নুংশী-নুংঙন) বীর (অকন-অথৌ) অমসুং শান্ত (অইংবা অতপ্পা) রসশিং অসিদগী অমগা শাগোন্নন। চংকদবনি (৬) প্রকৃতি বর্ণন মসিদা নগর, সমুদ্র, চীং তুরেল, অয়ুক-নুমিদাংৱাই, লানক্ষম, যাত্রা (লমচংপা) ঋতুশিংগী বর্ণন য়াওগদবনি। নোংচুপলোমগী পণ্ডিতশিংনা পিরিবা মতশিং অহুগী শন্নপ্পা মওংসু মথাগী অস্নুম্না ওইবা য়াই—(১) মহাকাব্য (Epic) হায়বসি পাক চাউরবা Narrative না মপুং ওইবা কাব্যনি (২) মসিগী নায়ক অদু লাল পাম্বা ওইগনি অতৈ পাত্রশিংসু থৌনা লৈবা ওইগনি (৩) মতাক ব্যদা সুপ্নগী মীগী চরিত্র য়েকপা ওাক নত্তুনা অপুনবা জাতিগী থবক ইংখাং পুম্বা বর্নন তৌগদবনি। মীদগী জাতিগী ৱাখলনা হেন্না মপুং ওইগনি (৪) মহাকাব্যগী বিষয় অহু পরম্পরাগী মরী লৈনবা অমসুং মীনা পাম্নবা ওইগনি (৫) ৱারী পুম্নমক অদু নায়ক অদুগা পক্লনা লৈগনি (৬) মসিদা ছন্দ অমখক্তমক শীজিন্নগনি। মহাকাব্যগী মরিদা নোংপোক অমসুং নোংচুপকী পণ্ডিতশিংনা পীরিবা মতশিং অসি ইমান মান্নে হায়না লৌবা য়াই। ঙসিদগী চাউরাক্লা চহী লিশিং অনিরোমগী মমাংদা ইখিবা মহাকবি কালিদাসকী মহাকাব্য অসিদা হায়খিবা লক্ষণ পুম্নমক অসি লৈ হায়না লৌবা য়াই। মসিগী ৱারী অসি ভারতকী মহাভারত, ব্রহ্মপুরাণ, ব্রহ্মবৈবর্ত্ত পুরাণ, শিব পুরাণ অমসুং কালিকা পুরাণদা ফংই। মসিগী নায়ক শ্রীশিব মহাদেব দেবতানি, সর্গ ১৭ নি, ছন্দ কয়ামরুম য়াওরি, শৃঙ্গার রসনা মপুংনি বীর অমসুং শান্তরস য়াওরি, চীং, তুরেলনচিংবা প্রকৃতিগী বর্ণন, ঋতু বর্ণন, লালগী বর্ণন, পুম্নমক চিংথদনা য়াওরি।

কুমারসম্ভব ইবগী অহানবা লংজিল— মহাকবি কালিদাসকী

মরমদা হায়নবা কয়ামরুম লৈ, মদুগী মনুংদা মহাক অসি নহা ওইরিঙৈ পুন্সীদা য়াম্না পাংলম্মি, লাইরিক লাইশু হৈরমদে হায়ব-সিসু অমনি। পণ্ডিত খরগী শরোৈদগী মহাক য়াম্না লাইরিক লাইশু নিংথিনা হৈরবী বিদ্যাবতীগা লোইননা লুহোংখি। লুহোং-লবা মতুংদা মাগী নুপীগী মক্কমদগী ইকাইবা নংলদুনা মমুম থাদোক্লুনা চংখি অমসুং ভগবতী গৌরী নিংজরদগী গৌরীগী থৌজান্না কবিত্ব শক্তি ফংখি। ময়ুমদা হল্লক্লবদা মাগী নুপীদা "অনাবৃতকপাটং দ্বারং দেহি"। হায়না সংস্কৃত লোলদা য়াম্না ফজবা লোন্দাদা থোগুহংদোক্লবা হায়রম্মি। মসিগী পাউখুমদা মাগী নুপীনা হায়রকই—"অস্তি কশ্চিদ বাগ্বিসেষ."। মাগী নুপীগী হেল্লবা পাউখুমগী ৱাহৈ পরে মচা অসিদগী মাগী ফাওরবা কাব্য অহুমগী লংজিল থোকখি। মহুদি অস্তি হায়বা ৱাহৈনা হৌদুনা কুমারসম্ভব; কশ্চিৎ হায়বা ৱাহৈনা হৌদুনা মেঘদূত অমসুং বাক্ হায়বা ৱাহৈনা হৌদুনা রঘুবংশ কৌবা মহাকাব্য লাইরিক অহুম অসি থোকখি। কুমারসম্ভব মহা-কাব্যগী অস্তি হায়বা ৱাহৈনা হৌবা ইহান হানবা শ্লো কতি মখাগী অসিনি—

অস্ত্যুত্তরস্যাং দিশি দেবতাত্মা হিমালয়ো নামনগাধিরাজঃ।
পূর্বাপরৌ তোয়নিধি বগাহ্য স্থিতঃ পৃথিব্যা ইব মান দণ্ডঃ ॥

( অৱাংথংবা মাইকৈদা লাইগী শক্তম ওইবা হিমালয় কৌবা চীং অমা লৈ, চীং অসিগী মোংপোক নোংচুপ সমুদ্র ঈরোল্লু দা লপতুনা লৈবনা, মসি পৃথিবীগী খল ওন্নবা চৈগুম নিংথিরি।) অহানবা শ্লোক অসিনক্তদা লৈরিবা মহাকবিগী উপমা অসিনা ভারতকীদা নত্তনা পৃথিবীগী চীং পুম্নমক্তগী খ্বাইদগী হেন্না-ৱা লবা চীংজাও অসি খল ওন্নবা মচৈগুম উপমা তৌদুনা ঐখোয়গী মাঙদা হিমালয়, সমুদ্র অমসুং পৃথিবী পুম্বগী শক্তম

অমা মহাকবিনা থনম্মি। পরেং অনিতনা শাবা শ্লোক মচা অসিনা অম্মুক য়াম্না ফোঙদোক্লবা শক্তি লৈ। মরম অসিননি কবি অসিগী মমিং হেক পনবদা "উপমা কালিদাসস্য" চাং তমদ্না হায়বদা কালিদাস হায়না পৃথিবী ফাওরিবা অসি। অসুম্না হিমালয়গী বর্ণন তৌবদা হিমালয়বু গিরিরাজ (চীং-নিংথৌ) নি হায়বসি কবিনা অসুম্না হায়রি—

লাঙ্গুলবিক্ষেপবিসর্পিশোভৈরিতস্ততশ্চন্দ্রমরীচিগৌরৈঃ।
যস্যার্থযুক্তং গিরিরাজশব্দং কুর্বন্তি বালব্যজনৈশ্চমর্য্যঃ॥

চীং অসিদা চমরী কৌবা শজীশিংনা মফম পুম্বদা মমৈনা হাঙ্-তুম্বগী ফজবনা থাবলগুম চৌরবা চামরনা তমদ্না গিরিরাজ (চীং নিংথৌ) হায়না মিং অসি অর্থ থোকহল্লি। অমুকসু উনগী মফম ওইদ্নসু হিমালয় মগুণ হন্নবা লৈত্তে হায়বসি কবিনা অসুমনা বর্ণন তৌরি—

অনন্তরত্নপ্রভবস্য যস্য হিমং ন সৌভাগ্যবিলোপি জাতম্।
একো হি দোষো গুণসন্নিপাতে নিমজ্জতীন্দোঃ কিরণেষ্বিবাঙ্কঃ॥

(উগা মণিমুক্তা কয়াগী তুংফম ওইবা চীং অসিগী ফজববু মাঙহনবা ঙমদে—মরমদি থাগী মাইহিংনা মশেক মঙাল মরক্তা মাঙখি, মতৌ অসুমনা দোষ অমত্তা লৈবদি অফবা গুণ ময়ামগী মরক্তা মথম্নত্তা মাঙজখি।) প্রকৃতিগী ফংবশিং শীংথাবদা কালিদাস মপা লৈত্তবা কবিনি। কবিগী হৈশিংলবা তুরীনা হিমালয়গী ফজবা য়েকপদা হিমালয়গী চীংমাইদা হৌবা রাপাল-শিংসু কিন্নরশিংগী ঈশৈ শকপদা ঈশৈগী তাম্বা পিরি—

যঃ পূরয়ন্ কীচকরন্ধ্রভাগান্ দরীমুখোত্থেন সমীরণেন।
উদ্গাস্যতামিচ্ছতি কিন্নরাণাং তানপ্রদায়িত্বমিবোপগন্তুম্॥

(চীঙ্গোন্নুংদগী হৌরকপা মালংগী ঈপোন্না রাগী অহেংবা মথুলদা য়েরুকবনা কিন্নরশিংগী রাংনা শকপা ঈশৈদা তাম্বা

পিনিংবগুম্নি। ) করিগুম্বদা শীংথারি শামুশিংনা হাক্চবা হোং-পদা মন্ডন্না তকলুবদা দেবদারু পাম্বীদগী শিঙ্গরকপা মহী-মখোম্না চীংমাই পুম্বা মনম নুংশিহনবা।

মহাকাব্য অসিগী নায়িকা ওইরীবী চীং নিংথৌ হিমালয়গী মমোম পার্বতীগী ফজবা শীংথাবদা পারিবা মী পুম্নমক্কী থম্মোই শুক্কাংলি। হৌখিবা মপোক্কুগী হৌনা মরী লৈনরক্লবা শঙ্কর অমসুং পার্বতী অনিগী মরীবু কবিনা অসুম্না শীংথারি—

অথাবমানেন পিতুঃ প্রযুক্তা দক্ষস্য কন্যা ভবপূর্বপত্নী।
সতী সতী যোগবিসৃষ্টদেহা তাং জন্মনে শৈলবধূং প্রপেদে॥

(হৌখিবা মপোক লাংলোনদা শিবগী চান্নবী ওইখিবী দক্ষগী মচাইবেম্মা সতীনা মপা ইবুঙোনা মপুরোইববু থৌশা-থিদবগী থাওমদ্রবা অরাবনঃ যোগগী শক্তিনা হকচাং থাদোকখ্রবী (পার্বতী) না হিমালয়গী লুপী মেনকাগী গর্ভদা মফম ফংখ্রে।) পানখৎলকপগী থাজগী মকোয়না নোংমা নোংমগী মপূং ফাগৎ-লকপা, মশেক-মঙাল হেনগৎলকপগা পার্বতীগী নোংমা নোংমগী ফজবগা লোইননা মপুং-মরৈ ফাগৎলকপগা চাংদমন্নহনা কবিনা ইরি—

দিনে দিনে সা পরিবর্দ্ধমানা
লব্ধোদয়া চান্দ্রমসীব লেখা।
পুপোষ লাবণ্যময়ান্ বিশেষান্
জ্যোৎস্নান্তরাণীব কলান্তরাণি॥

অমুকস্মু বসন্তদা লৈ ময়াম শাৎতুনস্সু খোইমুনা হৈনৌ মপান্দদা খোইদাই। মতৌ অহুম্না হিমালয়না চায়াম পোক্কুনস্সু মচালক্কুগী মীথোই-নীহেল্লবী পার্বতীবু য়েংজবদা মিৎকী অপেনবা নাইথিদে। মথোং কাখৎলকপগী ফজববু কবিনা অসুম্না শীংথারি—

উন্মিলিতং তূলিকয়েব চিত্রং সূর্য্যাংশুভির্ভিন্নমিবারবিন্দম্।
বভূব তস্যাশ্চতুরস্রশোভি বপুর্বিভক্তং নবযৌবনেন ॥

(তুরৌনা য়েক্লিবা লাইগুম কোরৌ মশেক্পা শাংকাইহল্লিবা থম্বালগুম।
মথোং-কারকপগী ফজবনা হকচাং কায়াং পুম্বা মকা লামহল্লি ॥)

অসিগুম্বী পার্বতীনা চৎপগী খোঙথাং খুদিংদা তঙাংবা খজিলনা স্থলকমলগুম নিংথিরি। থাজগী ফজবা, থম্বালগী নুংশিবা লৈনম অনিমক পুন্না পার্বতীগী মাইথোংদা লৈ হায়বসি কালিদাসনা অসুমনা শীংথারি—

চন্দ্রং গতা পদ্মগুণান ন ভুঙক্তে
পদ্মাশ্রিতা চান্দ্রমসীমভিখ্যাম্।
উমামুখন্তু প্রতিপদ্য লোলা
দ্বিসংশ্রয়াং প্রীতিমবাপ লক্ষ্মীম্॥

তথক্রবী ফজবগী লাইরেম্বী লক্ষ্মীনা থাজদা লৈরুবদা থম্বালগী লৈনম ফংদে, অমুকস্তু থম্বালদা লৈরুবদা থাজগী ফজবা ফংদে। চীং নিংথৌগী মচোম উমাগী মাইথোংদা লৈরুবদদি অনিমক্পা (ফজবা + লৈনম ; গী নুঙাইবা ফংবা ওস্মি। মালংগী ঈপোম লাংলবা অশংবা থম্বালগুম তথক তথক্রবা শাংতক তৌবা পার্বতীগী মিৎয়েংবু শজী অমোমশিংদগী তমলুবরা নত্রগা শজী অমোমশিংনা উমাদগী তমখিবরা হায়সিনা কবিনা তিনবিরিব-শিংদা রাহ ওইনা থনম্মি। অমুকস্তু পীশুমগী কবিনা ফজববু অম্লম্মা য়েক্লি -

মাগী তুরৌনা য়েকশ্রবা অঞ্জন
খোইখোইনা শাংতকপা পীশুম উবদা।
কামদেবনা থাদোক্লি নাপল মাগী
লৈগী লিরুং অমমুং তেংগা ফজবগী॥

অমুকস্তু মহাকবিনা হায়রি করিগুম্বা শা উচেক্পা ইকাইবা হায়বত্রু লৈরম্লবদি উমাগী খোইখোইবা ফজবা শম্লাং উবদা

চমরী হায়বা শজীনা মাগী মমৈগী ফজবদা পামশিনবা রাথল থাদোক্লমগদবনি। মথক্তা পঞ্জপ্রিবা খরদং অসিনা পার্বতীগী অহানবা শক্তম্নি। অকে-অমৌ, ফিজেৎ-লৈতেং থাদোক্লনা সন্ন্যাসিনী অমগী শক্তম লৌরবদা মতুগী ফজবসু কবিনা অশুকপা ফংনা শীংথারি। নিংবা কায়রবী পার্বতী উকুশেং—শন্নাং জটা পু লাইনিং পরৈ চেংপী ওইখ্রে, অতুবু মহেশ গী ওইবা মাগী ফজবদি ময়েং তাব লৈতে—

চোইজাইনবা শন্নাংনা ফজখিবা মাইথোংতু জটানসু অদুম মফজে।
থম্বালদা খোইমুনা চাক নত্তে চরাংনা পকপদসু অদুম মফজে ॥

ব্রতধারণ তৌরিবী পার্বতীনা পোৎ অনিথক মতাং চাবদা লৌগে হায়না শিন্নরম্নগুমই, মদুদি নৌরবী উরীশিংদা থেক-নৌবা অমস্তুং শজী অমোমশিংদা তথকপা মিংয়েং। রাকচিংগী উল্লেল খাগুদুনা অহিংগী মতমদা ঈশিংদা কুমদুনা তপস্যা তৌরিবী পার্বতীবু কবিনা অসুম্না বর্ণন তৌরি—রাকচিংগী উন্না থম্বাল পুম্বা মাংহনগ্রবসু থম্বাল লৈনম চেল্লবী তনিক্লবী চিনবান লৈরাং লৈরোন্না তিনবী পার্বতীগী মাইথোং থম্বালনা ঈমাই অসি থম্বাল লৈরিবগী মতৌ অদুম ওইরি। শক্তম ওস্থোক্লনা পার্বতীবু চাংয়েংবা লাক্লিবা শিবমক্তা হংলি—

মথোৎ কারকপী ফিজেৎ লৈতেং থাদোক্লুনা
অহন্দদা পকচগদবা উকু শেৎপনা।
সন্ধ্যাগী থা থরাম্নীচাক মরক্তা
নুমিৎকী মশেক য়ৈবগুম থোক্লোইদ্রা ॥

কুমারসম্ভব মহাকাব্যগী মনুংদা ভগবান শঙ্করগী অস্তমগুবা মিত্তগী পাইথোক্লকপা মৈরীনা চাক্তুনা কামদেব উৎ ওনগ্রবদা মাগী নুপী রতিনা তেংথাবা মতাং অসি য়াম্না মক্ক ওই। রতি মপুরোইবা কৌদুনা হায়রকই—

ঈশিংগী ঈচেলনা পল নিংখায়গ্রবদা
ঈশিংনা থরাই ওইবী থম্বালগুম।
নংঙোন্দা থরাই হাপচবাবু থাদোক্লুনা
মিংকুপ্পদা কদাইদা চেনখ্রিবা ॥
অহিংগী অমম্বনা কুপ্পবা লম্বীদা
নোংখোং তাবদা মিপাইরবী চান্নবীশিং।
হে নুংশিথোইবা! ন নত্তনা
কনানা অপাম লমদম য়োংহনগনি ॥

মথবাই থাদোক্লুনা মপুরোইবগী তুংইল্লগে চপযুংনা লেপ্লবী রতিনা কামদেব শিরবা তুংদা মিংকুপ অমত্ত হিংহনা নৈরম্মি হায়রসি খনবদা খাঙভনদে—

হে চান্নথোইবা! ঐহাক শোয়দনা
নতুং ইল্লক্লগনি অহবু অরাবদি।
কামদেব কাইনরবী রতিনা মিংকুপ খরদং
হিংলম্মি মীচৈসিদি নৈহৌরনি ॥
থাবলনা থাজগী তুংইন চংমিন্নে
নোংথাংসু নৈচিলগা থানদে
সুপী ওইবীশিনা মপুরোইবগী তুংইল্লি
হায়বা থরাই পান্দবশিংফাও খংই ॥

অমুকসু রতি দেবীনা মপুরোইবগী চান্নজরবা মরুপ বসন্তদা হায়রকই—"ঐহাক্না শিরবা তুংদা ঐখোয়গীদমক ঈশিংগী খুজোক অমতং পীরকউ, মহুনা নংগী মরুপকা লোইননা ঐখোয় অনি পুন্না থকমিন্নগনি।" অমুকসু হায়রকই—

হে বসন্ত! পিণ্ডদাননচিংবা অশি থোইরমদা
নংগী মরুপ কামদেবগীদমক।
অনৌবা মনা লোইনবা তৈনৌ-মপাল
পীরকউ মহু মানা য়াম্না পামজবনি ॥

মতৌ অস্মুম্না মৈনুংদা চোংশিন্দুনা থরাই খারগদবী রতিবু আকাশবাণী তৌরক্কুনা খামখি। কুমারসম্ভব মহাকাব্য অসি শৃঙ্গার রসনা মপুং ওইদি হায়ববু মসিদা অরাংবা থাক্কী দার্শনিক বিচার য়াওদবা নত্তে। অনিশুবা সর্গদা ইন্দ্রনচিংবা লাই ময়াম্না ব্রহ্মাগা উন্নবা লাকপদা তৌরিবা স্তুতি অসিদা ভারতকী অরাংবা দর্শনগী মশক শেংনা উবা ফংই —

জগদ্‌যোনিরযোনিস্ত্বং, জগদন্তো নিরন্তকঃ।
জগদাদিরনাদিস্ত্বং জগদীশো নিরীশ্বরঃ॥

নংদি জগৎপু পোকহনবনি নশাদি পোক্লাইদবনি জগৎপুসু লোইশিনবনি নংদি শক্লাইদবা জগৎ পুম্বদই হানবনি নংোন্দই হানবা লৈতবনি জগৎকীসু মপুনি নংগী মপুদি লৈতবনি।

নংনি অপোকপশিংবুসু পোক্লিবা
লাইশিংগীসু লাই ওইবা।
অথোইবদগী অথোইবা
দক্ষপ্রজাপতিনচিংববু শেম্লিবা॥
নংনি মপু অমাগুবা নাইদবা
হোম তৌরিবা অমসুং হোমগী মচাক।
নংনি চারিবা চানবা খওলিবা খঙ্গদবসু
নি লিবা অমসুং নিংনফম॥

ত্বামামনন্তি প্রকৃতিং পুরুষার্থপ্রবর্ত্তিনীম্।
তদ্দর্শিনমুদাসীনং ত্বামেব পুরুষং বিদুঃ॥

হে ভগবান! নহাকপু পুরুষার্থ থোকহল্লিবা প্রকৃতিনিসু হায়নৈ। প্রকৃতিবু পুক্লিংদি হাপলুদনা য়েংলিবা পুরুষনি হায়নসু খঙনৈ।

মহাকাব্য অসিগী মনুংদা নীতিশাস্ত্র ( Ethics ) কী ওইবা ফজবা রাফম কয়াসু মতাং মতাংদা য়াওরি। ভগবান শঙ্করনা শক্তম ওন্থোক্লুনা পার্বতীগী মফমদা শিব মশামকপু নিন্দা

তৌব ৱা৽হ কয়া হায়ররবদা খোয়শাউনরবী পার্বতীনা মতা য়েংতুনা হায়রকই—

ইতা ! ব্রাহ্মণ অসি থাম্মু
ৱা ভাঙ্গদবগী মচিনবান লেঙলক্লে ।
মহাপুরুষশিংবু নিন্দা তৌবসে
অঙাঙবা ভাক নত্তে অতা.সু পাপনি ।।

শাউদনা চংলগে তৌরবী পার্বতী শিবনা অশেংবা মশক উত্তুনা থাম্নবা অমসুং 'ঐদি নংগী তপস্যানা অরৈবা মীনাই ওইরবনি' হায়রবদা পার্বতীনা খুমখি—'দাতা মে ভূভৃতাং নাথঃ' (ঐবু থাজগদবদি ইপাইবুগো চীং নিংথৌনি।) শিব-পার্বতী অনি লুহোংলবা তুংদা মফম কয়া, চীং কয়া কোঙ্গীরকপদা গন্ধমাদন কৌবা চীংদা ফমদনা নুমিদাংৱাইগী ফজবশিং শাংথাদনা ৱারী শাবদা ভগবান শিবনা হায়খি—'হৌজিক সন্ধ্যাগী অমম্বনা অরংবা-অমকপা, চীংলেম্বা-তথকপা, অখোয়বা অচুমবা পুম্নমক চপ মান্ননা উত্রে । অৱাবনি ফত্তংশিংনা নক্কংলবদা অফ-ফত্ত খেন্নবা লৈরক্তে।' হিন্দুশি দি অমত ওইবা ঈশ্বরবু তোঙান তোঙানবা মওংদা নিঙই—'একং সৎ বিপ্রাঃ বহুধা বদন্তি'। ঐখোয়না মরু ওইনা লৌরিবা ব্রহ্মা, বিষ্ণু অমসুং শিব অহুমগী মরমদা কবিনা অস্ত্রুম্না হায়রি—

শকুম অমতনা ব্রহ্মা বিষ্ণু মহাদেব খায়দোকখিবনি
মতাং মতাংদা অমনা চাউই পীকই ।
করিগুম্বদা বিষ্ণুদগী শিবনা করিম্বদা শিবুনা
অমুকসু অনিমক্তগী বিষ্ণুনা চাউই ।।

লুহোংবদা লাক্লিবা লাইশিংবু শিবনা ব্রহ্মাদা মঙক নোমদুনা, বিষ্ণুদা ৱাহৈনা, ইন্দ্রদা নোকক্কেং তৌদুনা অমসুং অতৈ লাই ময়ামদা থৌজ্ঞালগী মিংয়েংনা স্বাগত তৌই । অরোইবদা

মহাকবি কালিদাসকী কুমারসম্ভব মহাকাব্য অসিগী মরুওইবা হায়গদবা নিয়মদি জগংকী মপা মমা ওইরবা শিব-পার্বতী অনিগী লুহোংবনি। রারী অসি ভারত হিন্দু কোটি কয়ানা থাইনৈদগী সন্মান তৌদুনা লাক্লবনি। পুরুষ অমসুং প্রকৃতি অনিগী মঙ্গলগী মশক ওইরবা মিলন অসিনা পৃথিবীগী মীশিঙ্গীত নত্তনা স্বর্গগী লাইশিংগী ফাওন অরাবা কোক্লিভাইনি। জগংকী মমা ওইবী পার্বতীন ভগবান শঙ্করবু ফংজনবা তৌরিবা তপস্যা অসিদা জীবাত্মানা পরমাত্মাগা উননিবগী রহস্যসু উংলি। ঋষি অরবিন্দগী বাহৈদা—"কুমারসম্ভবতা দৈবিক অমসুং লৌকিক, স্বর্গলোক অমসুং মর্ত্যলোক, ত্যাগ অমসুং ভোগ, তপস্যা অমসুং বিলাস পুম্নমক অসিগী মমাংদা ওইথোকখিব্রিবা মওংদা পুন্না ফজনা উংলি।" অসুম্না মহাকবিনা হকচাংগী ফজববু পাপকী তুংফম ওইনা লৌদে। ভারতকী নুপীশিংগী মরল অসি হকচাংগী ফজবা ঙাক নত্তে তৌইগুম্বসুং আধ্যাত্মিক সৌন্দর্য ( Spiritual b auty ) গা লোইননা রাংনা কাখং-পনি। রাফম অসি ঐখোয়না মহাকাব্য অসিগী পার্বতীগী লমচক্তা উবা ফই।

# মহাকবি কালিদাসকী রঘুবংশ মহাকাব্যম্

প্রবন্ধ লেখক ঃ—শ্রীমণিস্না শর্ম্মা শাস্ত্রী

রঘুবংশ মহাকাব্য কালিদাসকী চংখোল্লব কাব্যনি। মসি বৈবস্বত মনুগী মচা দিলীপতগী অগ্নিবর্ণ ফাওবা নিংথৌ ২৯ থক্কী বারীনি। অরোয়বদা অগ্নিবর্ণনা মাগী রাণী গর্ভাবতী ওইরবী অমদা রাজা ভার শীন্নরম্মগা মাহাক নোঙ্গাখি। নুপীনা

মন্ত্রীশিঙ্গী মতৌ'না লৈব'ক ঙাকহৌই। মশীং য়াম্না থারুবতনি—নিংথৌ ৭ খক হায়বদি—দিলীপতগী অতিথি ফাওবগী বর্ণনতনা মপূং ফাই। ২৯ শুব অগ্নিবর্ণগী কামকেলিস্তু ফনা মরীক চুম্না শীংথাই। কাবা অসিদা শীংথারিব নিংথৌ দিলীপ, রঘু, অজ, দশরথ, রাম, কুশ, অতিথি, নিষধ নল, নভ, পুণ্ডরীক, ক্ষেমধন্বা, দেবণীক, অহীনগু, পারিয়াত্র, শিল, উন্নাভ, বজ্রনাভ, শংখন, পুষিতাশ্ব, বিশ্বসহ, হিরণ্যনাভ, কৌশল্য, ব্রহ্মিষ্ঠ, পুত্র, পুষ্য, ধ্রুবসন্ধি, সুদর্শণ, অগ্নিবর্ণ।

মহৌশাগী চংনবী ঙাকপা ওইনা মঙ্গলাচরণদা—

বাগার্থাবিব সম্পৃক্তৌ বাগার্থ প্রতিপত্তয়ে

জগতঃ পিতরৌ বন্দে পার্বতীপরমেশ্বরৌ ॥ ১।১

খক কায়নবা মলৈত্রব পার্বতী-পরমেশ্বর অনিগুম্না বাক্ অমসুং অর্থ অনিসি কায়নবা লৈতবনি; মসিদা কবিনা শীজিন্নরিব উপমা অলঙ্কার অসি অওইবমক মহাকবি কালিদাস অমসুং সংস্কৃত লোলগা তীনরুবদগী নিংথিনা মহয় য়াল্লি। মসিদগী হায়নখ্রিবনি—

উপমা কালিদাসস্য ভারবেরর্থগৌরবম্

দণ্ডিনঃ পদলালিত্যং মাঘে সন্তি ত্রয়ো গুণাঃ।

কালিদাসকী উপমা ওইজরবসু মাঘকাব্যনচিং'দা উপমাগী ফজবা, অর্থ গৌরবকী চিং-লেম্বা, রাহৈগী থোং নৌবা পুন্না য়াওরি। ভারবিগী চিংংলেম্বা অর্থগী মতৌ, দণ্ডীগী ফজরব রাহৈ পরেং—মখোয়সিসু লৈরিবনি। মতাং লাকখিনি।

নুমিংকী চাদা নাওদানি থাক্তনরিব অতুনা সূর্যবংশ হায়না খঙনরিব বংশ অসিগী শাগৈ মৈতাল অরাব 'রঘু' নিংথৌগী মিং লৌরগা কাব্য অসি মমিং থোনবনি। মাহাক অসি কাব্য অসিগী নায়কসু অমনি। কবিনা য়াম্ন সভ্য ওইরব মপুমসু কারব মীগী কল্পনা অসুম্না তৌরি—

রঘুকুলগী মীওইশিংদি—শে লব মপোক ঙাক্কনি, ফংনিং লিবহ্ন ফংদ্রি কাওবা কর্ম্ম তৌবনি। সমুদ্রনা ঙমখৈ ওইনরিব পৃথিবী ঙাক্লিবনি, মখোয়গী দোলাইদি নোংদোন পক্না পাইবনি, তত্তনা যজ্ঞ-ধর্ম্ম তৌবনি, নিরব মী অমত্তা মখুং হাণ্ডনা হলহনখিদবনি, মরাললৈব মীবু মতিকচাব চৈরাক পীবনি, লৈবাক বায়েন-থৌদাদা মতম চান মিংকপ থোকপনি। দান তৌনন গীদমক্তা শেল তানবনি, অয়ানব ঠাকম য়াওদনবা রা খজিক্ক ঙাংবনি, ক্ষত্রিয়মচাগী হৌনশা ওইনা মিংচৎ ফংনীংবতনা দিগ্বিজয় তৌই, মচা ফংননবগীদমক্তা মযুম পাল্লি—বিষয়দা চংশিনখিবনা নত্তে। রঘুকুলগী মীওইশিংসিদি—অঙাং ওইরিভৈদা মহয় তম্মি, মথোং কাব্রকপদা অপাম নুংশি লমদা চংই, অহল ওইরক্লবদনা মুনিগী পুন্সি নত্রেল লেপ্লি, লোয়শিল্লকপদনা যোগ সাধনানা হকচাং থাদোকই।

ফিদম্নিঙাই ওইরব পুন্সি অসি মখা শমথরক্তনা নীতি কায়দ্রব কাব্যগী বর্ণনদা অস্মুম্না কবিনা বর্ণন তৌরি—

**জ্ঞানে মৌনং ক্ষমা শক্তৌ ত্যাগে শ্লাঘাবিপর্যয়**

**গুণা গুণানুবন্ধিত্বাত্তস্য সপ্রসবা ইব। ১ ।২২**

মাহক অসি জ্ঞান লৈবনা বায়াম ঙাংদে অকনব প্রতীকার তৌকম থোক্লবদসু ঙাকপিহৈ, দানদি য়াম্না তৌই অহবু মহুগী থাগৎনরকপসু পামদে—অসুম্ব মগুণশিং অসি মাহাক্তীদি পোক মিন্নবগুম্মি। ১।২২

নিংথৌদি প্রজাগী মপানি অসুম্না হায়রি—

**প্রজানাং বিনয়াধানাদ্রক্ষণাদ্ভরণাদপি**

**স পিতা পিতরস্তাসাং কেবলং জন্মহেতবঃ। ১ ।২৪**

প্রজাশিংবু নিংথিনা য়োকপি থাকপিবা ঙাকশেনবিরিব মহৈ-মশিং তম্বিবনচিংবনা মরম ওইরক্তনা নিংথৌদি প্রজাগী চানব

মপানি। মখোয় পে'ক্লিব জন্মপিতা অদ্দি পোকচৈ হায়বতা মঙাইরে। ১।২৪

নিংথৌবা ধর্ম্ম কর্ম্ম তৌদ্না ইন্দ্রনচিংবঃ লাইয়াম পেল-হল্লবদি লৈবাক মরাতপ্পা-মরাংকায়না পাল্লি—

দুদোহ গাং যজ্ঞায় শস্যায় মঘবা দিবম
সম্পদ্ বিনিময়েনোভৌ দধতুর্ভুবনদ্বয়ম্ ১ ২৬

নিংথৌনা পৃথিবিদগী লৌখৎপয়াব'পোৎ লৌখৎলগা লাই-য়াম পেন্নবা যজ্ঞনচিংবা তৌই; মতুদা ইন্দ্রনা পেল্লহনা মতম চানা নোং চুহল্লহনা মচৈ-মরোং মরা কায়না থোকহল্লি। মতৌ অসুম্না লাইরৈপাক-মীরৈপাক অনিনা অমগ-অমগা সম্পত্তি পাথোক-পীশিন তৌনরহনা ২মক নুংঙাইনা পানমিরৈ। ১।২৬

কবিনা তপস্যাদগী ফংলিব ব্রহ্ম তেজবু থাগৎলি—বনদা য়ৌরবদা দিলীপনা বশিষ্ঠদা হায়রি—

তব মংত্রকৃতো মংত্রৈর্দূরাৎ সংশমিতারিভিঃ।
প্রত্যাদিশ্যন্ত ইব মে দৃষ্টলক্ষ্যভিদঃ শরাঃ। ১ ৬১

ঐখোয় ক্ষত্রিয় মচাশিংনা পায়রিব তেনশিংসিদি—মখোয়দা উরিব খরতমক কাপ্পনবনি অদুগা গুরুদেবনা শীজিন্নবিরিব মন্ত্রশিং অদ্দি—উবা-উদবশিংবু জয় তৌরিবনি, অদুগা গুরুগী কৃপানা লৈবাক ঙাকচবসিদা অরাৎ-অমা, অকায়-অতোয় অমত্তা লৈজদে; মরম অসিনা শেংনা খঙজরে মদুদি—ঐহাক্কা পায়জ-রিব লিকুংতেন অসি শীজিন্নফম লৈতদ্না কান্নদ্রব পোৎ-কুস্ম। ১।৬১

বনদা দিলীপনা মণশেনবদস্ত কবিনা কল্পনা শক্তিনা নিং-থৌগী থৌগল লোল কায়দবা উংলি—

মরুৎপ্রযুক্তাশ্চ মরুৎসখাভং তমর্চ্যমারাদভিবর্তমানম্।
অবাকিরন্ বাললতাঃ প্রসূনৈরাচারলাজৈরিব পৌরকন্যাঃ। ২।১০

কোন্নুংদদি নিংথৌনা লেংথোরকপদা মনাই কুমারীশিংনা মাবুঙোগী কোকথক্তা কবোক অফাবা চায়রদ্না মঙ্গল তৌই। মতৌ অদ্গুম্না—দিলীপ নিংথৌনা বনদা গুরুগী হোমধেনু নন্দিনীবু কোয়শেন শেল্লিংঙসিদনা—মুংশিংনা কন্না ছুম্লিব উরীশিংনা লৈ-খিকথরদনা নিংথৌগী মঙ্গল তৌরি।

মশবু য়াম্না নুংশিজরিব স্নুদক্ষিণা—দিলীপ ২না নন্দিনীবু কয়া য়ামনা লুনা চান্না সেবা তৌবগে হায়বহু উংলি—

तामन्तिक न्यस्त बलिप्रदीपामन्वास्य गोप्ता गृहिणीसहायः ।
क्रमेण सुप्तामनुसंविवेश सुप्तोत्थितां प्रातरनुदतिष्ठत् । २ । ४

মশ শেল্লিব দিলীপনা মশগারকপ মতমদা গুরুগী আশ্রমদা হুঞ্জিল্লকগা রাণীগা লোয়ননা মচিঞ্জাক ( বলি ) পীজৈ, থাউমৈ থানবি। মশবানা তুমগ্রগা তুম্মি। নন্দিনীনা হেক য়াহৌরকপগা নিংথৌ রাণী ২সু থুনা হেক্তা য়াহৌই।

কালিদাসকী দিলীপ মশদা মথরাই লুপ্লব জাতিগী প্রতিঃ নিংধিনি। নোংমা, বনদা শঙ্করকিঙ্কর বুঙোদর কৌব অমনা শায়োল্লিব নোংশা ১না নন্দিনীবু ফাখি, চাননা খুদুম চনখি। দিলীপ গুরুগী মশ কন্ননবগীদমক মশামকপু কংথোকখি, হায়খি—

स त्वं मदीयेन शरीर वृत्ति देहेन निवर्त्तयितुं प्रसीद
दिनावसानोत्सुक बालवत्सा विसृज्यतां धेनोरियं महर्षेः २ ४५

মশবীবু নথাথারব হে নোংশা ! ঐহাক্কী হকচাংশদোং অসিমকপু ঙসি নোংমগী নহাক্কী চরা ওইনবিয়ু, মশবী অসি থাদোকপিয়ু। মচা চেল্লিবী মশবীসিবু মশগানব মতমদদি য়ামনা খৌরাংনা ঙাইনরম্মগনি। থৌজালবিয়ু, থৌজালবিয়ু।

কবিগী দিলীপনা থাজৈ—মশা ঙাকপদগীদি মিংচৎ ঙাকপনা অথোয়বনি—

**কিমপ্যহিংস্য স্তব চেন্মতোঽহং যশঃ শরীরে ভব মে দয়ালুঃ**
**একান্ত বিধ্বংসিষু মদ্বিধানাং পিণ্ডেষ্বনাস্থা খলু ভৌতিকেষু**

২ । ৫৩

অদু নত্রগা—ঐহাক্কী হকচাংসি নহাক্কা হাংপিফম থোক্কে খনবিরগনা হকচা. অসিগী মহুৎ ওইনা ঐগী মিংচৎপুদি ঙাক-পিয়ু ; মরমদি ঐখোয়গুম্ব মীওইগীদমক্তি মাঙখিগদব হকচাংসিগী করিমত্তা থন্দে, মিংচৎ উরোং খিল্লস্থ অদুত্তনি, পাম্নরিবা।

২ । ৫৭

দিলীপকী প্রার্থনাসিদা পেল্লদুনা নন্দিনীনা হায়খি—"রাজন, ঐহাকপু কনামত্তনা মাঙহনবা থক ঙমদবনি। ইশাগী মায়। শক্তিনা নোংশা ১ পুথোক্তুনা নহাক্কী ষণ নুংশিব চাং য়েংলুবনি। নঙগী ভক্তিদা পেল্লে। ঐগী যঙ্গোমসি লাগী দোনাদা শুম্নগা থকউ। নচা ফংজরো।" বর ফংলব দিলীপ-স্নুদক্ষিনা কোনুংদা হনখি।

অষ্টমশূব সর্গদা—বর দান ওইনা মচা অমা ফংজখি—স্নুদক্ষিণা-দিলাপনা। রঘু মিংথোনখি। হিন্দুগী হৌনবী সংস্কার-শিং ভৌখি। দিলীপনা রাজচিহ্নশিং নত্তনা অতৈ পোৎ কয়া দান ভৌখি। কৈশুমশদগী বন্দী কয়া থাদোকখি।

**শাগৈশিংগী মরম—**

রঘু মপূং ফানা মপাঙ্গল মরৌশিং লৈবনি। মপাবুংগী অশ্বমেধ যজ্ঞগী শগোল মতুং ইন্নরকপদা ইন্দ্রদেবমক্কী মখুত্তগী শগোল মুল্লকপা ঙম্বা অসি রঘুত্তনি। মতিক চারব মচানুপাদা রাজশক্তি শীন্নরম্বগা দিলীপ রাণী স্নুদক্ষিণাগা লোয়ননা তপো-বনদা লাইনীংবা চংখি। থৌদৌ অসি শাগৈ অসিগী হৌনশানি।

মরিশূব সর্গদা মপাবুংগী মহুৎ রঘুনা শালহৌবা অসিবু কবিনা অস্নম্না শীংথারি—

**স রাজ্যং গুরুণা দত্তং প্রতিপদ্যাধিকং বভৌ।**
**দিনান্তে নিহিতং তেজঃ সবিত্রেব হুতাশনঃ॥ ৪। ১**

নুংথিলগী মতম লোয়রক্লবদা—নুমিৎনা মপোম্দা লৈরম্ব তেজশিংদু মৈদা শীন্নরমদুনা মৈনা মঙাল শন্দোকপগী থবক পুহোৎবগুম্না—রঘুনা, অমোকগুরুনা শীন্নরম্ব রাজ শক্তিদু নিং-থিন। শীজিন্নরদুনা থোয়না মঙান চাউনা পানখি। ৪। ১

রঘুনা ভারত'পুম্ব জয় তৌদুনা মথা পোল্লহনখি। শীংথাবা তারবদা—কাশ্মীরদগী কন্যাকুমারী, প্রাকৃজ্যোতিষপুরদগী উৎকল-লমদমশিং অসি জয় তৌখি অদুগা যবন হুণনচিংব লাকশিন-বদা রারব জাতি কয়াসু লায়না লাকশিনখি। মাগী মথোনা মরিংজেন অসিগা মপা চানরব-চাউরব যজ্ঞ "বিশ্বজিৎ" কৌব অমা রঘুনা পাঙথোকখি।

মথাশূব সর্গসিদা চানব মকম চাবদা দান তৌনীংবা, রাজা রঘুগী, অয়াম্ব দান থক লৌজনীংব্রব আচার্য্যবরতন্তুগী অদুগা বিদ্যা তম্বিরকপ গুরুদা ভমজব দক্ষিণা কত্তুনা পোং-থাফম খত্রব কৌৎস্য ঋষিগী য়াম্ন রাংলব আদর্শশিঙ্গী অঙকপ ফংনা ফজরব বর্ণনাশিংনি।

'বিশ্বজিৎ কৌব' যজ্ঞদা লৈজমখৈ লোয়না দান তৌথোক-খিদুনা রাজা রঘু য়াম্না নংলে, লৈপাক্লু শাব পাত্রদা পোৎ চারে—

**ইত্যর্থপাত্রানুমিতব্যয়স্য রঘোরুদারামপি গাং নিশম্য।**
**স্বার্থোপপত্তিং প্রতি দুর্বলাশস্তমিত্যবোচদ্ বরতন্তুশিষ্যঃ।**

**৫। ১২**

বরতন্তু শিষ্য কৌৎস্যনা—রঘুনা মতম অদুদা শীজিন্নরিব লৈপাক্লু শাব পাত্রদু উবনক্তদা নিংথৌ অসি মশাগী লৈজব পুম্নমক দান তৌখরে, হায়বা খঙলে, অদুনা মাহাক্লা নিগে

খল্লিবদ্ ফংলরোয়, হায়না আশা পিকথখি, নীংঙ্গনখি। অদুম্নদি ওইরগা নিরব মীবু মথুং হাংনা খক হুলহনখিবা হৈনজন্ত্রব রঘুনা ললগী মপু ওইরিব কুবেরদা লান্দারগা লল খোমগে অদুগা কৌৎস্য ঋষিদা দান তৌগে, থৌরাংলকপ-মক্তদা—ললগী মপু ওইরিব কুবেরনা মনাই থারক্লুনা অহিংদা লোন্না স্না দোলাই মপোৎ কয়ামক্কম পীরৈ। নিংথৌনা মনাং খুংনা দান তৌখি। রঘুনা খাকচব লৈতনা লোয়না পীনীং-লবস্থ কৌৎস্য ঋষিনা শুরুদা কংনবদগী হেন্ন: খক লৌখিদে। বাঙ্গন্তুদু মাতাক্কা তম্বিখিব বিদ্যাদুগা মপা চানব চাংদগী হেন্না খক লৌখিদে।

তরুকশুব সর্গ— স্বয়ম্বর সভা বর্ণন তৌব মতাংনি। ভেজ-রাজকন্যা ইন্দুমতীগী স্বয়ম্বরসভা অসিমক্তি প্রাচীন ভারতকী স্বয়ম্বর সভাগী ফজবশিঙ্গী অয়েৌবী থাক অদু কবিনা খাকচব লৈতনা উৎপনি হায়বা য়াই। মঙ্গলগীদমক্তা ইনিননিল্লিব যন্ত্র মখোলশিং অদুমক্তনা নোংখোবা ওইরমাল্লে নীংলদুনা কোন্নুঙ্গী লৈকোনশিংদুদা ব্রাহোং জগোই শারি। মতিকচাব ফিজোল লৈতেংলবী ইন্দুমতীনা লৈকোনশিংদুগী মরক খায়ন-খায়না সভা মাণ্ডপ তম্না লাকখি। নিংখিজরব মঞ্চশিংদা চিলেমনা ফম্লিব নিংথৌশিংদুগী মরক-মরক্তা চংলকপদুদা—লাপ্প লাপ্লব লমদম-শিংদগী মাগীদমক্তা আশা তৌরদুনা লাক্লরিব নিংথৌশিং অদুগী হকচাংশিং অদু মখোয়গী ফমফমশি অদুদা শূন্নগী হকচাং পোলাং মথৈত মগাইহৌরে—মথরাইমথৈদি শুঙ্গাংনিঙাই ওইরবী ইন্দুমতীদা লোয়না চোংশিনখরে। নিংথৌশিংদুগী অহানব ভাব মফোঙদোকসি কবিগী অঙকপ কল্পনানি।

তাং প্রত্যভিব্যক্তমনোরথানাং মহীপতীনাং প্রণয়াগ্রদূত্যঃ
প্রবালশোভা ইব পাদপানাম্ শৃঙ্গারচেষ্টা বিবিধা বভূবুঃ। ৬।১২

উপাল-হৈপালশিংনা বসন্তদা নৌনা চোংথংলকইব ময়োল-শিংনা মশা-মশাগী যৌবন বসন্তগী হরাও-নুংঙাইজবা অমদি নুংশিব ভাব ফোংদোক্লুবগী মথল-মখা য়াম্লব পাম্বৈশিং ওইনৈ, মতৌ অদুগুম্না ইন্দুমতীদা মথরাই লুপশ্রব স্বয়ম্বর সভাগী নিংথৌশিং অদুনা মথল-মখা য়াম্লব শাথেকশিং অভিনয়শিংনা অপাম-নুংশি পুক্লিং থাখলশিং ফোংদোকুখি। ৬। ১২

কনাগুম্ব নিংথৌনা থম্বাল মখোক্তা পায়রদুনা কোয়হাই হাইখি। থম্বালদা পক্লম্ব খোইমু পাইথোকখি। থম্বাল লৈরিক পাইহৌই। ১৩

কনামনা মায়থোংদু থজিক হাইগংলগা নোকমি নোকমি শোরদুনা লেংবান্দগী নাম্বুরল্লিব লিকপরেং অদু ঙকশমদা মফম চানা শেমজিল্লি। ১৪

কনাগুম্ব নিংথৌনা মিংফম হন্দাননা য়েংলগা খোঙগী খোংশাশিং অদু থজিক কোনশিল্লগা আসন মমাংদা তারিব ফজরব খোঙদাফম অদুদা তক্লি অদুগা খোঙগী খুজিল মঙাল শিং অদু পাক্লা তারি। ১৫

কনাগুম্ব নিংথৌনা মশাগী আসন ময়ায়দা ওইথংব খুৎ শোরদুনা নক্লা ফম্মিন্নরিবা মকপ অদুগা থাবী শানরি। ১৬

কনামনা ফিভম ইকায় কায়দনা লৈরিব কোক্কী লুহুপ অদুবু মফম চান্দ্রে হায়বগী মতাগুম্না শেমজিল্লি, মখুত্তু লুহুপ্পা থম্মি, লুহুপ্পা থাম্লিব হীরাশিঙ্গী মঙালনা মখুৎকী খুৎ-শাশিংদু পূমঙান ঙাম্থোক্লি।

কামগী মখা পোল্লব রাজকন্যাবু পামজরব স্বয়ম্বর সভাগী সদস্যশিঙ্গী কামগী সাত্বিক অভিনয়বু অস্থুক নিংথিনা বর্ণন তৌবসি কালিদাস নত্তনা অতোপ্পা অমা পাক ঙম্লোই। ভোজরাজ-কুমারী ইন্দুমতীবু স্বয়ম্বর সভাদা লমজীংদুনা নিংথৌশিংগী মশক

তাক্লতুনা পুরিবী সুনন্দানা তোঙান-তোঙানব লমশিংদগী লাক্লিব নিংথৌশিংদু গী মওং-মতৌ মগুণশিং নিংথিনা শীংথারি।

মপুক্লিং লেপখ্রবী ইন্দুমতীগী উপমাগী ফজবা—

**स्वसुर्विदर्भाधिपतेस्तदीयो लेभन्तरंचेतसि नोपदेशः**

**दिवाकरादर्शनबद्धकोशे नक्षत्रनाथांशुरिवारविन्दे ६। ६२**

নুমিং তাখ্রবদা থম্বাল উমশিনখি, মদুদা ফনা নিংথিদুনসু থাবলনা খক চংউবা য়াদ্রে—মতৌ অদুগুম্না মানা লেপকদব অমদা চপয়ুংনা লেপখ্রবা-চোয়খিদ্রব ইন্দুমতীগা থম্মোইদা সুনন্দানা পীরিব নিংথৌশিঙ্গী মপাউখোলশিংদু খক চংখিদে, মনাকোংদা হাপখিদে। ৬। ৬৬

অহিং অমম্বদা কনাগুম্বনা থাউমৈ পায়দুনা চংলকপদা লম্বী মপান্দা লৈরিব চেকপলশিংদু মকা রাম্না উই—থাউমৈনা হেন্দোকখিবগা মমহৌই। মতৌ অসুম্না ইন্দুমতীনা মমাংদা য়ৌরকপদা নিংথৌশিংদু হরাওনা-মায়থোং মকারাম্মি অদুগা মাহাক্না থাদোক্লমবগা মমায় মকশিলহৌই, য়াম্না নীংব কায়হৌই। ৬।৬৭

অসুম চংলকতুনা সুনন্দানা ইন্দুমতীবু পুদুনা রঘুগী মপারি 'অজ' গী মমাং হেক য়ৌবদা চত্রে, লেপখরে। নিংথিনা মপাল শাংলব হৈনৌ পাম্বা ফংলংদা খোইমুনা অতোপ্প উপাল পাম্লুদে। ৬৮

সুনন্দানা, অজগী পরিচয় পীরদুনা নিংথিনা খঙলবদা ইন্দুমতী চত্রে, মত্রনা ফাবগুম ফাখরে।

থম্মোইনা খোয়দারব মবুংঙো ফংলবদা অমুক মখা চংসি য়াদরে। শাওরে, পিগুম শূক্লে।

অজ-ইন্দুমতী বর-বধু ২ মুংশিলৈপুন্নরবদা বিদর্ভ কোনুংগী মীয়াম্না "থাগা-থাবলগা তীন্নরে।" "গঙ্গাগা সমুদ্রগা ঈতিন্নরে", হায়নখি।

স্বয়ম্বর সভাদ্দা—অমরোমদনা হায়বদি রাজকুমার অজগী কাংবুনা হরাও মথোই কারি অদুগা অতোপ্পা মাইকৈ হায়বদি—রাজকন্যা ফংহৌদ্রব কাংবুনা নীংব কায়না শুকথনরি। পুথ্রীদা নুমিংকী মঙাল হেক তাবগা থম্বাল শাংকায় অদুগা থরোশিংনা উমশিনখি। ৬। ৮৬

তরেৎশূব সর্গ— অজগা-ইন্দুমতীগা লুহোংবা মতাংনি। অজগা-ইন্দুমতীগা লুহোংলিবসিবু কামদেব-রতি অনিগী মপোক লাংওনবু ওইরিদরা? মরমদি—অদুক য়ামগ্রব নিংথৌশিং অদুগী মরক্তগী মশামক্কী লেঙদ্রব মরল ওইগদব অদুতবু ইন্দুমতীনা খনবা ঙম্লিবা অসি অরায়বা নত্তে; মসিনা শোকপদি—মীওইবগী মন হায়বসিনা নহানমুক্কী মপোক্তগী লৈনরকপ মরীদু খঙজবা ঙম্মি।

অজ-ইন্দুমতী লুহো ব মতাংনি, যজ্ঞ-হোম তৌরমদা ইনি বর-বধূ অনিগী খুৎ পূল্লে—

**आसीत् वरः कण्टकितप्रकोष्ठ**

**स्विन्नाङ्गुलिः संववृते कुमारी ।**

**वृत्तिस्तयोः पाणिसमागमेन**

**समं विभक्तेव मनोभवस्य । ७ २२**

ইন্দুমতীনা অজগী খুৎনমদা শোকপদা তুজুংবা পোকখি। বরগী মখুৎনা হেক শোকপদা কন্যাগী খুৎশা পুম্নমক্কুম্ন হুমাং মরিক-মরিক কাখি। অহানব খুৎ শোক্লখিবসিমক্তদা কামগী সাত্ত্বিকভাবতু অনিমক্তা মতম অমত্তদা চপমান্ননা ফাওখি। ৭।২২

রাফম অসি ইকায় কায়দনা কবিনা উমা-মহেশ্বর মিলনগী মতমদা কুমারসম্ভবতা অসুম্না ইরি—

**रोमोद्गमः प्रादुरभूदुमायाः**

**स्विन्नाङ्गुलिः पुंगवकेतुरासीत्**

**বৃত্তিস্তয়োঃ পাণিসমাগমেন**
**সমং বিভক্তেব মনো ভবস্য।**

**- কুমার সংভবম্ ৩ ৭৩**

শিবপার্ব্বতী অনি লুহোংলে। খুৎ পুল্লে। কন্যা ওইরিবী পার্ব্বতী তুজুংখি অদুগা ইবুংঙো শিবমহাদেবগী খুত্তা ছমাং মরিক-মরিক্তা লৈতেখি। বর-কন্যা অনিমক খুৎকা খুৎকা শোক্নরক-বদুদা অনিমক্তা শেংলব সাত্ত্বিক ভাব—কামগী অপাম-নুংশি রাখল চপমান্নবা ফাওনখি। ৭। ৭৭

রঘুবংশ মহাকাব্যদা মহাকাব্যগী লক্ষণশিং শূনা য়াওরে। রাকম অসি অয়াম্ব সমালোচকশিংনা য়ানরবনি। রসলক্তগী শৃঙ্গার অমস্তুং বীর মহাকাব্যগীদমক্তা তঙাইফদবশিংদু কাব্য-সিদা মহয় য়াল্লে। অতৈ অতৈ রসশিংনস্তু শোগংফম থোকপা অদুম মশোগংলি। প্রকৃতি বর্ণনস্তু কহিত্তা অলেপ্পা লৈতে। ছন্দ মখল কয়ানা লৈতেংলি। প্রধান নায়ক—রঘু মগুণ লৈরব অচৌব শাগৈ মচানি; মাহাকমক্কী মিংলেন শীজিন্নরদুনা কাব্য অসিগী নামকরণ তৌরিবসিস্তু অদুম্মতিক চারবনি। দিলীপ নিংথৌ অমদি রঘুগী বারীশিংনা কাব্য অসিগী হারী মপুং ওইরগা অতৈ অতৈ বারী মচাশিংনা (উপকথাশিংনা) মাবু শোগংলি।

মহাকাব্যগী চাংয়েংদা নিংথিরব রঘুবংশম্ অসে সংস্কৃতকী মহাকাব্যলক্তদ নত্তনা অতৈ অতৈ লোলশিঙ্গী কাব্যশিঙ্গী সাহিত্য অত্যাদা অরাঙ্গা লেঙদ্রব থরানগুম তত্তনা ঙাল্লি, ঙালহৌ-খিগনি।

ঐখোয়গী পিক্লব প্রবন্ধ অসিনা রঘুবংশ মহাকাব্যগী তরেৎশূবা সর্গগী রাকম্মকস্তু লোয়ফাত্তনা মতাং অসিদা লেপ্পা তারে। তৌবগীদি কনাগুম্ব কলম পায়বনা মশীঞ্জাং ওইজব মীনা মশাগী

কলম মহয় য়াল্লে থাজজরিবা, থাজবদসু মতিক চারব কবিগুণ কয়া, কাব্যগুণ কয়া তরেৎশূব সর্গ অসি ফাওবদা য়াওরে। অসিদস্ম নত্তনা মথাদা লৈহৌরিব সর্গ তরানিথোই অসিদসু অচম্ব কবিপ্রতিভানদি তরায়না পাক শোকউবা ঙম্লরোয়দবা— কবিগুণ কয়া, কাব্যগুণ কয়া লৈরিবনি। রত্নাকরদগী মণি-মুক্তাশিং অসি অঙম অঙম্বদা লৌখৎনবনি। লোয়না তেঙনা লৌখৎপা ঙমখিবা কনামত্তা য়াওদ্রি। রঘুবংশম্ মহাকাব্যগী নিংথিরব মগুণশিঙ্গাসু অত্নমঙাই।

# মহাকবি কালিদাস পুন্সি

( মহাকবিদা লৈশি লৈথোঙবা )

শ্রীনন্দকিশোর শর্ম্মা

কাওঙমদ্রব কবিতাদ কেজবী, মহৈ লাইরেম্বাগী মদাইরেম,
কোরৌনা কোনঙমদ্রব মফম, য়োঙমবা কবিশিংগী কোকী লৈতেং
কবি মাগী কোলোই থাবলনা, ময়ু মালেম শিং ঙাল্লিবা
মাগী পান্দম শৈরেং অমৃতবু জগৎনা থক্লুনা থরাই হিংনবা।।

অতুবু অরাবদি বিশ্বকবি মহাক্কী য়াইফ মপোক্তি করম্বা লাইরৈপাক্লা মিহোবা, য়াইফকোন্দা নুমিৎ থাগুম্ব পলেম-পম্হৌ অনিগী কৈরাথক্লা নাউথেম্মখিবগে? রাহৎ অসিগী পাউথুমদি চেৎনফমদা মওইনরি। মহাকবিনা মশাগী মশাইকোন মথুৎনা ইবিরম্বা মহাকাব্য নাটকশিংদা লোৎতুনা মকা ফোংদনা থম্বিরম্বনো? কবিলক্ল ধীরোদাত্ত কবিনায়ক ওইরুবনা মশানা মশাবু থাগচ্চবা লৈতুনা মাগী কবিতা লৈকোনুংদা লোত্তুনা লৈরবসু কণ্ডাউনবা কলাকার পুম্বনা খোরাংনা থিজরক্কনি খনবিগ্রমালে কবি মহাক্কা।

অাইবং খোঙ্লোক অমগী কবি অমা ওইনা কবিতা অমা শৈরাংবদা মঙ্গিক ওকপা মাতৃভুমিগী মপারি মহাকবি মহাকুনি, মাগী অধ্যাত্মিক রহস্যগী তুংনকম সরস শান্তিময়ী উপদেশ কংজবা পাজরবা পুম্বদা আনন্দ সমুদ্রগী ইরেন্দা ইরোইননা হিংদবা য়াত্রবনি। ধন্যনি মহাকবি! ধন্যনি নংগী কবিতা।

( H. N. Sharma )

## "কবিগী জীবনবৃত্ত"

মহাকবি অঙাং ওইরিঙৈ ইব-পাবা কাওবা হৈখিদে। বিদ্যাবতী কৌবা বিদুষী অমগা শাস্ত্রার্থ মায়োক্নহন্দুনা পেন্দবা পণ্ডিত খরনা মাগী অঙাওবা যুক্তিবু সমর্থন তৌহনা বিদ্যাবতী অরাবা তাহনখি। মপুরে ইব মূর্খবু মযুমদগী বিদ্যাবতীনা তান্থোকখি। ভগবতীগী থৌজান্না প্রতিভাশালী কবি অমা ওইখি। য়ুমদা হল্লকপা মতমদা থোং হাংঙ্ সংস্কৃত লোন্দা—"অনাবৃত কপাটং দ্বারং দেহি" হায়বিররে—বিদুষী পত্নীনা পাউখুমজরি—"অস্তি কশ্চিৎ বাগ্ বিশেষঃ" পাউখ্ মসিদগী অস্তি শব্দনা হৌরগা "কুমার সম্ভব", "কশ্চিৎ" না হৌরগা 'মেঘদূত' অমসুং 'বাগ্' না হৌরগা "রঘুবংশ" ইবিখি।

## "জন্মভুমি"

জন্মভুমিগী মতাংদা থোইদোক্না মত ভেন্দ নৈ। স্যার বিলিয়ম্ জোন্সনা ১৮ সদীগী লোইরকপদা "অভিজ্ঞান শকুন্তলম্" অঁগ্রেজীদা অনুবাদ তৌরগা প্রীন্ট তৌখি, অদুদগী নত্তনা য়ুরোপীয় লোনশিংদা মথং মথং অনুবাদ অমসুং প্রিন্ট তৌনখি। সাহিত্য ক্ষেত্রদা খ্মাং চাউথিনবা গেটে মহোদয়না অমদি বিদ্বান্ শিংনা খাগংপদ নত্তনা শকুন্তলাগী শিল্প মথং মথং "ফাউস্ত" অমদি "নন্দিনী রাণী" রচনাশিংদা মশাগী মতেং ওইহনম্রবনি

অহুগা য়েৎনরুবশিংগী যুক্তিনা অংবদি কবিগী পোকুফমদি কাশ্মীর অমসুং মধ্যপ্রদেশ অনি অসিদা নক্না ঙবা-ঙম্মী। ঋতুসংহারদা কবিনা থারিবা পুম্ব মধ্যপ্রদেশনি। মেঘদূতকী মায়ক অক্ষবু রামগিরিদা উংলি। অহুনা নাগপুরগা থংনবা রামটেকুনি চিংনবা লৈতনা অরাং মায়কৈ লবুক লমহাং. পাৎ-ঈরেল, পুখ্রী, মোংগা থেংজিন্নরুগদবা থম্বালগী লৈকোন কয়া কবিনা উংলি অমসুং হিমালয়বু কবিনা অসুক থরায় তানা উংপিরি। নোংদমখোন অমসা মরৈবাক্কুগী তাম্থোক্রুবসু পোকুফম লমদম কাওবদি ভুম-লোইদবনি। কালিদাসকী পোকুফম লমদমসি কাশ্মীরদা ওইরসি, অমুক কারণ অমদগী মফমচু থাদোক্লসি, কবিনা মশাগী কার্য্য-ক্ষেত্রনা মধ্যপ্রদেশনা ওইখিবসু অচু মঙাই। কবিবু মীপুম্না মীশক খ নরক্কুনা ঈকায়খুম্নরকপা মতাংদা মহাকবিগী মীংলেন লোনরক্কুনা সংস্কৃত সাহিত্যদা কালিদাস অশুমগুরকপা ফীভমসু উরি, অহুবু প্রসিদ্ধ ওইবা কালিদাসতি অহানবা অদুনা ওই-গনি। মহ'ক অদুদি নাটক ৩, কাব্য ৪, হায়বদি 'অভিজ্ঞান শাকুন্তলম্' 'বিক্রমোর্ব্বশী', 'মালবিকাগ্নিমিত্র', কাব্যদা 'রঘুবংশ', 'কুমার সম্ভব', 'মেঘদূত' অমসুং 'ঋতুসংহার' ইবিবা কালিদাসনি।

## "কবিগী পুন্সি"

কবিগী মতম লেপ্পা মতাংদা খোস্থোক অনিদি লৈরগনি। পরম্পরা থাদনা মহাকবিনা ৫৬ (খ্রিঃ সিঃ) মতমদা লৈরম্বা বিক্রমাদিত্য অমগী সভাদা নবরত্নগী মনুংদা লৈবিরম্বদি মরেক লানা উৎবা ফংলি। অদুনদি অশ্বঘোষবু মহাকবিনা কালি হায়বা প্রমাণ ইতিহাসতা উরবনিনা অশ্বঘোষকী মতাংদা বিক্রমা-দিত্য করম্বা অমা লৈখি? ডাঃ ভাণ্ডারকারগী-উজ্জয়িনী-সিংথৌ বিক্রমাদিত্যনা কাশ্মীরগী শাসক ওইনা মাতৃগুপ্ত অমদি কালিদাস

-হায়না থংনবা মীওই অমা থাখি। অদুগা মহাকবিনা জন্ম ওইবা মতাংদা চাউখংলবা বৌদ্ধ ধর্ম্ম নমথনবা ঐহাক শিব ভুঙ্গনি দেবতা মূর্ত্তি অনান্য তৌদে হায়বগী খুদম পীরি। "যা স্বষ্টঃ স্রষ্টুরাদ্য বহতি" অসিনচিংবদা। অদুগা কবিগী মতম অথোইবা প্রমাণ মত ) অহুম পীরি—(১ ষষ্ঠ শতক, (২) গুপ্ত-কাল, (৩) বিক্রম সংবৎকী আরম্ভ ভারতকী ইতিহাস বিক্রম উপাধি ফংবা নিংথৌ মরিখক্কনি। করম্বা বিক্রমাদিত্যগী মতম-দনো? নোংচুপকী পণ্ডিতশিংনা ভারত মচাগী অঙকপা প্রতিভাবু উরুরগা কল্লক মিহৌদনা মহাকবিগী মতম গুপ্তকাল ( স্বর্ণযুগ ) নি হায়বনি। মদুদি অচুম্ব নত্তে—মদুদি দ্বিতীয় চন্দ্রগুপ্তগী প্রথম বিক্রমাদিত্য লৈরমগ্রি অদুনদি প্রাচীন মালৱাদা রাজ্য ওইখিবা বিক্রমদি ইতিহাসতা থেংনৈ অদুনদি মহাকবি গুপ্ত-কালদা করম্না ওইগনি? অদুনদি মারৈবাক্কী সিদ্ধান্তশিং অসি ভারত মচাগী নাকোংদা রাই চিন্না থোকই। মদুদি মহাকবিগী মতম বিঃ সিঃ ৫৮ ইঃ পুঃ গী মথক্ত পনখিব নিংথৌ-শিংদগী তোঙানবা খৃষ্ট পূর্ব্ব বিক্রম কৌবা নিংথৌ লৈরম্বগী কাল্পনিক মঙ্গাল উবা ফংদ্রে। "হালকী গাথা শপ্তশতী" দা দানশীল রাজা বিক্রম কৌবা নিংথৌ পাল্লম্মী উংলি। ৬৮ ইঃ গী লাইরিকশিংদা বিক্রম কৌবা মমিং উবা ফংই। মসিদগী চহি চাম চাউখংনা মহাকবি লৈরম্মী হায়বদা মওং অতৈগী অয়েৎপা বিপ্রপত্তি লৈত্রে হায়না লৌবদা ইনিং তম্লবনি। বিঃ সিঃ বিক্রম লৈবগী খুদম ঐতিহাসিক ওইবা মওংদা পীরি:—

( বলদেব উপাধ্যায় সংস্কৃত সুকবি সমীক্ষা )

## "মহাকবিগী প্রয়াণ"

### (ফুঙ্গা ৱারী)

সিংহল দ্বীপকী নিংথৌ কুমারদাসনা ইজবা "জানকী হরণ" কৌবা মহাকাব্যবু মহাকবিনা থাগৎপিখি। নিংথৌনা মহাকবিবু

সিংহলদা কৌজখি। কবিবু সেবা চৎচবী দাসী অমনা থোংজিন্দা শ্লোক তংখাই অমথক ইল্লা থনম্মী। "কমলে কমলোৎপত্তিঃ শ্রূয়তে নতু দৃশ্যতে"। অর্থ:—থম্বালদগী থম্বাল থোকই, তাবদি ফংই উবদি ফংদে। মহাকবিনা শ্লোক অসি মপুং ফাহন্দুনা খুম্বিরি:—"বালে! তব মুখাম্ভোজে কথমিন্দীবরদ্বয়ম্।" অর্থ:—ফজ...! নংগী মায়থোং থম্বালদা মিৎস্না থম্বাল অনি লৈরিবদু দি উরেদনা। ফজবী অসিগী হাক্ত ... মহাকবি অরোইবা য়াহিপ ওইবিখি। কুমারদাসনা তমথীবা থৌদোক অসিগী অরাবা খাংজবা ঙমখিদবনা নিংথৌ মশামক কবিগী চিতা থক্লা য়াহিপ তানখি মরোমদোম। হৌজিক ফাওবা সিংহল দ্বীপকী খা থংবা শরুক্তা মহাকবিগী সমাধি মন্দির ঙান্দুনা লৈরি। দন্তকথা ( কুঙ্গা ৱারী , অসি তাহৌবা ভারত মচাদি ৎরা তাংনা থোকই।

( বলদেব উপাধ্যায় )

## "শিবভক্তগী প্রমাণ"

"কথা সরিৎসাগর" ইতিহাস অসিনা তশেংনা প্রমাণ পিরি—উজ্জয়িনীগী মহেন্দ্রাদিত্যনা ম্লেচ্ছশিং অমদি নাস্তিকশিং মরু-ক্লা মাংহন্দুনা বৈদিক ধর্ম্ম নৌনা লিংখৎপিখি। মহাক শিবভক্ত ওইবনা মহাকালগী মন্দির অমা লিংখৎলম্মী। মাগী মচা বিক্রমা-দিত্যনা শক কাংবু আক্রমণ তৌখিবনা মতিক লৈবা ইতিহাস অমা হোংদোক্তুনা অহানবা শতাব্দা ঈঃ পূঃ ...া "মালবগণ-স্থিতি" কৌবা সংবৎ হৌখি। মতুনা অমুক চৎশিন্দুনা বিক্রম সংবৎ হায়না অমুক কৌনরকখি। মতম অসিদনি মহাকবিগী মতম—"...ক্ষিপ্রায়াঃ তীরে বিরাজমানে মহামন্দিরে নৃপবরস্য আরাধ্যদেবতা হরসিদ্ধিনাম্নীমহাকালমন্দিরসমীপস্থে মন্দিরে বিরাজতে।" হৌজিকমক উজ্জয়িনী ক্ষেত্রদা শকারাতি

মহারাজাধিরাজ শ্রীবিক্রমাদিত্যনা ৯৫ বক হুন্না ভারত্তা আক্রমণ তৌরবা শক কাংবু ভারত্তগী তাস্থোকখি। অদুদগী বিক্রম সংবৎ কৌবা কালগণনা হৌখি। মাগী ভার্য্যানা তাস্থোক্লকপা মহাকবিনা লিংখচ্চবা গঢ়কালিকা কৌবী দেবী পীঠ অমা হৌজিক ফ'ওবা লৈরি। প্রাচীন কালদা পৃথিবীগী মধ্যরেখা কেন্দ্র উজ্জয়িনীনা ওইরম্মী। অদুনা মহাকবিনা মাগী 'মেঘদূত' খণ্ডকাব্যদা অবন্তিকা ( উজ্জয়িনী ) না ভারত ভুদেবীগী নাভিস্থান ওইবনা উজ্জয়িনীগী শৈশক-শৈরেং চংখোন্না থারিবদুনি। উজ্জয়িনীবু মোক্ষপুরীনি পীরি :—

"অযোধ্যা মথুরা মায়া (হরিদ্বার) কাশী কাঞ্চী অবন্তিকা।
পুরী দ্বারাবতী চৈব সপ্তৈতা মোক্ষদায়িকা।।"

মফম অসিনা জ্যোতিঃ শাস্ত্রগী মিংয়েংদা থোইদোক্লা মতিক-মঙাল লৈবা মফমনি মরম অসিনা জ্যোতিঃ শাস্ত্র পারঙ্গত-নৃপতি জয়সিংহনা গ্রহ নক্ষত্রগী লৈফম, নৈনফম বেধশালা উজ্জয়িনীদা শেম-শাদুনা থনম্মী। অদুগা মান্নবা বেধশালা অমসুং নবভারতকী রাজধানী দিল্লীদা প্রতিষ্ঠা তৌখি। আধুনিক পর্য্যটকশিংনা উরুবদা অঙকপা অমা ওইনরি। কবিবু শিব-ভক্তনি অমসুং মাগী স্বনিবাস উজ্জয়িনীনি হায়না লেপ্লদা পোথা-ক্কম পীরি। ( কালিদাসকী অমরকৃতিয়ঁ। B. P. ভাঃ )

## ""মহাকবিগী মরিদা যুক্তিযুক্ত প্রমাণ পীনখিবা পণ্ডিতশিংগী মিং অমসুং মতভেদ"

(১) মালবিকাগ্নিমিত্রদা কালিদাসকী স্থিতিকাল প্রথম শতাব্দী ঈঃ পুঃ উজ্জয়িনীগী পরমার শাগৈদা পোকপা নিংথৌ বিক্রমাদিত্যগী শাসন মতমদনি হায়না সমর্থন তৌরিবা পণ্ডিত-শিংদি—মহোদয় ম্যোক্সমূলার, স্যার বিলিয়ম, পুনাগী নন্দগীর্করনি।

(২) খৃষ্টকী অনিশুবা সেঞ্চুরিদগী হৌরগা মরিশুবা সেঞ্চুরি ফাওবা কবিগী মতমনি মত পীবশিং ডাঃ বেবর, বিলিয়ম্ মঁানিয়র, বিসেন্টস্মিথ্ অসিনচিংবনি।

(৩) গুপ্তকালদা মহাকবিগী মতমনি হায়বা বিদ্বানশিং পুনা প্রোফেসর্ কেঃ বীঃ রামকৃষ্ণ ভাণ্ডারকর, সাহিত্যাচার্য্য পণ্ডিত রামাবতার শর্ম্মা, পাঠক বল্লভদেব অসিনচিংব ভারতীয় বিদ্বানশিং মত খেন্নবা পীরি।

## "প্রবন্ধ ইজরিবা ঐগী অভিমত"

মহাকবিগী পুন্সি মতম লেপ্পা মতাংদা অভিমত অনিদি মশেক লানা উজবা ফংজরে। বিক্রমাদিত্যগী রাজসভাদা মহাকবি লৈতেংবিরম্মা হায়বসিনা লেংদবা প্রমাণ ওইনা লৌখিবনা স্যার বিলিয়ম মহোদয়গী অভিমতদি মহাকবিগী মতম খৃষ্ট পূর্ব্ব চহি ৫৭ (বিঃ সিঃ) নি। অদুগা মইকৈ অমরোমদনা সংস্কৃত সাহিত্য ইতিহাসকী খোঙ্গুল লীজরিবা কীথ মহোদয়না মহাকবিগী মতম লেপ্লিবনা গুপ্ত পেরেড্ (স্বর্ণযুগ) নি (খৃঃ পর এঃ ডিঃ)। অদুদগী অমনা ডাক্তর হার্নেলনচিংবনা কবিগী মতমসি শতাব্দী ৫ গী মতমদা ওইগনি অসিমা। অদুগা "মিটবস্ ওফ্ কালি-দাস" ইরিবা মধুসূদন মিশ্রম্ন দ্বিতীয় চন্দ্রগুপ্তগী পেরেড্ (এঃ ডিঃ) নি পীরি। অদুগা চন্দ্রগুপ্তনা য়োকপা স্কন্দগুপ্তগী গিরি-লাল কৌবা শিলা লেখদা বিক্রম সংবদ্ থেংনদে, গুপ্তসংবদ্ হায়বদি থেংনৈ, বিক্রম সংবংকী খুদমদি ৯শুবা শতাব্দীগী মমাংদা করিগুম্বা মতমদম্ন ফংবা লৈতে। অসিনদি মহাকবিগা মরি লৈননা গুপ্তকাল পুশিল্লক্লিবসি অরেম্বা থৌরাং ব্বাননবনি। মরমদি "কালিদাসং নমামি" ইরিবা ভগবদ শরণ উপাধ্যায় অমদি বীঃ পীঃ ভাস্কর, "কালিদাসকী অমর কৃতিয়াঁ" ইরিবা মহোদয়নম্ন মহাকবিগী স্থিতিকাল প্রথম শতাব্দী (ঈঃ পুঃ) নি

পীরি। উক্ত প্রমাণ অসি মহোদয় ম্যোক্সমুলারমক্তস্থু সমর্থন তৌরি। নোংচুপকী বিদ্বানশিং খরনা মহাকবিগী জ্যোতিষ বেদ শাস্ত্রশিগী ওইথোক্কবা প্রতিভা উারগা কল্লকপা মিহৌবা পোক্কদ্না মীচ কাংলুপ পুথোক্কদ্না কবিগী মতম থিনখিবনা ভারত মচানা জ্যোতিষ শাস্ত্র হৈজরকপদি ৪—৫শুবা শতাব্দীদা গ্রীসগা বেবীলোনিয়াগা মরি লৈনরকপা মতাংদা ভারত মচানা জ্যোতিষ শাস্ত্র তমজ-হৈজরকপনি অসি হায়না কাল্পনিক প্রমাণ পিশিন্দুনা মহাকবিবু প্রথম শতাব্দীগী মীওই নত্তে হায়গে হায়না পীরিবা প্রমাণশিং অসি ভারত মচা বিদ্বান অদুগা ভারত রাংমগা পণ্ডিত মহোদয়নস্থু মচু ত্তাবা প্রমাণ নত্তে ত্তশেংবা কল্পনানি থংবা ভুম্মী। জ্যোতিষ অমদি বেদবচননা সংসারদগী হান্না (আদি) ওইনা লৈবনিনা ভারত মচানা কনাদগী জ্যোতিষ শাস্ত্র তমখিদে অদুগা ভারতকী মপান্দগী মীওইনদি ভারতকী মনীষিশিংদগী বেদ শাস্ত্র, বিজ্ঞান-শাস্ত্র ত্তমজখি ; লৌজখি হায়বা প্রমাণদি শোয়দনা লৈ। শ্রীভগবান মনুগী চাউথেক রাহে অসিদা বিচার তৌনফমনি :—

এতদ্দেশপ্রসূতস্য সকাসাদগ্রজন্মনঃ।
স্বং স্বং চারত্রং শিক্ষেরন্ পৃথিব্যাং সর্ব্বমানবাঃ॥

অর্থ :— মীপুম খুদিং লাউ ভারতভূমিদা পোকপা বিদ্বানশিংদা মখল মথেনগী বিদ্যা তমজহৌরো। ( মনু সংহিতা )

অতুনদি অসিবু উরুবা স্মুবা থংভুবা বিদ্বানশিংনা কল্পনিক প্রমাণ লায়না থংবা ফাবা ভুম্বনা মহাকবিবু খীঃ সাঃ ওইরোই পীরিবসি অরানবনি লায়না থংবা ভুম্মী। রঘুগী দিগ্বিজয় মতমদা হুনশিং ভারত ভমথৈ রাামদা তাম্মোকখি হায়বসি চীন অমদি মধ্য এশিয়াগী ইতিহাসনা থংবা ভুম্মী। খৃষ্ট পূর্ব্ব ( বিঃ সিঃ ) অহানবা অমস্থু অনিশুবা শতাব্দীদা হুনশিংনা পামীরগী নোংপোক

থংবা অরাংদা লাকখি। মন্দসোরগী বৎসভট্টনা ইবা প্রশস্তিদা ঋতুসংহার অমসুং মেঘদূতকী পদ্যশিংদা তরু-তরুনা ফোংদোক্লি। লেংব্রবা যুক্তি-যুক্ত প্রমাণ লৈবনা মহাকবিগী স্থিতি কাল (লৈরম্ব মতম) ষষ্ঠ শতাব্দী (স্বর্ণযুগ) কী মতমনি হায়না লৌবদি মতিক চাদে, প্রমাণ ওইদে অমদি যুক্তি-যুক্ত ওইদে হায়বসি প্রবন্ধ ইজরিবা ঐগীস্বু দৃঢ় অভিমতনি। উক্ত ইতিহাস-শিংদা থিরু নৈনরুবগী মতম মাংড্রবসু হৌজিক্কী মীংকী মীংমাংদা লৈরিবা প্রাচীনকালগী মধ্যরেখা ভারতভূদেবীগী নাভিস্থান (কেন্দ্র) উজ্জয়িনীদা মহাকবিনা প্রতিষ্ঠা তৌরম্বা 'গঢ়কালিকা' কৌবী দেবীমক ডান্দুনা লৈরি। মফমসিদা জয়সিংহ নৃপতিনা গ্রহ-নক্ষত্রস্থিতি নির্ণয় চর্চ্চাগীদমকতা বেধ-শালা থম্বী-রম্মী। অহুগা মান্নবা অনৌবা ভারতকী রাজধানী দিল্লী নগরদা মওং মতৌ অহু উংলি। মহু উরুরবা আধুনিক পর্য্যটকশিংনা অঙকপা অমা ওইনা খোকলি। অবন্তিকা (উজ্জয়িনী মোক্ষ-পুরী মথল তরেত্তা শিংথারিবা মফম অহুদা ভগবান শ্রীকৃষ্ণনা বলরামগা লোইননা চতুর্দ্দর্শ বিদ্যা অমদি চতুঃষষ্টি কলা তম্বিখিবা সান্দীপনি মুনিগী বিদ্যাপীঠ লৈরি। অতুগা ভক্তরাজ প্রহ্লাদনা ক্ষিপ্রা নদী স্নান তৌজবনা দিব্যদৃষ্টি ফংহুনা সৃষ্টি কর্ত্তা ব্রহ্মা অমদি সৃষ্টি প্রলয়কারী শ্রীমহাদেব শংশংনা দর্শন ফংজখিবা পৌরাণিক বার্ত্তা তক তরুনা উজবা ফংলি :—

"ইহ কালিদাসমণ্ঠৌ অত্রাঃবররুচী ব্যাড়ি নরসিংহ।
পাণিনিপতঞ্জলী ইহ পরীক্ষিতাঃ খ্যাতিমুপজগ্মুঃ॥

বচন অসিনচিংবা লেংদবা যুক্ষম কয়ানা শকারাতি মহা-রাজাধিরাজ মহেন্দ্রাদিত্যগী মচা বিক্রমাদিত্যগী সভাদা লৈতেং-বিরম্বগী পুরাবৃত্ত উজরুবনা কবিকুলচূড়ামণি মহাকবিগী জন্মস্থান

অসি উক্ত দিব্যভুমিদা থাগোন্নজবনা ঐগী অভিমত ওইজবসি শ্রীগুরুদেবগী কৃপানি লৌজরি।

---

প্রবন্ধ অসি ইবদা মতেং ওইজখিবা লাইরিকশিংগী মমিং :—

(১) কালিদাসং নমামি ( ভগবদ শরণ উপাধ্যায় )।

(২) কালিদাসকী অমর কৃতিয়াঁ। ( বিঃ পিঃ ভাস্কর )।

(৩) সংস্কৃত সুকবি সমীক্ষা ( বলদেব উপাধ্যায় )।

(৪) মিটরস্ ওফ্ কালিদাস ( মধুসূদন মিশ্র )।

(৫) মোক্ষপুরী উজ্জয়িনী বিশ্ব সংস্কৃত প্রতিষ্ঠানম্ ।

# কালিদাস অমসুং মহাক্কী মতমগী ভারত

রাজঃ কুঃ ঝলজিৎ সিংহ

মহাকবি কালিদাসনা লৈরম্বা মতমসি করম্বা মতমনো? বাহং অসিগী পাউখুম ঐখোয়না পীজবদি অরায়বা বাহংদি নত্তে। ঐখোই পুম্নমকনা য়ানৈ—ভারত্তা পোকখিবা কবিশিংগী মনুংদা কালিদাসনা অথোইবনি। "কবিষু কালিদাস শ্রেষ্ঠঃ"। জয়দেব কবিনা কালিদাসপু কৌরম্মি—"কবি কুল গুরু"। বাংলা কবি মাইকেল মধুসূদন দত্তনা মাগী কল্পনানা কালিদাসপু কৌতুনা হায়রম্মি— "কবিতা নিকুঞ্জে তুমি পিক কুলপতি"[২]। ভারত মচাশিংনা কালিদাসপু চুম্না কবি কৌবদা পেন্দ্রদুনা মহাকবি কৌই। নোংচুপলোমগী পণ্ডিতশিং অমদি সমালোচকশিংগী অপুনবা মত্তি অসিনি—Kalidas is the brightest star in the firmament of Indian poerry ( ভারতকী কবিতা অতিয়াদা থাইদগী লং।া থরানমিচাকনি কালিদাস )।

কালিদাসপু অসি য়ৌনদি থাগৎলে। অদু ওইরবদি মাহাক অসি করম্বা মতমদা লৈরম্মি ?

## কালিদাসকী মতম

ফ্রান্সকী পণ্ডিত হিপ্পোলাইট ফোশেনা হায়—কালিদাসতি খৃঃ মাং নিপানশুবা শতাব্দীগীনি। সার উইলিয়ম জোন্সগী মত্তা মাহাক অসি খৃঃ মাং অহানবা শতাব্দীদা লৈরম্মি। ল্যাসেনগী মত্তা কালিদাসতি খৃষ্টগী অহুমশুবা শতাব্দীদা লৈরম্বা কবিনি। মাহাক অসি খৃষ্টগী মঙাশুবা শতাব্দীদা লৈরম্বনি হায়বা নোংপোক অমসুং নোংচুপকী ইতিহাসকার ময়াম লৈরি। অসিনস্থ লোইদ্রি। কালিদাসতি খৃষ্টগী তরুকশুবা শতাব্দীগীনি হায়বা অচৌবা পণ্ডিত কয়া অমা লৈরি—মাখোই অদুদি মেক্স মুলর, ভাণ্ডারকরনচিংবনি।

অসি য়ৌনা সাথানা মত খেন্নবা অসিদি মমাংদৈগীনি। হৌজিক্কি পণ্ডিতশিংগী মত অসি য়াম্না নকশিন্নরকলে। হৌজিক ফাওবদা নোংচুপলোমগী অসি ফাওবা য়ানবা উমলে—কালিদাসসি অমা নত্রগা অমদগী হেনবা গুপ্ত নিংথৌরেনশিংগী মতমদা লৈরম্বনি। মতাং অসিদা ঐখোইনা পন্দবা য়াদবা ভারত মচাশিংগী জনশ্রুতি অমা লৈ—কালিদাসতি বিক্রমাদিত্যগী রাজ সভাদা লৈরম্বা নবরত্নগী মকোকনি। হায়রিবা জনশ্রুতি অসি কদাই ফাওবা চুম্বা কদাই ফাওবা লানবা হায়বদু ইতিহাস-কারশিংনা পুথোকপা উমলে। হৌজিক শোইদ্রে হায়না লৌবা য়ারবা রাফমদি অসিনি—রতনশিং অসি লোইনমক কালিদাসকী মতমগী মী নত্তে। অদুমক্তদি ওইরগা কালিদাস মশামক্তি বিক্রমা-দিত্যগী রাজ সভাগী খ্বাইদগী অথোইবা রতননি। মাহাক অসি অমা নত্রগা মাহুদগী হেনবা গুপ্ত নিংথৌরেনশিংগী

মতমদা লৈরম্বনি হায়বত্রু মথক্কা পনজগ্রে। অদ্ নদি বাক্ম অসি মাসিদা লাকলে—বিক্রমাদিত্য মিংথোন লৌখিবা গুপ্ত নিংথৌরেন• শিংগী সভাদা মাহাক লৈরম্বনি।

গুপ্ত নিংথৌরেনশিংগী মনুংদা বিক্রমাদিত্য মিংথোন লৌখি• বদি অনিশুবা চন্দ্রগুপ্ত খৃঃ ৩৭৬-৪১৩ ) অমসুং অহানবা কুমার-গুপ্ত ( ৪১৩-৪৫৫ ) নি। মরম অসিনা মহাকবি কালিদাস অসি গুপ্ত নিংথৌরেন অনিশুবা চন্দ্রগুপ্তগী মতমদা লৈরম্বনি হায়না লৌনৈ। মাহাক্না শকশিংবু মায়থীবা পিখি। The general opinion seems to be that he lived at the court of a Gupta emperor, most probably Chandra Gupta II, who was also known as Vikramaditya and having defeated Saka satraps, could will lay claim to the title Sakari, which is associated with Vikramaditya of tradition.*

ডাক্তর ভিনসেন্ট স্মিথকী মত্তি অসিনি—It is not unlikely that the earlist works of Kalidasa may have been composed before 413 A D., that is to say, while Chandragupta II was on the throne; but I am inclined to regard the reign of Kumargupta I (413-455) as the time during which the poet's tater works were composed and it seems possible that the whole of his literay career fell within the limits of that reign. It is possible that he may have continued writing after the succession of Skandagupta.

সাক্ষ্য পুম্নমক য়েংলগা এখোইনা লেপচরি— মহাকবি কালিদাসসি অনিশুবা চন্দ্রগুপ্তগী মতমদা লৈরম্বা অমা, নত্রগা অনিশুবা চন্দ্রগুপ্ত অমসুং অহানবা কুমার গুপ্ত নিংথৌরেন অনিগী মতমদা লৈরম্বা অমা—অনি অসিগী মরক্তা অমনি।

ভোজ প্রবন্ধগী মতুং ইন্নবদি কালিদাসসি ধারাগী নিংথৌ ভোজরাজগী সভাদা লৈরম্বনি। রাফম অসি ঐখোইনা চুম্মি হায়না লৌজদ্রে। অমুক অতোপ্পা রারী অমগী মতুং ইন্না মহাকবি অসি উজ্জয়িনী কোনুংদা নিংথৌ বিক্রমাদিত্যগী সভাদা খৃঃ মাং ৫৮ গী অহুরাইদা লৈরম্বনি। অকোনবগী রারী অসিস্থু চুম্মি হায়না ইতিহাসকার অয়াম্বনা লৌনদ্রে। মরমদি অস্থুক ঙনবা মতমদা বিক্রমাদিত্য কৌবা নিংথৌ পাল্লমদে।[৬]

## কালিদাসকী মতমগী ভারত

কালিদাসকী মতম লেপ্লে। মাহাক্কী মতমসিদা ভারত অসি করম তৌরম্মি? মতম অসি নোংচুপ ভারত, অরা৲ ভারত অমস্থুং নোংপোক ভারত্তা য়াম্না শান্তি লৈরম্মি। গুপ্ত সাম্রাজ্য অসি চাউরাক্লা চহি ৩৫০ রোমনি। শা'গ্রবা মতমনি। বৃটিশনা ভারত্তা পাল্লম্বহ্ চহি চনি ফাবাত্তবনি। গুপ্ত সাম্রাজ্যনা খ্বাই-দগী লংবা মতমদা কালিদাসকী ফজগ্রবা নাটকশিং—মালবিকাগ্নি-মিত্র, বিক্রমোর্বশী, শকুন্তলা—অমদি ফজগ্রবা কাব্যশিং—কুমার সম্ভব, মেঘদূত, রঘুবংশ ইখিবনি।

লৈবাক্তা শান্তি ওইদ্রবদি কৈদৌঙৈদা অফবা অরাংবা থাক্কী সাহিত্য থোক্কে। লাম্তা তৌনহুনা লৈরগা, লুটপাট্টা তৌহুনা লৈরগা কদাইদগী অরাংবা সাহিত্য থোক্কদগে? গুপ্ত সাম্রাজ্যগী ফজগ্রবা শান্তি অসি কালিদাসকী—কালিদাসকীতা নত্তে মতম অদুগী কবিশিংগী অরাংবা থাক্কী সাহিত্য থোরক্লবগী অহানবা মচাকনি। অনিশুবা মচাক্কা—গুপ্ত সাম্রাজ্যদা চাবা শেংপা রাত্তবা অমস্থুং অরূ-অহেনগী পোং মরাং কায়না ফংবনি। অন্নচিন্তা চমৎকারী অন্নচিন্ত লৈরবদা অরাংবা থাক্কী সাহিত্য থোকউ য়াদে। কালিদাসগী মতমগী ভারত্তা কবিশিংগী অন্নচিন্তা

লৈখিদে। মাহাক্কী মতম অসি ভারতকী ইতিহাসতা খ্বাইদগী লংলবা মতমনি। লৌউবা, ললোনবা খুৎশাহৈবা পুম্নমক লোইনা চাউখৎলম্মি। মীরৈবাক্কা ললোনবনা মরম ওইদুনা অকে-অমোগী পোৎসু শীজিন্নরম্মি। অহুমশুবা মচাক্না—গুপ্ত নিংথৌরেনশিংনা সাহিত্যবু য়োকখৎপনি। ফজগ্রবী লৈশাংলিবী উরীবু উপালনা শোগংপ ওম্লনি। শোগৎপীনবা য়াওদ্রবদি কবিতা নুপী অমসুং উরীদি লৈবা ঙমদে। "বিনাশ্রয়ং ন তিষ্ঠন্তি কবিতা, বনিতা, লতা"। গুপ্ত নিংথৌরেনশিং অসি হিন্দুনি বিষ্ণু নিংবা কাংবুনি। মাখোইনা সাহিত্যবু থরায় য়াওনা য়োকখৎলম্মি।

শাক্তিস্থ লৈবা চান-শেংনবা মরাং কায়না লৈবা, নিংথৌরেনস্থ সাহিত্যবু য়োকখৎপা হায়বসি তোয়না থোক্কে। গুপ্তগী যুগ অসিদি ভারত ইতিহাসকী সনাগী যুগনি। সনাগী যুগতা পোকপা, সনাগী যুগতা চাউরকপা, সনাগী যুগতা ইবা, মশাস্ প্রতিভা লৈবা, নিংথৌরেনস্ য়োকখৎপা কালিদাসকী কবিতা, নাটক সনাগী মথক্তা মণি থিনবনি। পৃথিবীগী সাহিত্যদা তাঙলবা মণি ওইবা তারনি। বিশ্বকবি রবীন্দ্রনাথনা হায়—মাহাক কালিদাসকা মতমদা পোকনিংঙি।[৭] গুপ্তশিংগী মতমগী ভারত অসিবু ইতিহাসকারশিংনা পেরিকলসকী মতমগী এথেন্সগা চাংদমনৈ।

## ভারত মচানা ভারতপু মশক খঙবা

ভারত হায়বসি পাক চাউরবা লৈবাকনি। উপমহাদেশ অমনি। থায়না মমাংঙৈ বিন্ধ্যাম্না চাওখত্রিঙৈ, লম্বী থোং ফক্রিঙৈ মতমদা ভারত মচাশিংনা ভারত পুম্নমক খঙবা হায়রুদু ওইথোকলমদে। অহুবু কালিদাসকী মতম মৌরবদদি গুপ্ত সামাজ্য অসি নোংপোক সমুদ্রদগী নোংচুপ সমুদ্র ফাওবা শন্দোকলে। লংফৈ চৎপা, ললোনবা তীর্থ চৎপনচিংবনা অরাং ভারত,

নোংপোক ভারত অমসুং নোংচুপ ভারত হঙ্গৎহন্দ্রা চৎলে। থা ভারতকা অরাং ভারতকা নকুনবা মরী লৈরে।

কালিদাসকী মতমদা লাইরিক লাইশু হৈবা মী অমনা ভারতকী নোংচুপ চিদাইদগী ভারতকী নোংপোক চিদাই ফাওবা খঙলে হায়বসি কালিদাসকী মখাগী শ্লোক অসিদগী ঐখোইনা খংঙি—

"অস্ত্যুত্তরস্যাং দিশি দেবতাত্মা হিমালয়ো নাম নগাধিরাজঃ
পূর্বাপরৌ তোয়নিধী বগাহ্য স্থিতঃ পৃথিব্যা ইব মানদণ্ডঃ।"
( কুমার সম্ভব, ১ম সর্গ ১ম শ্লোক )

এসিয়া মহাদেশকী মেপ অমা য়েংবদা ঐখোইনা উ।নি—ভারত হায়বসি প্রকৃতিনা এসিয়াগী লম অতৈদগী তোঙান্না থাইদোক্নুনা থম্বিরমলবা দেশ অমনি। অরাংদনা হিমালয়না লানি চল্লবা লীকং অমগুম কোন্দুনা লৈরে। হিমালয়গী নোংচুপ চিদাইদগী চীংশাং পরেং অমনা হিন্দুকুশ কৌহুনা থোরক্লগা নোংচুপ সমুদ্র ( আরব সাগর ) দা চংখ্রে। হিমালয়গী নোংপোক চিদাইদনা চীংশাং পরেং অমা থোরক্লগা মণিপুর ফাওনা চত্তুনা ভারতপু ব্রহ্মদেশতগী থাইদোক্লগা নোংপোক সমুদ্র বঙ্গোপসাগর) দা চংখ্রে। ভারত মহাসাগর, আরবসাগর, হিমালয়গী নোংচুপ চীংশাং হিমালয়গী নোংপোকী মশা অমসুং বঙ্গোপসাগরনা ভারতপু পুনকোই কোয়শিন্দুনা লৈবাক অসিবু এসিয়াগী লম অতৈদগী থাইদোকই।

কালিদাসনা হায়রিবা "পূর্বাপরৌ তোয়নিধী বগাহ্য" হায়রিবা অসিনা তাকপদি মতম অহুগী পণ্ডিতশিংনা নোংচুপ ভারত, অরাং ভারত অমসুং নোংপোক ভারতকী লম্মিং-তুম্মিং ফজনা খঙলে। অমরোমদা হায়রগা করিগীস্ খঙলোই? গুপ্ত

সাম্রাজ্যগী কোনুংদি পাটলিপুত্র ( হৌজিক্কী পটনা দনি। পটনা-দগী মণিপুর ফাওবা পংলাপ লাপ্পা লম নত্তে।

## চরৈবেতি চরৈবেতি

ইণ্ডো য়ুরোপীয়ানশিংগী ভারতীয় মশা অসি য়াম্না থৌনা ফবা লম চৎকনবা অমসুং অনৌ অনৌবা লমদা খুন্দাগনবা জাতি ওইরম্মি। মখোইগী রাদি—চরৈবেতি চরৈবেতি ইন্দ্র ইচরত সখা ইণ্ডো এরিয়ানশিং অসিনা অনৌবা লমদা খুন্দাগনবা থৌনা অসি কালিদাসকী মতম অমসুং মাহুগী মতু খরা ফাওবা য়াম্না ফজনা লৈরি। মতম অসিরাইদা মাখোইনা ব্রহ্মদেশক্তা প্রোম, শ্রীক্ষেত্র অমসুং চীন ব্রহ্মদেশ লোন্নবা লমদা খুন্দাখি।

## মণিপুর

কালিদাসকী মতমদা মণিপুরবু ভারতকী মফম অতৈগী পণ্ডিতশিংনা খণ্ডখিব্রা? ঐখোইগী মতুদি খণ্ডি। ব্রহ্মদেশকী অরাং থংবা শরুক্তা লৈরম্বা হিন্দুগী খুনশিং অসি লিংখৎপদা আর্য্যশিং কাংবু থরদি মণিপুর ফাওহনা চংখি। খরা অমনা আরাকানলোমদা, খরা অমনা সমুদ্রগী লম্বাদা চংলবসু।

হৌজিক ঐ.খাইনা ফংলিবা রামায়ণ অমসুং মহাভারতকী মওং অসিদি নিংথৌরেন গুপ্তশিংগা মতমদা ইথোকখিবা মওং অহুনি। ব্যাসকী মহাভারত্তা য়ামদ্রবদা মফম মরিদা মণিপুরবু পল্লি। বভ্রুবাহন্না য়ুধিষ্ঠিরগী অশ্বমেধ য়াওবা লাকপদা য়ুধিষ্ঠির মশামকনা থোরক্লনা সনাথোঙদগী ওকলৈ। অশ্বমেধগী সভা তিনবদা নুপী ময়ামগী ফমভম শীল্লকপদা চিত্রাঙ্গদানা দ্রৌপদীগা হেক মথংদা ফম্মি। হৌজিক ঐখোইনা মণিপুর কৌরিবা মফম অসি কালিদাসকী মতমগী ভারতকী মফম অসিগী মীশিংনা মণিপুর হায়না খঙনরম্মি হায়বসি ঐখোইগী মতনি।

## লোনগী ফিবম

অশোকনা ধর্ম্ম শন্দোকপদা লম লমগী প্রাকৃত লোন শীজিন্নরম্মি। বৌদ্ধশিংনা লাইরিক ইবদনা পালিদা ইরম্মি। জৈনশিংনা ধর্ম্মগী মরী লৈনবা থবক্তা জৈন মহারাষ্ট্রী হায়বা প্রাকৃত শাজিন্নরম্মি। অদুবু গুপ্ত নিংথৌরেনশিংদি বিযুং নিংবা কাবুনি। মাখোইনা সংস্কৃতপু য়োকখংলম্মি। বসন্ত ঋতুনা লাকপদা পামেলনা য়েন্নিং হুনবগুম লৈরাংনা মকাকন্না শাংপগুম গুপ্ত নিংথৌরেনশিংনা পানবদা সংস্কৃত সাহিত্যস্সু নিংথিজনা মপান শারম্মি।

পণ্ডিতশিংনা ঙাংনবা, নিংথৌনা ঙাংবদা সংস্কৃত শীজিন্নরম্মি। অদুবু নুপী অমসুং মীচম প্রজাশিংদি সংস্কৃত হায়বা অরুবা লোন অদু ঙাংবা ঙমলমদে। মাখোইনা প্রাকৃত শাজিন্নরম্মি। মাদুগী প্রমাণদি কালিদাসকী নাটকত্তা দুষ্মন্ত, কণ্বনচিংবনা সংস্কৃত ঙাংই; শকুন্তলা প্রিয়ম্বদানচিংবী নুপীশিং, বিদুষক অমসুং ডুমনচিংবনা প্রাকৃত ঙাংই।

সংস্কৃত হায়বা লোন অসিদি মী পুম্নমকনা অয়ুক নুংদাং ঙাংনবা লোন ওইনদি খৃঃ মাং ৩০০ অহুম্বাইদা লোইখ্রে। পণ্ডিতশিংনা নিংথৌশিংনা মীয়াম তিন্নবদা ঙাংবনা মখল অমনি। সংস্কৃতকী মফম অদু অয়ুক নুমিদাংগী লোন ওইনদি প্রাকৃত লোনশিংনা শিনখ্রে। কালিদাসকী মতমদা মহারাষ্ট্রী, শৌরসেনী, মাগধীনচিংবা প্রাকৃত কয়ামুক লৈরম্মি।

মথক্তা পনখ্রিবা প্রাকৃত খরা অসিদি নোংচুপ ভারত অমসুং অরাং ভারত্তা শীজিবা প্রাকৃতনি কালিদাসকী মতমদা নোংপোক ভারত্তা ঙাংনরম্বা প্রাকৃতশিংগী মরমদদি পণ্ডিতশিংনা হৌজিক ফাওবদা ইথিং-থিজিনবিদ্রি। মণিপুরদা ঙাংনরম্বা মণিপুরী প্রাকৃতকী মরমদদি কনানস্সু থোইদোক্না পুকনিং থিংজিন্নদ্রি।

## ফিজেৎ

কালিদাসকী মতমদা নুপাশিংনা ফৈজোম, ইন্নফি শীজিন্ন-রম্মি। নুপীশিংনা নীবি, কঞ্চুকী অমস্তুং ইন্নফি শীজিন্নরম্মি। নুপীশিংনা মতম অমদা সাড়ী শেত্রি। ভারতকী নুপীশিংনা সাড়ী শেংপা চংনখিবদি মুসলমানশিংনা ভারতকী অয়াম্বা মফম জয় তৌখ্রবা মতুংদনি। কালিদাসকী কুমারসম্ভবকা ৮শুবা সর্গ য়েংবিয়ু। দুর্গানা শেংলিবা ফি অদু নীবিনি। সাড়ী নত্তে। অজন্তগী অয়েকপা লাই য়েংবিয়ু। নুপীশিংনা সাড়ী শেত্তে। নীবিগা মণিপুরী নুপীশিংনা মমাংদৈদা শেংপা ফনেক্কা য়াম্না নকৈ। কাঞ্চুক্কা কানক্কা য়ামনা নকৈ। কালিদাসকী মতমদা নুপীশিংনা নাসিকা শুত্তে। মাহাক্কী নায়িকা অমত্তা নাসিকা শুত্তে। ভারতকী নুপীনা নাসিকা শুংপা চংনখিবদি মুসলমান্না ভারতকী অয়াম্বা মফমদা পানগ্রবা মতুংদনি। মণিপুর আসাম্ন-চিংবা মুসলমান্না পানবা ওমলমদবা মফমশিংদা নুপীশিংনা নাসিকা শুত্তে। কালিদাসকী মতমদা ভারতকী অতৈ মফমশিংদা নুপীশিংগী ফিজেৎকা মণিপুরী নুপীগী ফিজেৎকা মান্নবা য়াম্না লৈ।

## চিঙ্জাক

কালিদাসকী মতমদা ভারত মচাশিংনা উ অমস্তুং মাংস চারম্মি। অরাংবা থাক্কী ভারত মচানা হৌজিক্তি নিরামিষ চারে। চংনবা অসিদি খুষ্টগী নিপানশুবা শতাব্দদগীনি। নিপানশুবা শতাব্দা অসি ভারতকী চিঙ্জাক্তা য়ামনা চাউনা অহংবা লাকখিবা মতমনি। অহোংবা অসি লাক্ত্রিদ্রে। মম দদি মণিপুরগী মীগী চিঙ্জাক্কা অরাং ভারতকী মীগী চিঙ্জাক্কা য়াম্না মান্নরম্মি। ৮শুবা শতাব্দগী অহোংবা অসিদা মণিপুর য়াওহৌদে। মরম অদুনা ১৮শুবা শতাব্দীগী মমাংগী মণিপুরীশিংগী

চিঙ্গাক অতু ১৮শুবা শতাব্দীগী অরাং ভারতকী চিঙ্গাক্তগী খরা তোঙান্না উবনি। মুসলমানশিংনা পানবা মতম অসিস্তু ভারতকী চিঙ্গাক্তা অমস্তুং পাক বিদাাদা য়াম্না চাউনা হোংবা মতমনি। অকোনবগী অহোংবা অসি মণিপুরদা ১৮শুবা শতাব্দী য়ৌরবতদা মণিপুরদা য়ৌরকখি।

## ধর্ম্ম শাস্ত্র

কালিদাসকী মতম অসি পুরাণ ১৮, রামায়ণ মহাভারতনচিংবা ইথোকপদা নল্দনা ধর্ম্ম শাস্ত্র কয়ামুকস্তু ইথে কর্লাম্ম। ধর্ম্ম শাস্ত্র মক্ষম অতুগী মনুদা খ্বাইদগী মরু ওইবা অমসুং ফাওবদি মানব ধর্ম্ম শাস্ত্র হায়বসিনি। মসিবু মনু সংহিতা হায়নস্তু কৌই। ধর্ম্ম শাস্ত্রশিং অসিগী মরু ওইবা উদ্দেশ্যাদি ধর্ম্মবু য়োকখৎপা অমস্তুং মী খুদিংমকপু ধর্ম্ম কায়দনা চংনবা হোংনবনি। 'ধর্ম্মো রক্ষতি রক্ষিতঃ হন্তি হতঃ'। ধর্ম্মব ঙাকপা মীবু ধর্ম্মনা ঙাকই, ধর্ম্মবু হাংলবা মীবু ধর্ম্মনা হাৎলি। হে বিচারপতি ধর্ম্মবু মথক মখা ওনগনু মরমদি মথক মখা ওল্লবা ধর্ম্মনা ঐখোইবু অমুক মথক মখা ওনগনি। হায়রিবশিং অসি মনু সংহিতানা হায়বা ঙাক্তনি।

মনু সংহিতা নত্তবা, বিষ্ণু স্মৃতি, নারদ স্মৃতি, বৃহস্পতি স্মৃতিনচিংবা স্মৃতি কয়া লৈরি। স্মৃতিশিং অসিনা পীরিবা বিধিগা মণিপুরী হিন্দুশিংনা মহৌশাদগী চংনরকপগা চপ চপ মান্নবা কয়া লৈ।

ভারতকী মফম অতৈদা চাউনা চাউনা হোংবা পুম্নমক ভারতকী নোংপোক সীমা মণিপুর য়ৌরকই। য়ৌরকপদা মতম চ বগী রাতনি।

## ঐখোইগী থবক

কালিদাসকী মতমগী ভারতকী চাউরাকপা মশক অমা রূপ-রেখা ওইনা ঐখোইনা মাঙদা থমজরে। মাহাক্কী মতম অসি পেরিকলসকী মতমগী এথেন্স কুম্বনি ভারতকী সনাগী যুগনি হায়বত্তুসু পঞ্জক্রে।

সনাগী যুগ অসিদা মী খুদিংমক্না মাগী মাগী মথৌ তৌহুনা ধর্ম্ম কায়দনা চংনবা হোংলৈ হায়বত্তুসু পঞ্জক্রে। কালিদাসকী মতমদা তৌবগুম্না হৌজিক ঐখোই খুদিংমকসু ধর্ম্ম কায়দনা চংনবা হোংনবনা চুম্মি। মসুম তৌরবদি সনাগী যুগ অসি অনুক হুজিল্লকনি।

ইতিহাস নৈনরগা থবক য়াওদ্রবদি মপান শাংলগা মহৈ য়াম্দবা পারেলগুম্বনি। মসিগা কোন্ননা হায়জনিংবা অমত্তংগা লৈজে। কালিদাসকা মতমগী ভারতকী মফম অতৈদি ঐখোই হৌজিক ফনা ফজনা খঙলে। খঙদ্রিবা ভারতকী মফমদি—নোংপোক ভারত মরু ওইনা মনিপুর আসামনচিংবনি। হৌজিক ঐখোইনা মুন্না খঙদ্রিবা ভারতকী শরুকশিং অসিদা গবেষণাগী মৈঙাল অহু ফজনা থানজিনবা চুম্মি। অহুম তৌরগা ঐখোইনা ভারত পুম্নমক খঙগনি।

## শৃঙ্গারতিলকম্

শ্রীনারায়ণ শর্ম্মা

অশৈরেনবগী শৈরেং মচাশিংগী মনুংদা শৃঙ্গারতিলক হায়বসিসু অমনি, মসিদি শৈরেং শৈশক কয়ানা য়ানশিন্নহুনা শেম্লবা লৈচল অমনি। অগানবদা শৃঙ্গার হায়বসি শৃ ধাতুগী মখাদা গন্ প্রত্যয়

তৌরগা শৃঙ্গ থোকই, শৃঙ্গং কামোদ্রেকং ঋচ্ছতীতি অনেন শৃঙ্গ + ঋ + অণ্ প্রত্যয় তৌরগা শৃঙ্গার ( Love of emotion ) হায়বা হাইহসি থোকই ; অমুম্মা তিলকম্ হায়বদি তিল্ + কন্-প্রত্যয় তৌরগা তিল ওই, তিল + কন্ প্রত্যয় তৌরগা তিলকম্ থোকই ( চন্দন ) থিনবা খুঙনরে।

অদুনদি শৃঙ্গারতিলকম্ হায়বসি অপামনুংশিগী লাইবক্কী চন্দন ওইরে ; অপামনুংশিগী থ্বাইগী মকোক ওইবা শৈরেং শৈথানি হায়বা তারে।

অহানবা শৈরেংদা শৈথারি— কালেন নুংশানা চাকপদি নিংথিজবা থো-থম্ব লনা লৈরেং বা পৃথ্বীদা ইরুজরগা মৈশা কোক্লেদো, অদুমনা অপামনুংশিগী মৈনা চাকপসি চাংথোইবাগী হকচাংনা পুথ্বী ওইদুনা মৈচাক কোকচমই। কমদোবনো হায়বদা— চান্নথোইবাগী পাংথোম অনিনা থম্বো হেরা ওমজৈদো, নিংথিজবা মায়থোংনা থম্বালনিদো, হকচাংন লাইজগা পাংথক্লেদো নিংথৌ অনিনা পুথ্বীগী সিং থাক ) ওমজৈদো, ওথকপা মিংস্না অনিনা ওয়াংনা চাবগুনই, পুম্বুমনা থবাক অনিনা ওান্নু-থঙ্গোং শক্লিং, লুত্থুগা শমজেংইথিবিক্লা লাইজ-চরাং পান্দনবৈ, লোংদম্বনা অপামনুংশি মৈশানা চাকথেক্লবা কনাগী ইংন-পুথ্রী শেন্মগ্রা ?

কনাগুম্বা নিংথৌজাওবানা মাগী চান্নবত্ত মতমকুইনা লংফৈ চংশ্লবদা য়েন্নিংথাদি য়োরক্রে, মত্তুদা কাইন মৈশা থাওমদ্রত্নুনা ওংক্লাইনা খংলি। মত্তুদি—য়েন্নিংথাগী অহিংনি, চান্নবদি লাক-পিদ্রে অদুনা এগা থরায়সি চাকশ্লসনু, হয়েংমুক্কী মপোক্কুদি কোকিলশিংবু ফাংন্বা শাদানবা ওইনা পোক্কেদো নত্রগা পূর্ণিমাগী থাজবু ওম্মনবা রাহু ওইনবু পোকশিরা ? নত্রে হায়রগা মহা-দেবগী অশাওমনা চাকশ্লবা অপামনুংশিগী লাইরেম্ব ওইনা শাইওনশিরা ? অদু ওইরবদি এগী চান্নববু অপামনুংশি মৈনা চাকহনবা ওমগনিদকো !

কনাগুম্বা তনৌবা চান্নথোইবগা লোইননা অহিং চাক্লা· মিন্নপ্রবী অমগী মক্ষমদা মাগী শকওংতু উবদা চান্নবী অমনা অথেক অকোয় ( Sarcasm ) তৌবা ৱাহৈনা পাওহংলি— ইবেম্মা চান্নবী ইতা ! ঙসি অহিংসে, নংগী চান্নবগা নুংশি- পন্দোম লোম্নখিবব্ চাইরুংদগী কস্তুরী কোক্কেনা, পুম্বুম্নবা থবাক্কী চন্দোনশিংস্তু মাংদেনা, মিংম্না অনিগী কাজল লেংদরি. পানগী চিম্নাল কঙাংবা ইকাই কাইদনা লৈরিদো, শামুশাজং ওমজবী, কৈনোনে অমুক্তা হায়য়ুবা নংগী চান্নবদ্বু শাওরব্রা ? নদ্রগা পিক্লিবা অঙাংলা ? হায়মি ? তৌরিবদ্বো ?

কনাগুম্বী মাংয়ান-তুংয়ান নিংথিবী চনুরানা থৌবান্দোংগী পুন-কাংনানবী মচক্লা চপলগা শেগাদা য়েপ্পুনা লাইজ ইপাল লাংসুরগা শামু মচানা ইকাইনিংঙাই ওইনা নোম্নোম চৎপদ্ উরুবদা মিহৌজাওব কনান চক্ মাগা মরায়বক ফবদ্ হন্ন হন্না শাংথাইজে, মদুদি—"শ্লাঘ্যং নীরসকাষ্ঠতাড়নশতং শ্লাঘ্যঃ প্রচণ্ডা- তপঃ, শ্লাঘ্যং পঙ্কবিলেপনং পুনরিহ শ্লাঘ্যোহনিদাহানলঃ। যৎকান্তা কুচকুম্ভবাহুলতিকা হিল্লোললীলাসুখং, লব্ধং কুম্ভবর ! ত্বয়া নহি সুখং দুঃখৈর্বিনা লভ্যতে।"

অর্থদি— হে পুনকাংনানবী অথোয়বা ! নংনা লৈবাক ওইরিবৈ চক্শাবনা শীনাইদনা য়েথিবদ্ ৱাজসন্নু, অকনবা নুংশাদা ফৌখিবা ফোজসন্নু, অসিগীম্নু মথক্তা মৈদা হিংনা ইকখিবদুস্তু ৱাজসন্ থাংদু। মরমদি করিগীনো হায়বদা নংমুক নরাইবক ফবদি অমা লৈত্রে হৌজিক্তি, থম্নৌ হেরা ওমজব পাম্নোম্না নওক্তা চেজেং কোন, খুমচক্ ওমজবা থবাক মতা ফবনা থেক্লা জগোয় শারিবা মরকতুদা য়াওজবা নংদি পোকপৈ মহৈ য়াম্লেদো ? ৱাত্রবদি নুংঙাইবা ফংদ্রবনি, ৱাই হায়হনা নরাইবক্তা থদুম্না শুখিবতু কনদোরে ? হৌজিক্তি নংগুম্না নরাইবক ফবা কনা লৈরিবগে ?

অসুম তৌনা অশৈরেনবসিনা অপামন্নংশিগী মরমদা অয়োবী থাক্লা শৈহেক-শৈথারি। কনাগুম্বশিংনদি হেনজিন্নাম্লি হায়নৈ।

## "শ্রুতবোধঃ"

শ্রীনারায়ণ শর্ম্মা

শ্রুতবোধ হায়বসি ছন্দঃ শাস্ত্র ( Prosody ) নি। সংস্কৃতা ছন্দঃ শাস্ত্র মরাং কাইন লৈ অহবু মাগী লাইরিক অসিগী মখন্দি অসিমতনি। মাগী লাইরিক্কী মমিংস্থু তাবদা খঙবা হায়বনি, মাগীসিগী মগুণদি—অতৈ ছন্দঃ শাস্ত্রশিংসি য়ামনা Dry ওই তৌইগুম্বসুং মাগীসিদি সরস ওই অতুগীস্থু মথক্তা Defini tion গা Example গা অমত্তদা পুল্লি হায়বদি Stanza অদুমক্তা লক্ষণস্থু ওই অদুগা উদাহরণস্থু ওই। পীক্লবস্থু য়ামনা Common ওইবা শৈরেং শৈশকমথৈদি য়াক্লে হায়বা য়ারে। অদুনা মাগীসি পীক্লা মঙাল চাউবীনি।

## "ঋতু-সংহারম্"

( ঋতু নাচোম )

শ্রীনারায়ণ শর্ম্মা

লাইরিকসি অশৈরেনবা কালিদাসনা শৈলাংবা লাইরিক শিংগী মনুংদা খণ্ডকাব্য অমনি। মসিদা মানা মাগী হৈজবমথৈ পুথোক্লুনা ফজরবা শাংথা য়াহৈশিংনা পান্দমনিংঙাই লৈতনা ঋতু তরুক্কী মরমদা লৈশিংলৈথোল্লি অশৈবশিংগী খুৎশেম রস চেনবা লাইরিকপু কাব্য কৌই মদুদি—"বাক্যং রসাত্মকম্ কাব্যম্" অর্থদি—রস চেনবা য়াহৈগী খুৎশেমবু কাব্য কৌই। অমুক কাব্যগী মখলদা মসি খণ্ডকাব্যনি মদুদি—"খণ্ডকাব্যং ভবেৎকাব্যস্যৈকদেশানুসারি চ" অর্থদি—কাব্যগী হৌনবী মশক্তুগী মচেৎ খরতা ওইনা য়াওবা কাব্যবু খণ্ডকাব্য কৌই। মদুদি

ৱারী মপুংফাদবা, নায়ক নায়িকা অমস্থুং রসনচিংবগী শকওং মপুং ফাদবনি। হন্দক ঋতু-সংহার হায়বসি নায়ক-নায়িকা মশক নাইনা, ৱারী অমস্থুং রসনচিংবা মপুংফাবদি নত্তে, অদুবু রস-রাজ শৃঙ্গার Love of emotion ) দি ঋতু ৬মকসিদা অঙ্গী ওইনা তৎন-থানবা লৈতনা য়াওরি ; অদুনা মসি কাব্যনি।

অহানবদা ঋতু হায়বসি গত্যর্থ-ঋ-ধাতুগী মথাদা উণাদিগী তু-প্রত্যয় তৌরগা থোকপনি, মসি থা অনিগী মতম (Duration) বু খঙৈ ; মিংকুপ্তুগী চহি যুগ কয়া কাওবা শাগৎলকপা মতমগা তাংককশিংগী মনুংদা ঋতুসি অমনি। মতাং অসিদদি ঋতুগী অতোপ্পা অর্থশিংগী মরমদা নৈনজদ্রে, মতমগী তাংকক খংনবা ঋতুগী মরমদতা হায়জরে। মদুদি—

"অষ্টাদশনিমেষাস্তু কাষ্ঠা ত্রিংশত্ তাঃ কলা তাস্তু ত্রিংশৎক্ষণস্তে তু মুহূর্তো দ্বাদশাস্ত্রিয়াম্। তে তু ত্রিংশদহোরাত্রঃ পক্ষস্তে দশ পঞ্চ চ। পক্ষৌ পূর্বাপরৌ শুক্লকৃষ্ণৌ মাসস্তু তাবুভৌ। দ্বৌ দ্বৌ মার্গাদিমাসৌ স্যাদৃতুস্তৈরয়নং ত্রিভিঃ। অয়নে দ্বে গতিরুদগ্দক্ষিণার্কস্য বৎসরঃ" ইত্যমরঃ

অর্থদি— মিংকুপ ১৮ না কাষ্ঠা অমনি, কাষ্ঠা ৩০ না কলা অমনি, কলা ৩০ না ক্ষণ অমনি, ক্ষণ ১২ না মুহূর্ত্ত অমনি, মুহূর্ত্ত ৩০ না অহিং অমগা নুংথিল অমগনি, নুমিং ১৫ নিনা পক্ষ অমনি, অমম-অঙান পক্ষ অনিনা থা অমনি, থা ২ না ঋতু অমনি, ঋতু অহুম্না অয়ন অমনি. অরাং অমস্থুং মথাগী অয়ন অনিনা চহি অমা ওই। অস্থুম্না অমরকোষনা হায়রি।

অহুনদি চহি অমদা ঋতু তরুকনি, মতুদি— ১। গ্রীষ্মঃ (ওলাংথা), ২। বর্ষা (নোংজুথা), ৩। শরদ (নিংথমথা), ৪। হেমন্তঃ (উল্লেস্থা), ৫। শিশিরঃ (নাকেন্থা) অমস্থুং ৬; বসন্ত (য়েন্নিংথা) অসিনি।

সংহার হায়বদি সম্ উপসর্গনা পূর্ব্ব ওইবা হরণার্থ হৃ-ধাতুগী মথাদা ঘঞ্প্রত্যয় তৌরগা থোকপনি, লোইশিনবা খোমজিনবগী অর্থদা শীজিন্নৈ, সমাহরণগী অর্থনি; অদুনা ঋতু ৬মকপু খোমজিন্দুনা শীংথাবা অমসুং ঋতু অমমমগী মাগী মাগী অথোই-অহেন অদু ফজনা শৈথারবা লাইরিক্নি। অদুনা ঋতু নাচোম হায়র্জানিংই। মমিংগা মশক্কা চপ চান্নরে; সংহারগী অর্থসি মাংহনবগী অর্থদসু শীজিন্নৈ। মদুদি—"মহেশঃ জগৎ সংহরতি" মহাদেবনা সংসারবু মাংহল্লি; মসিগী অর্থসি ঋতু সংহারদদি চানদে মত্তাংসিদদি খোমজিনবা হায়বসিনা চানৈ অমসুং ঋতু ৬মক তোপ্পা লাইরিক অসিদা পুল্লি। কনাগুম্বনা ঋতু ৬মকসি অমুক্তং য়েংবিনিংলবদি ঋতু সংহারদা উবা ফংবিগনি।

লাইরিক অসি অহৌবমক্কদা ওলাংথাদগী হৌই অদুগা য়েন্নিথানা লোইশিল্লি, মসিমক সংস্কৃত কবিশিংগী চৎনবী সুখান্ত (Comedy) গী খুদমনি। মহাকবিসিগী হৈনজবী নায়িকা-শিংগী অঙ্গ বর্ণন অমসুং মকওইনা কুচ বর্ণন মরাংকাইনা য়াওই, মসিনা পাঠকশিংগী মফমদা থোইনা শৃঙ্গারোদ্দীপন ওইহল্লি; ঋতুশিংবু পন্দুপ নাইনা শীংথারি অমসুং ময়ামনা হায়নবা "উপমা কালিদাসস্য" অসুমনা উপমালঙ্কার (Simile) অসি ফজনা য়াওরি অমসুং মাগী Description দি অয়ৌবীনি। ঋতুশিংসিদা অয়িং-অশা খেয়বদগী রসরাজ শৃঙ্গারগী ময়াং কংথবা অমুক নোয়-পেনবা অদু ময়েক শেংনা উৎলি অমসুং অতোনবা জীব শাঙা ফাওবা রসগী অনুভব (feel) তৌবদু উবা ফংই। মহৌশা লাইরেম্বী (Nature) গা জীবশিংগা তৎন থানদবা মরি অদু কোংদোক্লি। শৃঙ্গাররস (Love of emotion) না প্রধাননি। অশৈরেনবগী শ্লোক (Stanza) খরসি পাবদা

ঋতুশিংসি মিক্না শংশং উবগুম তৌই অমসুং তশেংনা অনুভব তৌই, মসি অশৈবসিগী কলাকৌশলগী অথোয়বা খুদমনি অমসুং খুদোংগি। লাইরিক অসি পীক্রবসু য়ামনা মগুণ লৈবা পোৎনি; মাগী শৈথানা ঋতুশিংগী ওইরিবা ফিবমশিং ময়েক লানা উহল্লি, রাহে-রাতা থোংমে ই অমসুং তনৌ তনৌই অদুগা সমাসনা হকচিনমনবসু ওইদে। মসি পারিবা মীশিংগী থম্মোয় চুদনা তোক্কে।

মসি কাব্য ইবগী হৌনবী সর্গ ( Canto নাইনা ইরি অমসুং সর্গ ৬ক্না লৈতেংই। শৈরেং শৈকক ( Stanza ) শিংসি মওং তানা সংস্কৃত ছন্দ শাস্ত্রগী ( Prosody ) নিয়মশিং অমত্তা কাইদনা ইরি। অহানবা Canto অসিদা গ্রীষ্মঋতুঃ (ওলাংথা) গী শককমত্থ তশেং তশেংনা উহল্লি। মসিদা অহানবা শ্লোকগী ২১শুবা ফাওবসি বংশস্থবিল হায়বা ছন্দনি মদুদি— 'বদন্তি বংশস্থবিলং জতৌজরৌ' সংস্কৃত শৈরেং শৈককলোলগী মতুংইন্না ময়েক ১২না শারগা জ, ত, জ অমসুং রগণ মরিসিনা লৈচনববু বংশস্থবিল কৌই। অদুগী মতুংদা শ্লোক ২২ দগী ২৮শুবা ফাওবনা মালিনী ছন্দনি। মদুদি— 'ননমযযযুতেয়ং মালিনী ভোগিলোকৈঃ' ময়েক ১৫না শাই অদুগা নগণ অনি মগণ অমা অমসুং যগণ অনিনা শেমই।

অহানবা Canto অসিদা গ্রীষ্মঋতুঃ ( ওলাংথা ) গী শক-ফমত্থ তশেং তশেং উহল্লি। নুমিৎনা থাংভমদনা চাকনা শাগৎ-লকপনা তোইনা ইরুজবনে, পুখ্রীনচিংবগী ঈশিংনা কংশিল্লকপনে থাংবদা অরাবা ওইরি, অদুবু নুমিদাংবাইরমদদি থরা শাফৈ অমসুং থাবলদি থোয়না হেন্না পাম্নরকপা মতমনি। মতমসিদা নৌনা মথোক কারকপী মিহৌজাওবী কনাগী থম্বালপুবুন ঙমজবা থবাক মতাফবদা তবাবা ফিনা লৈতেংবদি থোইদোক্না সহৃদয়শিংগী

থম্মোয়দা থোয়না মিতানি ঙাইনি। **'সমুদ্রানংবেদ্বিলাগসন্ধযো বিমুক্তয বাঞ্ছাসি গুহ্নতো সাম্প্রতম্ স্তনেষু তন্বঙ্গ্যকস্তুন্নতল্লেনা নিবেশযন্তি যমদ্বা সযৌবনা.।"** অর্থদি— হকচাং তুখোং খুদিংদা ছুমাং ইরিক কারকপা নৌনা মথোক কারকপী চন্দ্রাশিংনা থম্বাল পুস্প তাবা থবাক মতাংফবদা অথাবা ফিগী মহুক্কা তবাবা ফিনা লৈতেংবদি থোইদোক্কা অউবশিংগী থম্মোয়দা মিতানিং-ঙাইনি। চেংহি শম্বাললাংলবী ক'লেন মৈশা কোক্কবা মাংয়ান তুংয়ান অনিদা তবাবা ফিনা লৈতেং ওই, নিংথিনা চন্দন চাইশিল্লবী, খোংদা লাক্ক তৈত্রিবা শাচেল লৈরাং পংখক্কবা চন্দ্রাশিংনা কাঙগী খোংথা কমজনা ফায়না ছুম্না চৎপদি থম্বনচাওবা কনাগী থম্মোয় মরাং চৌনিংঙাই ওইদবগে? অস্মমনা অশেরেনবনা মাগী হৈনজবী প্রমদাশিংগী কুচ বর্নন মরাং কাইনা শৈথারি; অমুক শারবা মতমদস্ম অশেবসিনা শৃঙ্গার রসপুদি কাওঙমদে।

ওলাংথাগী নুংশাগী মৈশানা য়েহৎপদা জীবপুরসি চোকথ নখিত্না উক্কম-ৱারুমতা থিনগ্রে অমম্বুং অতোনবা জীবফাওনা হিংসাগী রাখল থাদে ক্রপ্রে। খুদমদি লৌনা উক্কম থিবদা রাহোংগী মক্কদা চংলুবে, অংবুনে চোকথরবা রাহোংনস্মু লৌনবু চাগে থনখিদ্রে অস্মমনা চোকথরবা নোংশানা শামু তানগে থনখিদ্রে। পুথী, খেংবায়া কংগ্রবদা ঈশিংদা চাক্কাবা জীবশিং থোইনা অরাবা ওইগ্রে অমস্থং ঈশিংদা হৈনজবা শাশিং ইরোই শামুনচিংবত্র অচৌবা ঈশিং থিনরক্লে। ওস্থোকপনি ওলাংথা! ইস্থে ক্রস্ শাগ্রেদা, নুমিংয়ুংবা মতমদা শোরোক য়াংবী মথকসে মৈবি থোংনেংনগুস্মে। নুমিদাংবাইগী মতমদা নামিবা মালংবনা হৈরাং-লৈবাংগী লৈনমগা লোইননা তাইবং নাওথেম্নবন্ খুংলাম তোয়না ঙাইনৈদো। নুংশাগী মৈশানা চাক্রত্না ওকশঙ্গুমনা লৈখোম লৈনাং কংগ্রবা পাং-পুস্রীনচিংবদা লৈনুং চংগে মতাঙম

মচিন অতুম্বন্থুনা লৈবাক খোংলি। উচেক অমসুং য়োংশিং শামন্দুনা মাইকৈ খুদিং চেন্নরে অমসুং মৈশাগুম শারে। বন্দা লমমৈ চাক্লকপদা বনগী শাশিংনা অচৌবা তুরেলদা চেন্থনখ্রে। মতমসিদা থম্বাল লৈনমচেল্লবা অয়িংবা ঈশিংদা ঈরুজবা, থাবলবু ছাইবা, নুমিদাংবাইগী তাঙ্গাদা দোলাল মথক্তা মিহৌ-জাওবীশিংগী নুংশি ইশৈ অসিনচিবনা কালেন মৈশা মুংনগ-দবা মছাইরে, ইন্থোকননে শাখ্রেদা ওলাংথা!

অনিশুবা Canto দা তাইবং লীলা মপুগী খুংশেমগী চংনবী নিয়মদা রাক্করগা নুংছাইবা অমসুং নুংঙাইবগী মতুংদা অমুক অরাবা লাকপা, অমত্তদা লেংদনা লৈতে হায়বদু চুমহনগে মতাগুম ওলাথোগী মৈশানা চাকপমথৈ চাক্লুরবগী হেক মথংদা বর্ষা (নোংজুথা) কৌবা ঋতুসিদা চোকথরবা জীবশিংবু অমুক তনৌ তনৌনা হেকখংহনখ্রে। মসিদসু অহানবা শ্লোকতগী ১৯শুবা ফাওবসি ব শস্থবিলনি, অদুগা ২০, ২১ বসন্ততিলকনি। মতুদি— 'ঙেয়ং বসন্ততিলক তভজা জগৌগঃ' মসি ময়েক ১৪ না শাই। তভজজ গগশিং অমসুং গুরু অনিনা শাই। ২২ দগী ২৮ ফাওবা মালিনীনি।

হন্দক নোংজুথানা লাকপদি কনাগুম্বা মতিক চাওবা নিংথৌনা সনা খোংলেংলক্কুমই; ফুইনা চৌবা মুরৈনবা নোংনা শামু খোংনেংনগুমই, মরক্তা নোংথাং কপ্পনা ফিরাল পরেং পাইরিদো অমসুং মরক মরক্তা নোং থাকপা পুংশেন যন্ত্রশিংগী খোন্থাংবু ঙমজে, মতিক লৈদা নোংজুথা! নেমনেম্বা মুরৈনবা তারমদাইগী নোং নংসে পিবুক্লুংদা নাওতম্লবী থাবুম মঙা-তরুক শুগ্রবী কনাগুম্বীগী থবাক মতোনগী কুচুগা পাংথক্লি, অতুম্বা অশেরেনবনা শীংথারি। নোংজুথানা লাকপদা নোংগৌবীনা হরাওবা, রাহোং জগোয় শাবা য়েংবগী পেনবা নাইদরে, ঈচেল

নাইবী তু রেলশিং লাইজনা খাই পাগ্রে অমসুং করিগুম্বদা তোর্ব্বান থুগাইদুনা লাইজ ইকাংনখরে। নোংজুথাগী ফুইনা হৌবা নোংলক্পা অথাক অরাও কিদনা সঙ্কেত মফম য়েনবা অভিসার চংলিবী পুকচেল চাওবীশিংগী লম্বীদু মরক্তা কুপ্লকপা নোংথাংনা লম্বী লমতাকপিরিনে। অদুগা কনাগুম্বী মিপাই-চাওবীগীসু অশৈবসিনা শাংথারি।

"যত্রাগ্রহর্মীন ন্যায়বলম্ বর্ধিত্বন্দ্ভূজিত বলম্ভো ভূতাম্।
ক্রান্তাবাধানার যাঘতঃ প্রয়ান পরিব্রজন্তি শান্তে নিবৃত্তম্ "

অর্থদি— কনাগুম্বী মিপায়চাওবী, নোংথাক মথোন্দা কিগনবীনা মরাল লৈরফাও মাগী চান্নথোইববু হুন্না চেংনা কোনশিল্লি; নোংজুথানা অনিসিগী নুংশি পন্দোমনহল্লি, অসুমনা অশৈরেনবনা সম্ভে গশৃঙ্গারবু কাওংমদে। মাগী চান্নথোইবনা লমদম তাম্না লৈখিবা কনাগুম্বীশিংগীদি থোইনা হেন্না রানিংঙাই ওইবা মতমনি। নোংজুথাগী মতমসিদা বনগী লাইরেম্বীনা অশংবা ফিজোলশেং শজি মচাশিংগী তথকপা মিংয়েং থোইদোক্লা পুক্লিং হুনিংঙাইনি; শামু মচুমতাবনা অনৌবা নোং উবদা থোইনা হরাও মথোয় কাখরে। মিহৌজাওবী কনাগী মাংয়ানবু হেল্লি হায়গে খনবদা তুংয়ানগী শরুক্কী অরাংপা মেনখংকে মতাগুম শমজোইশিংনা নিংদুয়ো, কাঙগী খোংথাংবু, ঙস্বরা, শামু খোংথাংবু তমবরা? অসুমনা চংলিঙৈ নোংলিক্লা খজিক য়ৈখিবা হকচাং তুজুংঙকপদি অয়েংবগী পুক্লিং হুনৈদো। কনাগুম্বী ইরাংজাওবী অকে অমৌদা লুপচবী অহল-লমনগী নাক্কগী তুমফম কাদা চংনিংবহু চংঙমদনা লৈরি-ঙৈদা নোংথাক মথোন্দা কীবশা তফি তফিং চংখরে। রাহোংনা জগোয় শাবনে, কেতুকীনা শাংপনে কদম্নচিংবসু শাংলিনে। চাক্লম্বা বিন্ধ্যচীংদোন অনৌবা নোংনা ইংহনখ্রে, ঈশিং পামজবা জীবশি থোইদোক্লা হরাওজখ্রে অসুমনা নোংজুথা লাকপদা

জীবপুম্বগী অৱা-মৈচাক কোকথরে, হা নোংজুথা! কালেন মৈচাকী মৈশা কাওথ্রেদো!

অহুমশুবা (Canto) দা হাবেম্মল্ল (নিংথম্মথা) লাক্লে, শরদ ঋতু নহাকসে অনিশুবা বসন্তরা? ছন্দক্সিদম্ম অহানবা শ্লোকতগী ২০শুবা ফাওবসি বসন্ততিলকনি, ২১ দগী ২৪ ফাওবা মালনানি অদুগা অমুক ২৫শুবনা বসন্ততিলক অমসুং ২৬শুবনা মালিনা ছন্দনি। শীংনাং মপান শারকপা, লৌবুক্তা কৌনা খোইডাংশাবা, নোংজুথা লোইশিনখিবনা তরু তরুরবা অতিয়াদা মপুংফাবা থাজনা তাংথক নাইদনা থোকপদি অশেংবশিংগী পুক্লিং শুমহৎপা অমসুং অপামজাওবীশিংগী থম্মোয় মরাং হৌনথানি। উরোক পরেং পাইবনে অঙোবা নোংম্মু কোইপাই পাই মপুংনিংথৌগী চামর হুপ্লিবরা? মালিকা অমসুং সনারৈনচিংবনা থোইদোক্লা ফজরি, থাবলগী অহিংনা নুংথিম্দগী হেন্না শাংলকপা থোইদোক্লা নিংথিজরি। কনাগুম্বী কায়নমৈশা শাংলবীগী নুংশাস্বর হোনগী অৱাবন্থ লৈচিন ওইনা ফোংদোকই। ভান্থু কাও জুৱা জুৱা থৱো থম্বাল মরক্তা থেক্লা খোইনা চৎপদি অয়ুক অঙনবগী পুথ্রীসে কেবা হৈবী কনাগী পিশুমগী থুংথংতু ইকাইনিংভাই ওইরিদা। শিঙ্গারৈনচিংবা লৈৱাংগী লৈনম্না কয়াতা নুংশিথ্রবা, মালংবনা হৈরাং লৈৱাংশিং নিকহল্লি অমসুং অয়েংবা কনাগী পুক্লিং হুরি। তনৌবী কনাগী মালতীনা শমজোইগী লৈতেং ওই, থৱো অশংবনা নাচোম ওইনৈ। তরু তরুরবা পুথ্রীদা মপুংফাবা থাজগী মমি তারিবা, নোং হাইগৎখিবনা মাইকৈশিংম্মু তরু তরুরিবা মতমসিদা মাইথোং থাবু ভমজবীগী মাইথোংবু উবদা কনাগী পুক্লিং শুমহৎতবগে? মিহৌজাওবীগী নিংথিব। শকফমগী মতৌতম্লিবা অয়ুক অদু উবদা থোইনা পুক্লিং থোইরাংই। শরদকী নিংথিবা উবদা লম্মীচৎপা কনানা হৌথ্রবা মতম্মু নিংশিংতুনা থোইনা থোইশাওরি; শরদ কৌবী লাইরেম্বী মিহৌজাওবী মতৌতম কেনা মৌনা চৎলিনে।

মরিশুবা Canto দদি ইয়লঃ ( উল্লেস্থা ) চংলক্লে, থোইনা হেন্না ইংখরে। অহানবা শ্লোকতগী ১২শুবা ফাওবসি উপজাতি ছন্দনি মহুদি—"অনন্তরত্নপ্রভবস্য যস্য হিমং ন সৌভাগ্যবিলোপি জাতম্ :" মসি ময়েক ১১ না শাবনি, মসি ইন্দ্রবজ্রাগা উপেন্দ্রবজ্রাগা য়ায়হনা শেম্বনি। ১৩শুবদগী ১৭শুবা ফাওবা বসন্ততিলকনি অমম্মুং অরোইবসিনা মালিনীনি। ম মসিদা লাইজ লৈরাং থম্বালদো মশক উওা ফংখিদ্রে লৈনুংলৈদা চংশ্রবোই, অদুবু থম্বালগী মগুণ মাংফদে মতাগুম মতমসিদা অপামনুংশি থুংনিং-লিবী অগুরুধুপনা শমজোইগী মনম হাপ্লিবীশিংগী মাইথোংনা থম্বাল লৈহুং শিল্লিদো অমম্মুং অহিংনা হেন্না শাংবনা নুংশি-পম্বুং চমথৈনৈদো, লোধ্রপুষ্প মচাইরে মতমসিদা শাংলিবা, হৈজিংফারবা ফৌশিংগী লোক্লপাম্বানিদো মতমসে। মিহৌ-জাওবীশিংনা খুজি-নাচি লৌথোক্লে, মনম নুংশিবা চন্দন্না হকচাং লৈতেং ওইনা শেমখরে, নুংশি পম্বুংগীদমক শেমশাখরে ; অসুম্না অয়ুক্তা নুংশি পম্বুংনবগী অরাবা ফোংদোকপা ওইনা উনা-রানাদা লিক্লাগা উনগা তামিন্নখরে। চান্নবীনা খোরাংনা চাইরি অমম্মুং চান্নবনা লৈহিগী মদ্যনা ময়ায় কাহুনা রান্থরি। নুংশি পম্বুং পন্দোম লোম্নবীনা নোংডাল্লবদা অয়ুক্কী কোরৌ মশেক্লা য়ৈবদা লৈবাক্লেগুম পথরি অমসুং ফিজিনা মাইথোং কুপ্পুনা নুংশিপম্বুংগী খুজিল মফম অমসুং য়াথুল লোংলৈনদো অদুগনে নুংদাংরাইরম য়োরকপদা ডরাংগী চোকথরুরবা হকচাংদু লৈতেং কয়া তৌদুনা মিহৌজাওবীশিংনা অমুক তনৌ তনৌনবা হোংনরি। অসুম্না মিহৌজাওবীশিংগী থোইনা হেন্না অপামনুংশি পন্দোম্ন-নবগী তাঞ্জা ওইদ', অহিংনা কা হেন্না শাংবসিনা হো উল্লেস্থা নহাক্লে! মতমসে সম্ভোগ শৃঙ্গারগী পন্থেংফমনিদা।

মচাশুবা Canto দা শিশিরঃ ( নাকেস্থা ) চংলক্লে।

অহৌবদগী ১০শুবা শ্লোক ফাওবসি বংশস্থবিলনি, ১১ দগী ১৬শুব ফাওবসিনা মালিনীনি। মতমসি উনা-রানা অয়াম্বা কেনবা মতমনি, উ-রাশিংসি অরিবা মনাশিং কেনখিদনা লাইনিংবা যোগীগুন তুমিন্না লৈবা মান্নি। চুরোকপাম্বা ওইরক্লে, মৈশা অমসুং নুংশানা খ্বাইদগী নুংঙাইবা, থোং থিংজিল্লগা অকুমবা কি ইন্দুনা খাংহৈবা, উন পুবা নুংশিং কন্না শিংপা, হকচাং তনীকপমখৈ হংইদা।

হকচাংদা ময়ায় কানবা পুষ্পমদ্য পেন্না থক্কুনা; চিন্দা শিশি কামত্থুনা হিপকম কাদা চংখি, শাংলবা অহিংসিদা নুংশি পন্থুংনবদা চোকথরবী হকচাংদা চন্দন্না লৈকা য়েক্লিবী মিহৌজাওবীদু মদ্য থকপনা তেকখৎনরি। অহিং মতম হৌখরে, নুংশি চা মিন্নবগী অরাবদু লেংত্তুনা মিহৈজাওবীদু তনৌবা ফিজেৎ লৈতংদুনা লক্ষ্মীগী শাথেক লৌখরে। মতমসে চুহি শুংবগী মনয়না নুংশিবনে অপাম নুংশি হেনগৎলিদা। উনা রানানা কেনজ্জ্রবস্র অপাম নংশিগী রাখন্দি কেনবা মরৈতে নাকেন্থা!

তরুকশুবা Canto সিদা ঋতুরাজ বসন্তঃ (য়েনিংথা) মাগী লৈজ'ী লৈতেংগা লোইননা তাইবং খোংদারক্লে অমসুং উনা রানা পুম্নক পুম্ননৌ নৌগ্রে। অহানবগী শ্লোকসি বংশস্থবিলনি, ২শুবদগী ১৬শুবা ফাওবনা উপজাতিনি, ১৭শুবদগী ২৬শুবা ফাওবনা বসন্ততিলকনি, ২৭শুবনা মালিনীনি, ২৮শুবনা শার্দূলবিক্রীড়িতনি মদুদি—"সূর্য্যাশ্বৈর্মসজস্ততাঃ সগুরব শার্দূলবিক্রীড়িতম্" ময়েক ১৯ না শাই, ময়েক ১২ অমসুং ৭ তা পোখাই, ম, স, জ, স, ত ত গণশিং অমসুং গুরু ১ না লোইবনি, ৩০ দগী ৩৩ ফাওবা মালিনীনি, ৩৪ দগী ৩৬ ফাওবনা বসন্ততিলকনি। লৈলেংবম শৈরেং শৈকক ওন্ন ওন্না ইরি। মতমসি থোইনা পুক্নিং হূরবা মতমনি, সহকার অপোম্বনা

অথৌবা তেনজৈ ওইদুনা, খোইমু পরেংনা লিরি ওই, মিহৌ-জাওবশিংগী থম্মোয়দা লেংগে হায়দুনা বসন্ত ( য়েন্নিংথা ) লাক্লে অমস্তুং হৈনৌ মপান্নচিবনা থোইদোক্লা নিংখিজগ্রে। হৈরাং লৈরাংনা শাৎপনে, নুংশাগী মৈশাসু কন্দবনে, য়াম্না ইংবসু ফরকপনে, থোইদোক্লা নুংঙাইবা মতম ওইবনা, মিহৌজাওবী-শিংনা লৈরাং লৈখন খিবিক্লা হকচাংগী লৈতেং ওইনদুনা পাম্মুবা কনাগী থম্মোয়দা থোয়না হেন্না মিতাহল্লি। খ্বাইদগী হেন্না অপাম নুংশি য়াকইবা মতম ওইদা; য়েন্নিংথা হৌরকপসিদা অপাম নুংশি লাইরেম্বসি মহাদেবগী অহুমশুবা মিংকা মৈশানা চাকথ্রবসু হৌজিক হিঙ্গৎতুনা মথোক কারকপীশিংগী হকচাংদা লৈফম ওইখিব-গুম তৌরে। “নেত্রেষু লোলো মদিরালসেষু গণ্ডেষু পাণ্ডুঃ কঠিনঃ স্তনেষু। মধ্যেষু নিম্নো জঘনেষু পীনঃ স্ত্রীণামনঙ্গো বহুধা স্থিতোঽদ্য” অর্থদি — পুষ্পাসব থকপদগা মিৎ তথক তথকপা, চাইরুংদা তাইবা, থম্বাল-পুম্বুক তাবা থবাক, খ্বাং চেংতকপা, তুংয়ান নিংদু লুমতকপা অসুম্না মথোককাবীশিংগী হকচাংদা অপাম নুংশি লাইরেম্বনা খোংদারি। অপামজাওবাশিংগী হকচাংবু শৈথাবদি মপা লৈতনা হৈনজবা কাচিন য়ৌবা অশৈরেনবনি। কুমার সম্ভবতা জগৎমাতা দুর্গা ফাওবগী হকচাং শৈথাখিবা অশৈবনি, হন্দক য়েন্নিংথা চংলকপসিদদি থোইনা হেন্না শৈথারক্লে। হকচাংদা হুমাং ইরিক খজিক ফাওরকপা মথোককাবীশিংগী পুম্বুম্বা থবাক্তা কুঙ্কুমন-চিংবা চন্দন তৈতুনা কামগী মৈশা খাংনরি। কোকিললাবা খোন্নৌবা হৈনৌ মপ লগী রস চুপ্পদা পেনঙমদা মাগী চান্নবীদা তেমশিংলি; খোইমুলাবা খ্বাংজেংবসু অদুমঙাই থম্বালগী লৈহি পেনঙমদা মতারোইগী মকমদা নাপচিক্লা ঙংলরি। অসুমনা অশৈরেনবসিনা মীওইবদগী হেন্দোক্লুনা অতোনবা জীব ফাওবদা সম্ভোগশৃঙ্গারগী মগুণ শৈথারি; হৈনৌ মনা তনৌবী তনৌতঙাংবী

নামিবা মাগী তাম্বাদা থেক্লা নৌনা জগোয় শা, খুৎলাম তোয়ন খৎপদি মুংশিবা কনাবু কৌবরা ? অস্সুম্না মাগী শৈথাশিংসি চংচং লাওবা শৈশক্লি, অতাবা কনাগী থম্মোয়বু মাগী য়ারানা হুদবা লৈবগে ? ঙসি ফাওবা তারি মাগী মুংশি পাওদম, তাহৌখিগনি মাগী খোন্নুংশি মীওইবা জাতিনা খমদ্রিমখৈ, আঃ ইম্মোক্লা থুমপ্রেদা মাগী য়ারা ! ঋতুরাজ বসন্তনি অমস্তুং রসরাজ শৃঙ্গারনি ; মফম অমদা মতম অমত্তদা নিংথৌ অনি খাম্নাংনবা ঙাম্মোয়বা মফমদু খিৎ মতাংলিগনি ভারত নত্তনা। অশোক কৌবা লৈপালনা তঙাং-তঙাংবা মপালনা য়োময়োম্না শাৎপা অয়েংবা কনাগুম্বগী থম্মোয় মৈচাক কোক্কবগে ? অসিন-নিনে নংশোকঃ-অশোকঃ নমিংগা নশক্কা চান্নরেদো ; পঙ্গা মপাল তঙাংবী কোন্দাননা শাৎপদি পাম্মুবা কনাগী থম্মোয়বু হুবগে ? লমদা থাদি লাইরেম্বী। জুমজুম শাৎপী লৈরাংনা থবাক পুম্বুম ঙমজবী, মালংবনা হুম্বদা খাংজেৎ কোমদানরিবা মীওইববু শুগপেল্ল, পুক্লিং লাকচরিবা মুনিবুম্সু ককঙাওনহনগে তেমশিংলিবরা ? ইম্মোক্লসু ফজৈদা য়েন্নিংথা লাইরেম্বী নঙসে।

"मधुसुरभिमुखाब्जं लोचने लोध्रताम्रे,
नवकुरबकपूर्णः केशपाशो मनोज्ञः
गुरुतरकुचयुग्मं श्रोणिबिम्बं तथैव,
न भवति किमिदानीं योषितां मन्मथाय ।"

অর্থদি— নৌনা মথোক কারকপী, লৈহি লৈনম চেল্লিবী, মাইথোং থম্বাল ঙমজবী লোধ্রলৈরাংগুম ঙাংতকতা মিৎম্না থম্বাল অনিনি ; তনৌবা কুরবলৈরাংনা শমজোই লৈতেং ওইরিবী, পুম্মুমতাবা থবাকনে, লুমদানবা নিংহুনে শামুমচাগী খোংথাংগুম নোম্মোম্মনা চৎপদি অউবা কনাগী থম্মোয়দা খোইরাং মিত্তাদবগে ?

অশৈরেনবসিগী শাংথাবসিদি কাচিন-কোয়া য়োৎই, থম্মোয়-নুংদা তিংপাল্লি ; মসি মাগী হৈনজবিনি অমসুং মাগী কলাস্থুঙ্গিগী অথোয়বা চংচংলাওবা থুদম্মি। হৈরাং লৈরাংনা শাংপনে, লৈনমপুবা নামিবনা শুম্বনে কোকিল কৌনা চেক্লানা ৎতবা খোন্থাংদা কুহু-কুহু খোংবদি থৌজুঙ্গম্বা থম্মোয়দু পেৎননিংথাই ওইদত্রবে ? হা ঋতু নিংথৌ য়েম্মিংখা ! নংগী মংপসি য়ামত্রেদা, লৈনং-লৈনম পুরিবা কায়দ-হুম্বা মালংবা কোলিল কৌবা চেক্লাগী মচাশুবা খোম্থাংনে, ময়ায়কাবা খোহমুগী গুণ গুণ হুংবনে, মপুংফাবা কোয়দানরবা পুর্ণিমাগী থাজ, মনমন্থু শিবা পুষ্পাসব, নুমিদা রাইগী মংমদা দলানথক্তা চকচিক লাংবা অমসুং চান্নখোইবাগা তমোনবা চকচাং ময়ামসি নংগা খেংলোইদনি হায় নৈনে ; অনা শাংবদা ওক্লবা, পুল্লপ পুন্দুনা লাপদি তাইবংজাবদু শুমহৎকে থোরা লিত্রবে নহাকপু ! হো য়েন্নিংখা। ইম্ফোক্লৈ চকচত্রেদা হা য়েম্মিংথা ! মতৌ অসুম তৌদুনা অশৈরেনবশিনা নাগী হৈজবী পম্বে য়োনা ঋতু ৬ মকপু পুল্লপ শাংথারি

কাব্যসি হৈবগী রীতি ( Style ) কাইদাদি সংস্কৃতা বৈদর্ভী রীতি হাইবা ওংদাদা শৈওংশৈদা লৈচল্লি, মতুদি— "মাধুর্য্যব্যঞ্জকৈর্বর্ণৈ রচনা ললিতাত্মিকা । আবৃত্তিরল্পবৃত্তির্বা বৈদর্ভী রীতিরিষ্যতে "

অর্থদি — রাহৈরাতা তমেং তমেংবা, তনৌ তনৌবা খোনখোক্লা লৈতেংবা অমসুং অথোৎপা ময়েক্লা শেম্বা সমাস য়ামদবা নত্রগা সমাস ইয়াও য়াওদবা শৈওং শৈদাগী মখলবু বৈদর্ভী রীতিনি হায়নৈ ।

অতুনদি অশৈরেনবগী শৈওং শৈদাসি তাক্লিবা নিয়মসিমক চপ মাৎনে, মরম অসিনা মাগী হৈবগী style অসি বৈদর্ভীনি। অতুগা গুণনা মাধুর্য্যনি মতুদি— "চিত্তদ্রবীভাবময়ো হ্লাদো মাধুর্য্যমুচ্যতে ।"

অর্থদি—থম্মোয় মহি চেলহনবা হাইনিংঙাই লৈতনা নুংঙাইবগী মশক্তুবু মাধুর্য্য কৌই। অতুনদি মাগী কাব্যসি পাবদা থম্মোয় চেনবা কনগী থম্মোয় মহি চেন্দবা য়াওবগে? অমসুং মাগী হৈনজবী উপমালঙ্কার Simile ফজনা য়াম্না তোয়না থেংনবিগনি, Description দি অয়োবীনি, ৱাহৈ ৱাতা পোংনা মেংনা পুক্নিং হুবা শৈশক্কি, মাগী শৈরেংশিংসি পাব-তদা মিক্তা শং-শং উবা ফবগুম তৌই। মপুং ওইবা রসতি শৃঙ্গাররস ( Love of emotion ) নি, মসি তংন থানদনা ঋতু ৬ মক্তা য়াওরি। অপাম নুংশিদা লুপচবা অশৈবনি, নুপীশিংগী হকচাং অমসুং মরু ওইনা থম্মাল পুম্বুম্বা থবাকী শৈথাবসি মরাং কাইনা য়াওই, মসি মাগী হৈনজবী ওইরমাল্লে।

লৌকিক সংস্কৃত সাহিত্যজগত্তা চংনরিবা রস (Emotional flavour) সি মাপলনি হায়না অশৈবশিংনা লেপ্পরে মতুদি—শৃঙ্গাররস শৃঙ্গার: ( Love of emotion or lust ), হাস্যম্ ( Humour or Laughter ), করুণ: ( Pathos ), রৌদ্র: (Anger), বীর: ( Heroism ), ভয়ানক: ( Fear ), বীভৎস ( Hate ), অদ্ভুতম্ ( Wonder ) অমসুং শান্তম্ ( Calmness ) অসিনি। ময়ামসিগী মনুংদা শৃঙ্গারনা রসরাজনি হায়না সহৃদয়শিংনা শীংথানৈ। করিগুম্বদা কনাগুম্বা অশৈবনা বাৎসল্য-রস হায়বা তরাশুবা রস ১ লৈ হায়; মতু প্রেমরসকী মখল-শিংগী মনুংদা অমনি হায়না লেবা য়াই। মথক্তা হায়রিবা রস মাপলসিগী মনুংদা কালিদাসনা য়াম্না হৈনজবা রসসি শৃঙ্গার-রস অসিনি। অদুনদি মহাকবি শৃঙ্গারিক কবি হায়না কৌনৈ।

কনাগুম্বনা কালিদাস হায়বসি মপালৈতবা ( Pairless ) মহাকবিনি হায়না শা থানৈ-মতুদি -

"পুরা কবীনাং গণনাপ্রসঙ্গে কনিষ্ঠিকাধিষ্ঠিত কালিদাসঃ।
অদ্যাপি তত্তুল্যস্য কবেরভাবাদ্ অনামিকা সার্থবতী বভূব।"

অর্থদি— মমাংঙৈদা কবি কনা লৈবগে হায়দুনা মশীং থানরকপদা খুনাওবাদগী মশীংথীবা হৌরকপদা অহানবা খুৎনাওবীদু কালিদাস ওইখ্রে। হৌজিক মথং অমা মাগা মান্নবা অমা লৈত্রবনিনা খুনিংথোসি হাংদুনা লৈরি। মসিনা তাকপদি মাগী লাম্বা লৈতে হায়বনি।

# মালবিকাগ্নিমিত্রম্

## কথাসারঃ (অহানবা অঙ্ক)

শ্রীরজনীকান্ত শাস্ত্রী

খৃষ্টীয় চহিদগী মমাং খর ওইনা বিদিশা (মালব দেশকী মনুংচন্না লৈব বেত্রবতী তুরেলগী তোর্বান্দা লৈব সহর) দা অগ্নিমিত্র কৌব নিংথৌ অম পাল্লম্মি। মহাক্কী ধারিণী অমসুং ইরাবতী কৌবী মহারাণী অনিথক লৈরম্মি। বিদর্ভ নিংথৌ মাধবসেনস্মু মাগী মচনচুপা মালবিকাগী বিবাহসি অগ্নিমিত্রগা লোইনমনা পাংথোকনিংলমই। অদুনা মতুগীদমক থিন্দনা অগ্নিমিত্র উনিনিংলমই (খেননিংলমই)। মাধবসেনগী মখুত্রানা পোকপা যজ্ঞসেন মফমদুগী বিদর্ভগী) নিংথৌ ওইরমই। মহাক অগ্নিমিত্রগা য়েক্লুরম্মি। মাধবসেনগসু নুংঙাইনরমদে, মহাক্না মাধবসেনবু নিংথৌ খুভমদগী বন্দী ওইহল্লমই। মহাক্কী মন্ত্রী সুমতি (মাধবসেনগী মন্ত্রী) না মবুঙোন নিংবদু থুংনবা মালবিকাবু অগ্নিমিত্রগী নাক য়ৌহন্নিংলমই। মতুংইন্না মন্ত্রীনা মালবিকাবু মচনুপী কৌশিকীগা লোইননা কোনুং (সহর) দগী রাংমলান্ন পুরক্লগা বিদিশা চৎপ কাংবুগী মরক্তা থাজিনখ্রে।

লশ্বী লাকপদ ৱারদ্না মীয়ামদ্ জঙ্গল অমগী মনুংদা পল্লম্মি, মফমদ্দা ডাকু কাংবু অম চংলক্কুনা তকশ্বাইরকপদগী মফম-মরাং ইথং থংনদনা কাইরে, লাঙ্গাও থোক্লে। মাদ্গী লান-ফমদা মাধবসেনগী মন্ত্রী স্মতি শিথরে। মচনন্পী কৌশিকী ৱান্থখরে, উহাক ৱান্থক্করগা মহাক্লা হৌগংলকপদা ( মফমদ্দা ) মালবিকা উদ্রে। অরাবনা উপগ্রবী ওইন ওইনা মব্ংগী অগ্নিসংস্কার লে'ইরম্লগা বিদিশা তান্না লাক্ক্না সন্ন্যাস লৌখরে (লাইনিংবী ওইখ্রে কালগীক্রমদগী মথং মথং ওইনা মহাক অগ্নি-মিত্রগী কে নুংদা চংখরে। অদ্গা মহাক ৱাণী ধারিণীগী থৌজান্দ-গী তরাম তরাম তৌবিদ্না মপুনসি লেনখি। অসোমদা ডাকু-শিনা ফাদ্না মালবিকাব্ বন্দী অমা ওইহল্লগা থুদোনপোৎ ওইনা বীরসেন কৌবা ধারিণী মহারাণীগী মপুৱা, অগ্নিমিত্রগী শুমখৈ ভাক্লিব নিপাদ্দা কথোক্লমলে। বীরসেননা মালবিকাগী ঈশৈ নোংমাইদা পামজবদ্ উরগা মাদ্গীদমক মচেম রাণী ধারিণীদা ঈশৈ-নোংমাই অমস্ং অভিনয় ( শাথেক-খুংথেক্-চিংবগা ) তমহনবিয়ু হায়দ্না কোন্ংদা থাখরে। রাণী ধারিণীনস্ মালবিকাগী জগোয় ন্ংগোই ঈশৈ নোংমাইদ নারাইজবদ্ উরগা পেল্লদ্না মহাকপু জগোয় ঈশৈগী ওজা অহৈব ( ওইবা গণদাসদা তমহল্লগা মপুংফানা হৈজননবা শিনবিরে। কৌশিকনা মালবিকাব্ উৱগা থংন-থংনমক করিগুম্ব অচৌব মরম অমদগী মহাক্কী পরিচয় ( অওইবসি ) কনামদা কাথোকখিদে।

নোংম ধারিণী মহারাণীনা মহাক্কী চিত্র অমা য়েকহনখি। মচুদা মহাক্কী মনাইনুবী অমা ওইবা মালবিকাব্স্থ য়েকহনখি। চিত্রত্থু মচু-মমেন ( রঙ্গ ) থারে, করি মতাংনো চিত্রশালাদা ( লাইয়েকশংদা ) ফম্লগা ধারিণী ৱাণীনা চিত্রত্থু য়েংদুনা লৈরমই।

তুংলোমদা ইরেন চংশিল্লক্কুনা রাজা ( অগ্নিমিত্র ) না মফমহুদা লেপ্লহুনা লৈখি। চিত্রহুদা মশক-মচু খংদ্রিবী নিংথিবী নুপী মচাদু উরগা নিংথৌনা খঞ্জব রাখন উৎসুকভাব , না মহাক্কী মরিদা পাউহংবা হৌরকই। রাণীনা খংলদুনা পাউখুম পীখিদে। মফমদুদা কুমারী বসুলক্ষ্মীসু লৈ, মহাক্ক অঙাং ওইরিবগী হৌনশা তয়াং তশোইনা হায়রকই ( খুম্লকই ) মসিগী মমিং মালবিকা কৌই। নিংথৌনা হরাও তয়াম পুক্লিং লুপ্ল হংব দুদগী নিংথৌনা ( খল্লিবা ) পুক্লিংগী রাফমদু অনুমাননা খংলদুনা মহারাণীগী পুক্লিংদা অয়ুকপা পোকখি, অদুগা মালবিকাবু নিংথৌনা উরাইদব মফমদা লৈহনবসু শিনখি। চিত্রদা মালবিকাবু উরগা নিংথৌনা মহাক্কী নিংথিজবা ( রূপমাধুরী ) দুদা পুমণুম শুমহৎখ্রে। অদুগা মহাক্কী বিদূষক্কী মফমদা মহাক্কী পুক্লিংগী ফিবমদু ফোংদোকখি। অদুগা মালবিকাবু উনব ফানবা অদুগা মহাক্কা লোইনহল্লগা লোইননা লৈমিন্নব (সঙ্গ ওইনব, গীদমক উপায় তৌননবা য়াথং পীখরে। বিদূষকনা থৌদোক্কুগী মরিদা নাট্যাচার্য্য জগোয় ওঝা। গণদাস অমসুং হরদত্ত অনিদা হিন্নাই শাদুনা নত্তব রাফম তমশিন্দুনা য়েংথিনহল্লগা মতাংদুগী লংলা ংক্লিন পুথোকখি। মথোইনা নিংথৌগা হঙংখি—অনিদুগী মখুংদা অসিনা হৈশিংবা হেল্লি হায়না নিংথৌনা লেপ্লিননবগী রাফম। হিরমসিদা নিংথৌনা কৌশিকাবু মধ্যস্থ ওইহনখি। কৌশিকীনসু মহারাজদা মধ্যস্থ ওইহনবিনবা হঙংখি। করি আধার করম করস্থ ) দা খল্লগা অহনব থনগদগে হায়বসিগী মতাংদা কৌশিকীনা লেপখি মাদুদি আচার্য্য অনিনা মাগী মাগী সেবকশিংবু ইচম চম্ব ফিজোন্দা হালিক অভিনয় উৎপিগদবনি হায়ব রাফমসি হায়খি। মহাক্কী সে ক্লা মকোক ওইবদুনা অহেনবা ওঝানি

লৌগনি। আচার্য্য ( ওঝা ) অনিমক মতুদা য়ানরে। বিদূষকী অহানবা উপায় মহৈ য়াল্লে। উনদনবা ৱাফমসি করম তৌন নমথসিগে হায়বগী মরিদা ধারিণী রাণীনা কয়া যত্ন তৌখি। তৌইগুম্বস্সুং পূম্নমক তিল্লখরে। মহারাণী ধারিণী নিংব কাইরে। রঙ্গশালা শেমশাবা লোইখরে, উংপ শোইদনা ওইরগনি। ( শোইদন উংলরনি। ( প্রথম অঙ্ক লোইরে ) ।।*।

## দ্বিতীয় অঙ্ক ( অনিশুবা তাঙ্কক )

চহি অহন ওইরবা গণদাসবু অহানবদ উংননব মতম পীখরে। নিংথৌ, ধারিণী, কৌশিকী, বিদূষক অমস্সুং পরিজন ( অচৌঅশাং মিনাইমিশন ) পূম্ব ওয় তিল্লে। নিংথৌদি মাল- বিকাবু উনিংবনা পুক্নি' লৈচং লৈতাদ্রে। পর্দা ( য়ুখন ) কেক হায়দোকপদা মালবিকা ইচম চম্বা ফিজোন্না মাংথান চংশিল্লকই ( থুংলরে )। মহাক্কী নিংথিজব মতৌনা নিংথৌবু চঙক্লুহনখরে। অসি ফওবদা নিংথৌন খল্লকই। মতুদি—চিত্রদ লৈরিব মাল- বিকাদু ( অয়েকপ মালবিকাদু ) য়েকলিব মীশক্কুনা হৈশিংহনা ফজবনি তশেংব মালবিকাদি তুক ফজরমলোই। তৌইগুম্বস্সুং তশেংব মালবিকাবু উক্কুরগা নিংথৌনা হাগন্দা লেপখি মতুদি — মালবিকাসিগী নিংথিব মওং মতৌসি লাইয়েকপহনা মপুংমরৈ ফানা য়েকপ ওমখিদ্রেদনা, মসিদি অয়েকপদগীদি কেন্দোকনা ফজেনা ; জগোই হৌগংলকলে। শম্মিষ্ঠান পুথোকলক্ষ চতুষ্পদ সঙ্গীত পদ মরিগী ঈশৈ ) দা ভাব উত্তুনা মালবিকানা নিংথৌ ( অগ্নিমিত্র দা আত্মনিবেদন তৌজখরে। নিংথৌ মন্তন শুম- জিল্লবগুম লৈখরে, জগোই লোইরে। অনিশুবা ওঝা (হরদত্তগী) জগোই ঈশৈ মতুংদা অমুক উংপিরো, কৌজিক্কি চাবংথকপ

মতম য়ৌরে ( তোক্লসি পোথারসি ) হায়দ্না হুরদত্তবু তোক-হনখরে। মী অপুম্ব ( সভা পুম্ব ) চান থক্লবগীদমক হৌগং-হৌগত্ত্না চংনখরে। নিংথৌনা বিদূষকতা হায়—মরুপ তশেংনমক মসিদি ওম্থোক্ল ফজখরেদা। বিধাতান ফজব পোংশক শেম্বদা চংগদব মচাকশিংহু পুলপ্প মসিদ খোমজিনখরমালে। মহাক্ল ঐহাক্ল লোইনব ( তোংনব য়াব উপায়হু নহাক থিন্দনা পাংথোকউ। নিংথৌগী বিরহবেদনা ( কাইনচৈথে ) ন্নুমিং খুদিং হেনগংলকলে। মহাক মতম পুম্বদ মহাক্ল লোইননবগী মরিদা চিন্তা পোংলুম পুখরে। বিদূষক নিংথৌগী য়াথং মতুং ইন্না নিংথৌগী মওংহু বকুলাবলিদা থংহনখরে। মহাক মাল-বিকাগী সখীনি, মনুংহুঞ্জিন্ন চান্নবীনি। ( অনিশুব অঙ্ক (তাঙ্কক) লোইরে ) ।।*।।

## তৃতীয় অঙ্ক ( অহুমশুব তাঙ্কক )

অগ্নিমিত্রগী সনাকোন্নুংগী রাংমদা ইবেম্মশিংনা ন্নুংঙাইন শান্ননবা বন অম শেমহুনা লৈ মমিং প্রমদবন কৌই। মহুদা ধারিণী মহারাণীনা হোংনজহুনা মন'দমক সনা মচু মাল্লব মমিংনা তপনীয়াশোক কৌব অশোক পাম্বী অমা হৌরি। মহাক্ল মপান শাংননবা মখোং কারকপা ন্নুপীমচানা নূপুর শিরব মখোংনা কাউরমই। ধারিণী মখোঙ্ নারমই। মরমসিদগী মহাক্লা ( রাণীনা ) মালবিকাদা বাফমসি পন্দুনা থৌওংদগী-দমক থারমই থোদারমই )। অহিং মঙ্গানিগী মতুংদা অশোক পাম্বীসিন মপানশাংপ থোক্লবদি নংন নিংজবদ্ থুংহনবিগনি। মালবিকা মহাকী মতা বকুলাবলিকাগ লোইননা প্রমদবনদ থুংলরে। বকুলাবলিকানা মালবিকাগী মখোং অনিদা রং তৌবিরগা নূপুর শিজিনবিরে, অশোক পাম্বগী দোহদ মপুং

ফাখরে। মতমসিদা শুম শুম কোইরকপনা নিংথৌ মফমত্থুদা থ্ংলরে। নিংথৌনা মফমত্থুদ থ্ংলদ্রিঙৈগী মাংদা বকুলাবলিক না নিংথৌগী মপুক্লিংগী ৱাফম মালবিকাদা পনখরে। নিংথৌ মশামকক্তু মাগী অনুরাগহ ফোংদোকখরে। মহাক্লা বকুলাবলি-কাগা ৱারী শানরমই। মত্থুদগী নিংথৌনা মহাক্কী পুক্লিংগী ফিরেপ খংখরে। মখোয়না ইফোং ফোংবা ৱাহৈনা প্রেমভিক্ষা পিনরমই। নিংথৌনা মালবিকা অমসুং বকুলাবলিকা অনিগী ৱারী শানরিঙৈ তাঞ্জা সিংক্তা অতোপ্পা থবক অমগী-দমক নিংথৌবু থিদ্না লাকপনা রাণী অতোনবী ইরাবতী মফমদ্দাল কখি ( থুংখি । মহাক লাকপদা প্রণয়গী ৱারীদ্ থুপচিনখি। অদুগ থিন্দনা নিংথৌনা মহাকপু থিরকলিবী ইরাবতীদা হায়খি—দেবি ! ঐহাক নহাকপু থিব মফমসিদ লাক্লমলিবনি। অদুগা থিন্দনা নহাকপু ঙাইদুন লৈরম্লিবনি। তৌইগুম্বসুং নংনদি ইলাক মলাক্রুবদুদা মফমসিদা মখোয়গা ৱারী ৱাতাই শাদুনা পুক্লিং ফারম্লিবনি। নিংথৌগী ৱাফম-শিংদ্ ইরাবতীদা করিমতা মমি তারমদে। মহাক শাওবন লুতোন কাখিত্থুনা নিংথৌবু করিস্ত ওইদনা মফমত্থুদগী চংখরে। চঙ্গ্রিঙৈদা বকুলাবলিকাদসু নাকোং শাবা ৱাহৈ তাহল্লমই। ইরাবতীনা ৱাফমসি তরাই তরাইনা তোক্লিংলমদে। মহাক্লা ধারিণী রাণীসু ইরাবতীগী মরাহৈ ঙাকপীহনবগীদমক অকনবা থৌশিল তৌত্থুনা মালবিকা অমসুং বকুলাবলিকা অনিবু কৈশুম-শংদ থম্বগী ৱারক ( দণ্ড ) পীরমই। মখোয় অনিবু ঙাক-শেন্নবগীদমক ধারিণীনা মশানা থাজজব মনাইনুবী ( মাধবি-কাবু ) শংহল্লমই। মহাক্লা য়াথং পীখি—মদুদি ধারিণীগী মুহর উৎপা, নত্তনা বন্দী অনিত্থু থাদোকলোইদবনি। তৃতীয় অঙ্ক লোইরে ।।*।।

## চতুর্থ অঙ্ক ( মরিশুবা তাঙ্কক )

মালবিকা অমস্রুং বকুলাবলিকা অনিনা কৈশুমশংদা লৈখি-বদগী নিংথৌ অমুক্তোই রাথখরে। মহাক্কী অরাব অদুগা প্রার্থনাদগী পরব্রহ্ম ওইদুনা বিদূষক্কা উপায় অম খল্লে অদুগা মাদুগী মতুংইন্না নিংথৌবু ধারিণী দেবীগী নাক্তা মহাক্কী ঈ-পাও লৌননবা থাংখ্রে। অসোমদা বিদূষকনা লৌনম পরেং অমা শানরে। মহাক্কী মশামক্কী মথুক্তা লীননা চীকপা শাদুনা কেতকী তিংথংনা খেগাইরে। অদুগ লৌনমদুনা লীননা চীকপগী রাক্ষব ( লীন্ন ঢাকলে চীকলে হায়না ) লাউদুনা মীপুম খুদিং চিন্তা তৌহল্লে। মহাক্কা অসি শন্দোকলি, মদুদি—মহারাণী উনবদা কচ্চননবগীদমক ঐহাক লৈ হেকলুগে চংচবনি. অদুবু কালসপ' ( কালন ওইব লীননা ) চীকথোকখরে। রাণী অমুক-তোইন চিন্তা তৌখরে—ঐগী ইরমদ ওইনা ব্রাহ্মণসি লীন্ন চীকপসিনা শিখিব থোক্লবদি ব্রহ্মহত্যাগী পাউথোক্লবদু ইংকোক-থক্তা তারবনি। বিদূষকগী হুগী লাইনাদু মহুৎশিন্না অনা লোইব শারবা মীওই অমা নিংথৌ রাণী অমসুং কৌশিকী অসিনচিব মীয়াম তিল্লব দরবারদা থুংলরে। বিদূষকনা হু কেনগংলকপগী মওং অসি উংলরে পূম্নমক চিন্তা তৌনখরে। নিংথৌনা বিদূষক্কী হুগী লাইয়েংনবগীদমক মহাক্কী মাইব ধ্রুব-সিদ্ধিদা আজ্ঞা পীখরে, বিদূষক ধ্রুবসিদ্ধিগী নাক্ত চংখরে। ধ্রুবসিদ্ধিন মাগী হুগী লাইয়েংদা 'নাগমুদ্রা' অমা চংগনি হায়রে। থাইগী খোংদা মীশক অমনা ব্রাহ্মণ হিংব-শিবগী রা হংখি। কনা কনাগুম্বমতা করিমত্ত থন্নব নংখিদে। ধারিণী রাণীগী নাগমুদ্রা য়েকপ খুদোপ লৈ, রাণীনা খুদোপপু খুদক-তুমক্তদা জয়সেনদা পীরে। খুদোপপু হেক উবমক্তা বিদূষক্কী শাজিন্নব হু হেনগংপদু কোকখরে। মহাক্কা খুদোপপু উরুনা

মালবিকা অমসুং বকুলাবলিকাবু কৈশুমশংদগী নাপ্লোকহনখরে। মফমদুদা শংলিব মীশঙ্কুদা রাক্ষমসিস্থ পনখি। মাদুদি—দৈব খংব মীওইবশিংন নিংথৌগী কুণ্ডলী য়েংলগা ফাওখি মত্থদি—গ্রহশিং লৈফম ফত্তে. মরমসিন মসি শান্তি ওইননবা বন্দী পূম্ব লোইন থাদোকপিখো। রাণীনা তর্শেংন ইরাবতীগী মপুক ফাননবগীদমক মনাইমশন থাদুনা নিংথৌন থাদোক্লিবনি, থৌ-দোকসিদা রাণীনা মখুং থিঞ্জিল্লক্কুননবা হায়ন্থনা। মতুংদা সঙ্কেত তৌনবগী মতুংইন্না নিংথৌ বিদূষক মালবিকা অমসুং বকুলাবলিকা পূম্মনক সমুদ্রগৃহদা উনরে। নিংথৌ অমসুং মালবিকা অনিমক মশেন মশেন (মইহ মহে) পুক্লিং মকা লাম্না উনরে। মালবিকানা রাণীবু কীজদুনা মহাক্কা উনরিবদুগী অপনবা ওইবা রাক্ষম হঙ্গৎচদুনা নিংথৌদা আত্মনিবেদন তৌজখি। বিদূষক অমসুং বকুলাবলিকা নাকওইননা লোত্তুনা থুপ্পুনা লৈখরে। অসিগুম্ব প্রণয়লীলাসি চংথরে, মাদুদি মফমদুদা ইরাবতী থুংলরে। মহাক লোইননা মনাইনুবী নিপুনিকাস্থ য়াওরকই। সমুদ্রগৃহগী থোংদা ফম্ন ফম্ম বিদূষক মং মংঙমই। মাদুদি মালবিকা নিংথৌগী চান্নবী ওইরে। ইরাবতীদা লৈব নিংথৌগী প্রেমদু জয় তৌরে অসিনচিংবনা। নিপুনিকাদা হৈনদব ওইনা থোকখি। মহাক্কা মফমদুদ তারম্বা খোইত্রংনবা চৈতুপ অমা থাঙ্গৎতুনা বিদূষক্কা মথক্কা য়ৈরে (ফুরে) অহুদগী অমুক হন্না বিদূষকলানগা অকীব ফংখরে। নিংথৌ বিদূষক্কী অকাব খোল্লাওহনা মপান থোকখরে। মুশিং-বগী মথা পোঞ্জরবী মালবিকাস্থ মহাক্কী ভুং ওইনা লেপ্লমই, বকুলাবলিকাস্থ মফমদুদা লাকখি। ইরাবতীনা দৃশ্যসি উরগা তক্ষিংনা হৌগংলদুনা অমমম ওইনা মীপুম খুদিংদা অথিব রাহৈ তাহনখি। নিংথৌনা কয়া থেমজিনখি রাফম করিমত্ত লৈত্তে

মতুদি—কৈশুমশংদগী লানথোকচবতুদা তৌবিমন ফোংদোকচনিং-ঙুন। মফমসিদা ঐগী ইনাক্তা লাকচবনি হায়না। বকুলাবলি-কাগী মথক্তা ইরাবতীনা য়াম্না শাওরমই মরমদি ইরাবতীনা খল্লমই, থোক্লিব থৌদোকসিগী মরম বকুলাবলিকানি। বকুলা-বলিকানা খুমখি নি থৌফাওতবু চি লিবসিদবু ঐগী করি ইরান লৈ। পুম্নমক তোনতাদনা য়ুম্নীগুম ) লেপ্লখি, ইরাবতী অয়োবীদা শাওখি। নিংথৌনা মাগী মপুক ফাথব হোংনখি, তৌইগুম্বস্তুং মহাক্তা করিগী শাওরিবা। মহাক্তা ( ইরাবতীনা ) মনাইনুবীদা হায়খি, চংলগা রাফমসি রাণীদা হঙ্গংলু। মহাক মিচং শঙ্গন নাইরে হায়না ঐনা থাজরে, মাদুদি মহাক্তা খংন খংন মখোইশিংসি লোইননবা মহাকনা শিল্লিমাল্লে। ঈ-পাও-সিদগী পুম্নমক চিন্তাদা লুপখরে মরমদি—ধারিণীনা মসি ফংলগা শাওরবদি থবকসি য়ৈখাই থিনগাই লৈরনি। মতমসিদা সনা কোনুংদগী মীনাইনুবী অমা চেল্লক্লগা মফমতুদ লাক্তুনা পাউ তমখি। পিঙ্গল কোব য়োদনা কুমারী বসুলক্ষ্মীদু মিপাই থবাই কিহল্লে। মহাক স্বরমক থবেং থবেংনা হোনখরে। মহারাণীনা তম্পাক্তা পনদুনা ফাথহৌরি। তৌইগুম্বসুং মহাক হৌজিক জ্ঞান তাহৌদ্রি। নিংথৌনা তারগা হায়— চংলো ঐহাকনা জ্ঞান তাহনগনি। অশোমদা পাউসি শন্দোকখরে মদুদি—তপনিয়াশোকসি মপান শাংখরে। মালবিকাসু রাফম-সিদা অশাখরা তৌহনখি। বকুলাবলিকাসু হায়খি—দেবীদি হায়খিব রাফম হোংবিদবীনি, মহাকনা ইবুঙো ( রাজা ) গী নি বদু শোইদন থুংহনবিরক্কনি। ( মরিশুবা অঙ্ক লোইরে ) ॥*॥

## পঞ্চম অঙ্ক ( মঙাশুবা তাঙ্কক )

নিংথৌ অগ্নিমিত্রগী মফমদা বিদর্ভদগী পাউ থংহল্লকই। মদুদি— সৈনিকশিংনা যজ্ঞসেনবু মাইথিব পীরগা মাধবসেন

কৈশুমশংদগী লৌথোক্লগা লৈবাক তংখাই অমা মাগী শরুক ওইহনখরে ( লৈবাক তংখাই অমগী নিংথৌ খুভম থিন্দোকখরে )। বন্দাশিং অমসুং চারশিংনা মহারাজদা স্তুতি তৌজরি। নিংথৌ অমসুং বিদূষক অনিমক তপনীয়াশোকগী লৈশাঙুম্বা হেনগংলকপহ্ন মিংয়েং তাননবগীদমক প্রমদবনদ চংখরে। ধারিণী রাণীনা মালবিকাবু শেমশাবদ হৈশিংলবী কৌশিকীগী মতেংনা লুহোংবগী মতিকচারব ফিজেৎ লৈতেংনা ( পোংলোই শনপোৎন ) নিংথিন লৈতেংবিরগা মহাকপু পণ্ডিত কৌশিকী অমসুং মনাইমশনগা লোইননা পুরক্লগা প্রমদবনদা লৈরিবা নিংথৌবু উনখি। বিদূষকনা অসুমনা শেম শারকপসি উরগা নিংথৌদ হঙ্গংলি মহারাজগী সনা পুক্লিংদা মনাইহ্ন হৌজিক মপুং ফারগনি। মতমসিদা অগ্নিমিত্রগী মপাবু' পুরুমিত্র নুমিৎ কয়ানিমুক্তু অশ্বমেধ যজ্ঞগী দীক্ষা ফংহুনা লৈ ( অশ্বমেধ যজ্ঞ তৌহ্ননা লৈ ) দূত থাহ্ননা পত্র অম পুরকহল্লমই। পত্রহ্নদা রাফমসি খংহল্লকই মহ্নদি—কুমারবস্নমিত্রনা থারিব যজ্ঞগী শগোলদু ঙাকশেনবদা হ্নামনা থৌনাফবা উংলি। সমুদ্রমপান্দ শুম শুম চংখিবদ যবনগী তেঙ্গে ম্না শগোলহ্ন কোইশিনখরে। তৌইগুম্বসুং সুমিত্রনা লিরুং পাইদুনা পুমনমক্তু তানখাইরগা শগোল মুল্লক্তুনা য়েখাইথিনগাই অকাই অতোই লৈতনা যজ্ঞদু লোইশিনখরে। নহাক হৌজিক পরিবার লোইননা যজ্ঞসিদ য়াওক্লরাও।" মচানা মমাই পাকলে হায়ব পাউসি তাবদা রাণী হায়নিংঙাই লৈতনা হরাওখরে। মসিগী বাফমসি মতমদুদা কোন্নুং মন্নুংদা খংহনখরে। অদুগা অতোপ্প রাণীশিংনসু পাউমী মিনাইশিংদুদা মনা মখিন পীখি। মতুংদা ধারিণী রাণীনা নিংথৌদা হঙ্গংখি। আর্য্যপুত্রনা হুংঙাইব সনায়াথং তাহনবিং, অদুনা মনা-মথিন খর্রাস য়াবিগনি লৌবিগনি )। মতমসিদা মাধব-

সেননা অথেনপোং ওইনা থারকপী খুংশাইহৈবী নুপীমচা অনি-থক থুংলখি। নুপীমচা অনিদুনা মালবিকাবু উরগা অংকপা ফোংদোকখি। অদুগা পন্দনা মখোইনিগী মচীন্দগী খোঙ্গোকসি ওইখি (থোকখি, মদুদি—"মসিদি রাজকুমারীনি।" নুপীমচা অনিদু উরগা হান্নগা খংনখিব ওইবনা মালবিকা মমিত্তু মপী শিন্নখি। নুপীমচা অনিদ্রুসু মশক ওঙ্খ্রবী ওইদুনম্ম মখোন্দগী কৌশিকীবু খংখি। মসিদা ইংক ডুক্তুনা নিংথৌনা খংনিংবদু ফোংদোকখি। সনায়াথং মতুং ইন্না নুপীমচা খরনা অমম্তুং ইরোই লেইবদা কৌশিকীনা মালবিকাগী মবিমখোং লিখি; মহাক্না লাকপদগী হৌদুনা থোদোকপুম্ন চীথদনা তাইনখি। মাদুদগী মালবিকাসি রাজকুমারী নিংথৌ মজাইবেশ্ম) নি হায়বসি প্রমাণ তৌখি। পুমনমক অমুক্তোইনা নুংঙাইনৈ। তৌইগুম্বস্মুং মালবিকা চিন্তা তৌখি। মাদুদি—করিগুম্ব মসি থোক্লমদ্রবদি নিংথৌনা ঐহাকপু তরাম তরাম তৌরগা ইবুংঙোগী নাক্না থিল্লমগনি। অসে মদা ধারিণী রাণীনা কৌশিকীদা হংই। অদুক কৃইবা মতমসি নহাক্না মালবিকাগী পরিচয় পীদদুনা ঐহাক্না মহাকপু হন্দনা খনব ওইনা থে কহনখি মদুদি চুমবরা? রাফমসি খান খংন থুপচখিবনি। দেবি! তাবিয়ু মালবিকাগী মপাবুং হিংলিঙৈদা তীর্থ যাত্রা অমদা লাকপা সিদ্ধপুরুষ অমনা ফাওখি। মাদুদি—"মালবিকা চহি অম চুপ্পা মীনাইনুবী ওইরগা মহাক্না চানব নিপাগা লুহোংলক্কনি।" মফমসিদা দেবীদা আশ্রয় তৌজদুনা লৈব উরে, ইরাবাদনা মতম শুরে। মরমসিনা ঐহাক্না হৈশিঙ্গবনি। তৌইগুম্বসুং মতমদুদা ঐহাক্না রাফমসি ফোং-দোক্লুদুনা মফমসিদগী নহাক্না অতোপ্পদা ফংলম্ম তারবদি অফব ওইবয়োই। অসিগী তুংদা ধারিণী রাণীনা ইরাবতী মরা মপাও লৌরগা কৌশিকীদা হংলগা নিংথৌদ হঙ্গংখি।

আর্য্যপুত্রনা মথক্কা পঞ্জখিব সনা (খুদোন পোং) অদুদা মালবিকাবু লৌবিয়ুনে। নিংথৌন হায়—দেবীনা মসিদা নহাক্ক মানা দেবী হায়ব রাইহেসি পীনবরা অদুগা লাউথোক্লবা অদু ওইরবদি ঐহাক (নংগী) দেবীগী আজ্ঞসি য়ারে। (পঞ্চম অঙ্ক—মঙাশুব তাঙ্কক লোইরে) ॥*॥

# মালবিকাগ্নিমিত্রম্

'মালবিকাগ্নিমিত্রম্' কালিদাসনা লেংব লাইরিকশিংগী মনুংদা অমনি। মসি হ্নলক কাব্যদা নাটকনি। সংস্কৃত নাটক লক্ষণগী মচাক তবানিথোইনি, মসিমক্তা নাটককী লক্ষণ অসুম মওইরে।

"নাটকং খ্যাতবৃত্তং স্যাৎ পঞ্চসন্ধিসমন্বিতম্।
বিলাসর্দ্ধ্যাদিগুণবদ্ যুক্তং নানাবিভূতিভিঃ॥
সুখদুঃখসমুদ্ভূতি নানারস নিরন্তরম্।
পঞ্চাদিকা দশপরাস্তত্রাঙ্কাঃ পরিকীর্ত্তিতাঃ॥
প্রখ্যাতবংশো রাজর্ষি ধীরোদাত্তঃ প্রতাপবান্।
দিব্যোহথ দিব্যাদিব্যো বা গুণবান্ নায়কোমতঃ॥
এক এব ভবেদঙ্গী শৃঙ্গারো বীর এব বা।
অঙ্গমন্যে রসাঃ সর্ব্বে কার্য্যং নির্বহণেহদ্ভুতম্॥
চত্বারঃ পঞ্চবা মুখ্যাঃ কার্য্যব্যাপৃতপুরুষাঃ।
গোপুচ্ছাগ্রসমাগ্রন্তু বন্ধনং তস্য কীর্ত্তিতম্॥" সাঃ দঃ ৬/৬

১। নাটক রামায়ণনচিংব মহাকাব্যদা থেংনবা রারী রাংতাইগী ওইগদবনি (খ্যাতবৃত্তং)।

২। মুখ, প্রতিমুখ, গর্ভ বিমর্ষ অমসুং উপসংহৃতি (নির্বহণ) সন্ধি মঙাসি য়াওগনি (পঞ্চসন্ধিসমন্বিতং)।

৩। বিলাস অমসুং ঋদ্ধিনচিংব সন্ধিগী অঙ্গশিং লোইনগনি (বিলাসর্দ্ধ্যাদিগুণবৎ)।

৪। নায়ককী উদ্দেশ ওইব কার্য্যদা মতিক মগুণ লৈব মীওইনা সাহায্য পীগনি ( নানাবিভূতিভির্যুক্তম্ )।

৫। অরা-মুংঙাই থেনবগ লেইননা শৃঙ্গারনচিংব রস কয়া নত্তন য়াওগনি ( সুখদুঃখসমুদ্ভূতির্নানারসনিরন্তরম্ )।

৬। নাটকতা মঙানা হৌবা তরানা লোইব অঙ্কশিং লৈগনি ( নাটকতা য়ামদ্রবদা অঙ্ক মঙাদগী তাদম, যায়বদা অঙ্ক তরাদগী হেনদব ( পঞ্চাদিকা দশপরাস্তত্রাঙ্কাঃ পবিকীর্ত্তিতাঃ )।

৭। অফাওব মৈচংবা শাগৈদ পে কপা, ঋষিশিদ চেনগদব গুণ চেনব, মতিক মগুণ চাওবা ধর্ম্ম চেনবা নিংথৌ (লৈঙাকপনা) নায়ক ওইগনি। মহাক ধীরোদাত্ত ওইগনি। "ধীরোদাত্ত" অসি উপলক্ষণ ( মশামক খ হল্লগা অতোপ্পবুসু খংহনবি )। নায়কসি দিব্য ( লাই ) শ্রীকৃষ্ণনচিংবা দিব্যাদিব্য ( লাই ওইরবসু মীগুম্বা রামচন্দ্রনচিংবা অমসুং অদিব্য ( মীচম ওইগনি। প্রখ্যাতবংশো রাজর্ষি ধীরোদাত্তঃ প্রতাপবান্। দিব্যোহথ দিব্যাদিব্যো বা গুণবান্ নায়কোমতঃ )।

৮। নাটকতা শৃঙ্গাররস ওইরবসু নত্রগা বীর ওইরবসু মপুং ওইব রস অমখক্তম ওইগদবনি। মহাক্তু অঙ্গ ময়াম লোইনগনি ( একএব ভবদঙ্গী শৃঙ্গারো বীর এববা )।

৯। অতৈ রসশিং অঙ্গ ওইগনি ( অঙ্গমন্যে রসাঃ সর্ব্বে )।

১০। উপসংহার ( নির্বহণ ) সন্ধিদা অদ্ভুত থৌদোক ওইগনি ( কার্য্যং নির্বহণেহদ্ভুতম্ )।

১১। নায়ককী থবক তেংবাংবা মরুওইবা নিপা মরি নত্রগা মঙা লৈগনি ( চত্বার পঞ্চ বা মুখ্যা কার্য্যব্যাপৃতপুরুষাঃ )।

১২। নাটককী মখেং মন মমৈ চামরগুম্বা ( অঙ্ক অতেন অশাং ) নাইন লেঙ্গনি ( গোপুচ্ছাগ্রসমাগ্রন্তু বন্ধনং তস্য কীর্ত্তিতম্ )।

## মালবিকাগ্নিমিত্রে ( লক্ষো ) লমণসমন্বয়ঃ ।

( মালবিকাগ্নিমিত্র নাটকসিদা নাটককী লক্ষণ চাশিন্নবা ) মসিদা শরুক খরগীদং উৎলি ।

১। নাটকসিগী ৱারী খ্বাইন খংনরব ৱারীনি (খ্যাতবৃত্তনি)। ( লক্ষণগী মচাক খুদিংমকী ওইনা সমন্বয় তৌরোই, মরুওইব-শিংদ মতৌগনি, তৌদবশিংদু উক্নে। )

২। সন্ধি মঙাগী মনুংদা নির্বহণ সন্ধিতং উৎলি।

৩। নায়ক ( অগ্নিমিত্র ) গী শৃঙ্গারগী থবক্তা সাহায্য ওইরিব মীওই কয়া কয়া নাটকসিদা অহুম মউই।

৪। অৱা নুংঙাই থেংনবগ লোইননা শৃঙ্গারনচিংব রস কয়া নাটকসিদ তন্তন থেংনৈ।

৫। নাটক অসি অঙ্ক মঙানা শাবনি।

৬। বিম্বশাগৈগী সেনাপতি পুষ্পমিত্রগী মচা অগ্নিমিত্র নাটকসিগী নায়কনি। মহাক রাজর্ষি অমস্তুং ধাম্মিকনি, অদিব্য ( মীচমনি ), ধীরললিত নায়কনি।

৭। নাটকসিদা মপুঙওইবা রস শৃঙ্গারনি।

৮। নাটকসিদা অতোপ অতোপ্পা অঙ্গরসশিংস্ু মথেংনৈ।

৯। উপসংহার ( নির্বহণ ) সন্ধিদা অঙকপা থৌদোক মালবিকাবু নিংথৌ মচানুপীনি খংবা অমস্তুং অগ্নিমিত্র মহারাজদা মালবিকা দান তৌবা অসিগী মনুংদা অঙকপা থৌদোক কয়া কয়া উই। অসিপুম্ব নাটকসিগী ৫শুব অঙ্কদা ময়েকলানা উই।

১০। নায়ক অগ্নিমিত্র মহারাজগী শৃঙ্গারগী থবক্তা তেং বা বা মরুওইব নিপা মঙানি, আমাত্য ( বাহুক ), বিদূষক (গৌতম), কঞ্চুকী ( মৌদ্গল্য ) অমস্তুং নাট্যাচার্য্য অনি (গণদাস, হরদত্ত )।

১১। নাটকসিদা যণ মমৈ চামরগুম অঙ্ক অতেন-অশাং

ইয়ান য়াম্লে। ১।৩।৪শুব অঙ্কশিং শাংই ; ২ অমসুং ৫শুব অঙ্কনা তেল্লি। অঙ্কগী রাকম ( লক্ষণ ) পন্ত্রে।

**নাটক রচনাগী এম মতুংইন্না পূর্ব্বরঙ্গনচিংব উৎলি।**

"তত্র পূর্ব্বং পূর্ব্বরঙ্গঃ সভাপূজা ততঃ পরম্। কথনং কবিসংজ্ঞাদের্নাটকস্যাপ্যথামুখম্।" সা, দ, ৬/৯

১। পূর্ব্বরঙ্গ কৌবা মঙ্গলাচরণ। ২। সভাপূজা (স্তুতি-বাদ)। ৩। কবিগী মমিংনচিংব তাকপা। ৪। নাটককী মমিং তাকপা। ৫। আমুখ ( প্রস্তাবনা )।

মঙ্গলাচরণ ( পূর্ব্বরঙ্গ )—"যন্নাট্যবস্তুন পূর্ব্বং রঙ্গবিঘ্নোপ-শান্তয়ে। কুশীলবাঃ প্রকুর্ব্বন্তি পূর্ব্বরঙ্গঃ স উচ্যতে।"

সা, দ, ৬/১০

মাহুদি —"একৈশ্বর্য্যে স্থিতোঽপি প্রণতবাহুফলে যঃ স্বয়ং কৃত্তি বাসাঃ............ ..।"

শ্লোক অসিনা অহানবদা আশীর্বাদগী মশক ওইবা নান্দী ( মঙ্গলাচরণ তৌরি। মতুংদা পারিপর্শ্বিক ( অথন্নব নট অমা ) কৌথোক্লগা সূত্রধারনা হায়রকই।

সূত্রধারগী মশক :—"নাটকীয় কথা সূত্রং প্রথমং যেন সূচ্যতে। রঙ্গভূমিং সমাক্রম্য সূত্রধারঃ স উচ্যতে।"

নাটকসিদা সূত্রধারনা হেদোক্লিবা রাকমদি—"অভি-হিতোঽস্মি বিদ্বৎপরিষদা" কালিদাস গ্রথিতবস্তু মালবিকাগ্নিমিত্রং নাম নাটকমস্মিন্ বসন্তোৎসবে প্রযোক্তব্যমিতি। "তদারভ্যতাং সঙ্গীতকম্।"

পারিপার্শ্বিক। মহাকবি কালিদাসনা লেংবা মালবিকাগ্নি মিত্রং কৌবা নাটকতু বসন্তগী হরাও কুমৈ মতমসিদা শান্নৌ ( অভিনয় তৌনা উৎলু ) হায়না অথং অহে সভানা এঙোন্দা তাকপীরি। অহুনা ঈশৈ নোংমাই হেংগৎলো' হায়বা—

মচুংদা সূত্রধারনা—"পুরাণমিত্যেব ন সাধুসর্ব্বং নচাপি কাব্যং নবমিত্যবদ্যম্। সন্তঃ পরীক্ষ্যান্যতরদ্ভজন্তে মূঢ়ঃ পরপ্রত্যয়নেয়বুদ্ধিঃ ॥ ২ ॥

"কাব্য পুম্ব অরীব ওইবগীদা ফগদব নত্তে, অনৌবনি হায়না মাথোক্লুব চুমদে, অথং অহে কাংবুনা অফ ফত্ত য়েংলগা অম হেক্তা মরোই, অপংবদি মীগী বুদ্ধিনা মবুদ্ধিচু হোইবনি।" অসিনা কবি প্রশংসা তৌই। অস্মুম তৌনা মথং মথং ওইনা—

'শিরসা প্রথমগৃহীতামাজ্ঞামিচ্ছামি পরিষদ কর্ত্তুম্। দেব্যা ইব ধারিণ্যাঃ সেবাদক্ষঃ পরিজনোঽয়ম্' ॥ ৩ ॥

হান্নবা ইকোক থোংনা লৌজখ্রবা পরিষকী আজ্ঞা পাংথোকচগনি। সেবাদা হৈশিংলব ধারিণী রাণীগী মনাইগুম্না। অসি ফাওবনা সূত্রধার (স্থাপক না সংস্কৃতনা মপুং ওইব ভারতীবৃত্তিদ আশ্রয় তৌদুনা শ্লোকনা সভাপূজা তৌবা "মালবিকাগ্নিমিত্রম্" অসিনা নাটককী মমিং তাকপা, "কালিদাসগ্রথিতবস্তু" অসিনা পোংশকসি কালিদাস কবিগীনি হায়না কবিগী মমিং পনবা "অস্মিন্ বসন্তোৎসবে" অসিনা ঋতু বসন্তনি তাকপা প্রবর্ত্তক কৌব নাটককী প্রস্তাবনা তৌরি।

স্থাপক হায়বদি— পূর্ব্বরঙ্গং বিধায়ৈব সূত্রধারো নিবর্ত্ততে। প্রবিশ্য স্থাপকস্তদ্বৎ কাব্যমস্থাপয়েত্ততঃ। সা দ ৬/১২

ঋতু তাকপদি—রঙ্গং প্রসাদ্য মধুরৈঃ শ্লোকৈঃ কাব্যার্থসূচকৈঃ। রূপকস্য কবেরাখ্যাং গোত্রাদ্যাপি স কীর্ত্তয়েৎ। ঋতুঞ্চ কঞ্চিৎ প্রায়েণ ভারতীং বৃত্তিমাশ্রিতঃ॥ সাঃ দঃ ৬। ১৩

প্রবর্ত্তক হায়বদি— কালং প্রবৃত্তমাশ্রিত্য সূত্রধৃগ্ যত্র বর্ণয়েৎ। তদাশ্রয়শ্চ পাত্রস্য প্রবেশস্তৎ প্রবর্ত্তকম্॥ সাঃ দঃ ৬।২১

পাত্র পরিচয় তৌদ্রে। নাটকসিদা উংলিব বিষয়শিং—

নাটকসিদা রস শৃঙ্গারনি, হায়বদি রতিন স্থায়িভাব ওইব রসহু শৃঙ্গারনি, মসিনা মপুংনি, অতৈদি মশা ওাক্লি বিপ্রলম্ভ অমসুং সম্ভোগ শৃঙ্গার মখল অনিমক উংলি।

বিপ্রলম্ভ হায়বদি — যত্রতু রতিঃ প্রকৃষ্টা নাভীষ্টমুপৈতি বিপ্রলম্ভোঽসৌ ॥ সা: দ: ৩। ১৯০

শৃঙ্গারহুদা নায়ক-নায়িকা অনিগী রতি (অনুরাগ) হু অমুক্তোইন হেল্লবা তৌইগুম্বসুং অপাম্বদি ইথুং-থুংনদব রতিহু "বিপ্রলম্ভ" কৌই। বিপ্রলম্ভসিনা সম্ভোগকী মচু থোগংলি। মহুদি— ন বিনা বিপ্রলম্ভো সম্ভোগঃ পুষ্টিমশ্নুতে। কষায়িতে হি বস্ত্রাদৌ ভূয়ান্ রাগোবিবর্দ্ধতে ॥ উজ্জ্বলঃ ॥

সম্ভোগ হায়বদি—দর্শন স্পর্শনাদীনি নিষেবেতে বিলাসিনৌ। যত্রানুরক্তাবন্যোন্য সম্ভোগোঽয়মুদাহৃতঃ ॥ সা দ: ৩/২১২

মহৈ মহৈ অনুরাগ লৈনরহুনা ভোগসুখ পাম্নরব নায়িকা-নায়ক অনিহুনা রতিহু মকালাম্নকপদা উনবা শোক্লবনচিংব অনুভব তৌমিন্নবহু সম্ভোগ শৃঙ্গার কৌই। সম্ভোগ অমত্তনি, অতুবু চুম্বন অমসুং আলিঙ্গননচিংবা অনুভাব ময়াম ওইবনা মশীং থীঙম-দন য়ামই।

মাহুদসু মহাকবিনা বিপ্রলম্ভশৃঙ্গারবু মপুঙ্ ওইনা উংলি। সম্ভোগতি অতুক মপুঙ্ ফানা উক্তে বিপ্রলম্ভশৃঙ্গারদা—১। পূর্ব্বরাগ, ২। মান, ৩। প্রবাস অমসুং ৪। করুণবিপ্রলম্ভ (প্রেমবৈচিত্ত্য মখল মরিমক্তা বিপ্রলম্ভশিং থেংনৈ।

পূর্ব্বরাগ হায়বদি—শ্রবণাদ্দর্শনাদ্বাপি মিথঃ সংরূঢ়রাগয়োঃ। দশাবিশেষো যোঽপ্রাপ্তৌ পূর্ব্বরাগঃ স উচ্যতে ॥ সা: দ: ৩/১৯১

দূতনচিংবগী মচৌন্দগী তাক্লবদগী ওইরবসু চিত্রপটদা নল্লগা তশেংনা উক্লবদগী ওইরবসু মহৈ মহৈ অনুরাগ হেনগৎলক্লবা নায়িকা-নায়ক অনিগী ইফং ফংনদবদা ওইরিবা দশা খুদোং) অহু পূর্ব্বরাগ কৌই।

পূর্ব্বরাগদা—১। চিত্রদর্শন, ২। সাক্ষাদ্দর্শন, ৩। দূতীগী মচীন্দগী তাব (দূতীমুখশ্রবণ) মখল অহুমগী পূর্ব্বরাগ নাটকসিদা উৎলি।

সম্ভোগ শৃঙ্গারদা—(অ) সংক্ষিপ্ত (পূর্ব্বরাগগী মন্নুংদ ওইব) সম্ভোগ অসিমতং কবিনা উৎলি। (আ) সংকীর্ণ—(মানগী মতুংদা ওইবা) সম্ভোগ। (ই) সমৃদ্ধিমান্ (প্রবাসগী মতুংদা ওইবা) সম্ভোগ। ঈ) সম্পান্ন (করুণপ্রেমবৈচিত্ত্যগী মতুংদা ওইবা) সম্ভোগ। আ, ই অমস্তুং ঈ অহুমসিদি মক্নমসিদা উত্তে।

## বিভাব

লোকত ওইরিব নায়কনচিংবদ লৈরিব রতি-হাসনচিংবতু মকালামহল্লিব নায়িকানচিংবতু কাব্যনাট্যদা নিবেশ তৌরগা বিভাব কৌই। অমনা নায়িকানচিংবদ লৈবগী মফমদা নায়কনা চিংবতু ওইগনি।

"রত্যাদ্যুদ্বোধকা লোকে বিভাবা কাব্যনাট্যয়োঃ।" সাঃদঃ ৩/৩২

বিভাব মখল অনি শুই, মতুদি— আলম্বন অমস্তুং উদ্দীপন নি। অনিমকসি নাটকসিদা উৎলি। নায়কনচিংবশিংদা আশ্রয় তৌরগা রস মকালামথোরকপদগী নায়কনচিংবনা আলম্বন-বিভাবনি।

"আলম্বনং নায়কাদি স্তমালম্ব্য রসোদয়াৎ॥" সাঃ দঃ ৩/৩৪

(ক) নায়ক—অগ্নিমিত্র, (খ) নায়িকা—মালবিকা অমস্তুং (গ) প্রতি-নায়িকা— ধারিণী, ইরাবতী মখোইসি আলম্বন বিভাবনি।

থুম্মু হুনগৎলক্লব রসবু য়োকখৎলিবশিংতু উদ্দীপন বিভাব-নি। মখোইতুদি আলম্বন ওইরিব নায়ক-নায়িকাগী চেষ্টানচিংব,

ঙিজেং-লৈতেং ফাওবা, মফম, মতম, থা, চন্দন, কোকিল মখোন অমস্তুং খোইমুন ঙংবনচিংবা।

"উদ্দীপন বিভাবাস্তে রসমুদ্দীপয়ন্তি যে। আলম্বনস্য চেষ্টাদ্যা দেশকালাদয়স্তথা॥" সাঃ দঃ ৩/১৩৮/১৩৯

নায়ক—"ত্যাগী কৃতী কুলীন সুশ্রীক রূপযৌবনোৎসাহী। দক্ষোঽনুরক্ত লোকস্তেজো বৈদগ্ধ্যশীলবান্ নেতা॥ সাঃ দঃ ৩/৩৫

পাটলীপুত্রগী নিংথৌরেন বিশ্বশাগেগী সেনাপতি পুষ্প-মিত্রনা পোকপা অগ্নিমিত্র মহারাজ নাটকসিগী নায়কনি, মহাক বিদিশা লৈবাক্তা পাল্লমই। মহাক পীনহৈব থবক-থনাদ হৈ-শিংব, মৈচংব শাগৈদ পোকপা, বুদ্ধি-লৌশিং চাওবা, মশক মতৌ ফজবা, অতোপ্পা মীওইনা তাথি-তাওইনব খাঙমদব, শারেপ ফারব, থবক-থনাদ য়াংশিনবা মীযোক-মীচান ফব, খংগন-ফাগনব অমস্তুং লীচং-শাজং চুম্ব নায়কত লৈব ঙৌনব গুণ চেল্লি।

নায়ক ধীরললিত—"নিশ্চিন্তো মৃদুরনিশং কলাপরো ধীর-ললিতঃ স্যাৎ।" সাঃ দঃ ৩/৯৩

মন্ত্রীনচিংবদা ভারতপুম্ব শিন্নথোক্লগা নিঙাইদনা লৈংথোকপা, মহৌশা ইমেংদ মেংব অমস্তুং মতমপুম্বদ ভগোয় ইশৈনচিংব কয়াদ পুক্লিং লুপ্প নায়কতু ধীরললিত (নায়ক নি।

১। নিশ্চিন্ত ধীরললিত নিঙাইদব ধীরললিত—নাটকসিগী অহানব অঙ্ক মিশ্রবিষ্কম্ভকতা—( ততঃ প্রবিশ্যোকান্তস্থিতপরিজনো মান্ত্রণালেখ্যহস্তেনামাসা মংল্যো রাজা ) "মতুংদা নিংথৌ লেঙ-শিল্লকই, লোইন-থমইনশিংনা নাকল অমদ লৈ মথুক্ত পত্র পাইদুনা মান্ত্রনা তুং ওইরপ লেপই।" অসিদগী হৌরগা "মৌর্যা সচিবং বিমুঞ্চতি॥ ৭॥" অাস ফাওবনা মন্ত্রীন পত্র পাব লোইরব তুংদা, বিদর্ভ নিংথৌন পামালব্বু করিনো হংলগা,

অমুক হন্না পত্রগী মরোল তারব তুংদা ....রাজা ( সরোষং ) কথং কার্য্য.... দণ্ডচক্র মজ্ঞাপয় ।" অসি ফাওবনা বিদর্ভ নিংথৌ মক্ষফংন মাংননব সেনাপতি বীরসেননুচিংব সন্যশিংদ আজ্ঞা পীখো। পৃঃ ২১ প ৯—পৃঃ ২৪ পং ৩। অসি ফাওবনা য়াথং পীথোক্লগা নিঙাইদন লৈথোকই। অদুগা অদুমগুব অঙ্কদা ইরাবতীনা মনাই বাহুদা খুদোনপোং কংহল্লদুনা দোল তোংন-বগী হক্কংলকপ মতাংদা নিংথৌনা বিদূষককা লোইননা প্রমদবন য়েরিব ফাওবদা মাহুদা করিমত্ত নাচুংদব রাফম কয়া কয়া উংলি।

২ মৃদুধীরললিত ( মহৌশান ইমেংদমেংবা ) অহানবা অঙ্কদা বকুলাবলিকা অমসুং কৌমুদিকা অনিগী রাহং পাওখুম মতাংদা লোংমা মহারাণী ধারিণীনা মনাই-মশনগা লোইননা শিল্পশালা ( লাইয়েক-শং ) দা লেংশিন্দুনা মচুমমেন থারিবা অয়েকপাশিংদ, য়েংলিংউদা মহারাজ লেংশিল্লক্লুনা মহারাণীগী অ সনগা মান্নদা ( নক্লন ) থারিবা আসন্দা লেংশিন্দুনা অয়েকপ-শিংদু মিংয়েং তবদা মহারাণীগী নাক্তা য়েক্লিবী মালবিকাবু উরুবগা রাজা—"অপূর্ব্বেয়ং দারিকা দেব্যা আসন্না সা লিখিতা কিন্নামধেয়েতি।" ( পৃঃ ২ প ৮ ) অসিনা মালবিকাগী মমিং হংবদা মহারাণীনা খুমখিদে, অমুকসু হংই খুমখিদে, লৈরিবা পুররাণীগী মমাই য়েংদুনা কনামত্ত খুমখিদে। মতাংসিদা নিংথৌনা ঐগুম্বন হংবদবু খুমদে হায়দুনা শাওব য়ারবনি ( রাণীবু তথি তথি তৌব য়ারবনি ) অদুবু মৃদুস্বভাব ওইবনা করিমত্ত শাওখিদে। অদুগা নিংথৌনা থংনিংলিবদুসু অচাং ওইরিবী মজাইবেম্মা চমূলক্ষ্মীনা ইচম চমনা 'মালবিকা' কৌই খুম্লক্লুনা অদুম মথংখি। অদুগা অনিশুবা অঙ্কদা বিদূষকনা 'অথবা পণ্ডিতসংতান পচ্চআণং মূঢা জাদী—অর্থদি অথদুক্ অহৈশিংনা ফরে হায়বদুনা ঐখোয়গীসু অফবা ওইগনি।' অসিন

হৌরগ মনা পীগদবগীদমক মহারাজগী খুজী শুক্তোকপ মতাংদা মগাবাণীনা টিষ্ঠদাব (তিষ্ঠ তাবৎ) গুণান্তরং মজানস্তো কিং নিমিত্তং আক্রবণম্ দেসি। (পৃ ৭২, পং ৩—৭৩ পং ২) অসিনা খামখি। থোদোকসিদা নিংথৌনা পুক্নিং হুমলিবগ হায়করবদি তাকপি-রকপ য়াব রাক্ষম কয়া কয়া লৈবনি অদুবু রাণী মরাহৈদু কবিমত্তা য়ৈথংখিদে। অসিনসু অগ্নিমিত্র মহারাজ মৃদুস্বভাব ওইবা নায়কনি তাকই।

৩। অনিশং কলাপবধীরললিত (মতম পুম্বদা জগোই ইশৈনচিংব কলাদ পুক্নিং লুপ্পা)। অগ্নিমিত্র মহারাজ জগোই ইশৈনচিংব কলাবিদ্যাদা মপুক্নিং চংব নিংথৌ অমা ওইবনা জগোই তক্ষম শং লৌংদুনা ওবা অহৈ অংহব থম্লগা গুমিং খুদিং নুপীমচাশিং জগোই ইশৈ তমহল্লি, নিংথৌনা কলাবিদ্যদা কয়ামকম পাম্নগে হায়বদা মীতোপ (নুপীমচাশিং) তনহনব্দ নত্তনা মহাক্কা রাণী অনিশুবী (য়াক্ষমা) ইরাবতী ফাওববু জগোই ইশিনচিংব তমহল্লি। বাক্ষমসি অহানব অঙ্কদা—"বকুলাবলিকনা গুরু 'গণদাস' গা শালবিকাসিবু জগোই ইশৈদা নারাইবী তথ য়াগদবাবা হায়না মহারাণীগী য়াথং ওইনা চংবদা গণদাসনা মালবিকা ফাগনবী কাউগন্দবী নুপীমচানি, মাগী মপাল্লা ঐহাক ফাওব হেনগদৌরি।" হায়ব পাউখুমসি তারব ত্তু দা বকুলাবলিকা। আত্মগত অদিকমন্ত্রী কিম হয়াবদিং পেকু যামি অর্থদি— মহাক্কা ইরাবতীবু হেনবদি মক্লেনথার বোইরে। (পৃ ১৭, প ৮) অসিনা ইরাবতী জগোই ইশৈ তস্বিনী তাকই। অসিদ নত্তনা নিংথৌনা পামজব ওইবনা অতোপ্প মকমদগা অতোপ্প মীশক্কা কলাবিদ্যা হৈবা নুপীমচাশিং খুদোন ওইনা পীরকখি। বাক্ষমসি মত্তাঙবা অঙ্কদা— মাগী মখা পোনগ্রবা বিদভ নিংথৌ যজ্ঞসেননা কলাবিদ্যাদা হৈশিংবা

মুপী মচা ( মদনিকা, জ্যোৎস্নিকা ) অনিখক খুদোনপোং ওইনা থারকপগী রাকম মন্ত্রীনা হঙ্গৎলকপ ওইনা কঞ্চুকীগী রাকম অমনা পল্লি। কঞ্চুকী-বিজয়তাং দেব! অমাত্যা বিজ্ঞাপয়তি বিদর্ভ বিষয়োপায়নে দ্বে শিল্পকারিকে মার্গপরিশ্রমাদলঘুশরীরে ইতি পূর্ব্বং ন প্রবেশিতে সম্প্রতি দেবোপস্থানযোগ্যে সংবৃত্তে। তদজ্ঞাং দেবো দাতুমর্হতীতি। কঞ্চুকী-মহারাজগী জয়। মহারাজ। ( পৃ ২১০ সঃ ৩ ) অসিনসু অগ্নিমিত্র মহারাজ কলাপ্রিয়নি তাকই।

৪। অনুকূল ধীরললিত ( নায়িকাগী মফমদা ফোরোইনব ধীরললিত )। নায়ক অগ্নিমিত্র মহারাজসি নায়িকা মালবিকাগী মফমদা অনুকূল ধীরললিত নায়কনি। রাকমসি নাটকসিগী অহানব অঙ্কদগী হৌহনা মংাশুব ( অরোইবা ) অঙ্ক লোইব ফাওবদা থেংনরিবা অসিগী থৌদোক খুদিংদা নিংথৌনা মালবিকাগী মফমদা গাঢ় অনুরাগ লৈবগী থৌদোক ভাক্ত ওইব রাকমসি কবিনা উৎলি। অদুনা অগ্নিমিত্র মহারাজ মালবিকাগী মফমদা অনুকূল ধীরললিত নায়কনি।

## নায়িকা

নায়িকা ( Heroine ) "অথ নায়িকা ত্রিবিধা স্বান্যা সাধারণী স্ত্রীতি। নায়কসামান্য গুণৈর্ভবতি যথাসম্ভবৈ যুক্তা॥" সা দঃ ৩/৬৮ স্বস্ত্রী। স্বকীয়া, অন্যস্ত্রী ( পরকীয়া )—"পরকীয়া দ্বিধা প্রোক্তা পরোঢা কন্যকা তথা।" অমসুং সাধারণী অস্ত্রী নায়িকাগী মখল অহুম শুই। অহুমসিগী মনুংদা স্বস্ত্রী (স্বকীয়া) অসিমতং নাটকসিদা উৎলি। অতোপ্পা অনিহুগী রাকম পন্দে অদুগা স্বকীয়া নায়কাসি মুগ্ধা, মধ্যা অমসুং প্রগল্ভা হায়না অমুক অহুমথোক্লা থাইদোকই।

নায়িকা মালবিকা ; প্রতিনায়িকা—ধারিণী অমস্থং ইরাবতী অহুম্মক স্বকীয়ানি।

নায়িকা—( মালবিকা ) কুলীনা ( মৈচৎব শাগৈদা পোকপী ) বিদর্ভ লৈবাক্কী মাধবসেনগী মচন্নুপী নিংথৌগী মচান্নুপীনি অহুনা কৌলীন ওইবী হায়বদি মৈচংব শাগৈদা পোকপীনি। রাফমসি নাটকসিগী অহানব অঙ্কদা নাট্যগুরু গণদাসনা মালবিকাগী পরিচয় ( হৌরক-শাংলকফম ) হংবদা বকুলাবলিকানা খুম্নকপ ত্তারগা গণদাস ( আত্মগতম্ আকৃতিবিশেষপ্রত্যয়াদেবামন্যান বস্তুকীং ষংভাবয়ামি—গণদাস ( মান্নবা মসি……( পৃঃ ১৯, পং ২/৬'১৫ , অসিনা, অহুগা মঙাশুবা অঙ্কদা বিদর্ভ নিংথৌনা অগ্নিমিত্র মহারাজদা খুদোল ওইনা থারকপী কলাবিদ্যাদা হৈ-শিবী মদনিকা অমস্থং জ্যোৎস্নিকা অনিনা বিদিশা য়ৌরক্লবদা মহারাণী য়াওনা খ্বাইতিনবা নিংথৌগী সভাদা মালবিকাবু উরগা “উভে ( মালবিকাং দৃষ্ট্বা অহো ভর্ত্তৃদারিকা। জয়তু জয়তু ভর্ত্তৃদারিকা। ইতি প্রণম্য তয়া সহ বাষ্পং বিমুঞ্চতঃ। হায়মাঃ রাজকুমারী……( পৃঃ ২১২,৮/৭৯ ৯ ) মালবিকাবু খুক্নম্নগা কপ-মিন্নখি।” অসিনা হৌতুনা মাগী হৌরক-শাংলকফম পরিব্রা-জিকানা মখা ত্তানা লিথখি। মসিনস্থু মালবিকা মৈচংবা শাগৈনি নিংথৌ মচ ন্নুপীনি ত্তাকই। অহুনা মালবিকা মৈচংব শাগৈদা পোকপীনি। রাফমসি লাইরিকসিগী মঙাশুব অঙ্কদা ( প্রবিশ্য ) কঞ্চুকী—পৃঃ ২১০,২/৭৮,৬ ত্তগী হৌরগা পৃঃ ১২০,৬/৮২,১১ মাসি ফাওবদা কবিসনা ময়েকলানা চংলি।

মালবিকা শক চু হেনবী মত্তৌলবা, নাটকসিগী অনিশুবা অঙ্কদা জগোই শাগদবগী চংলকলবী মালবিকাবু উরগা “রাজা ( আত্মগতং ) অহো সর্ব্বস্থানানবদ্যতা রূপবিশেষস্যাঃ তথাহি—দীর্ঘাক্ষং শরদিন্দু কান্তি বদনং বাহূ লতাবংসয়োঃ……” ৩ শ্লোক

পৃঃ ৫৯, পঃ ৩—নিংথৌনা মথন্তা ওস্থোক্লম্ন ফজেদা শকফমসে করিগুম্বমতা হেক মাথোকনিঙাই লৈতেদা। মতুদি— শাংভক ত্তোন ছুইথরকপা...... ৩ পৃঃ ২১, পঃ ২২ ) অসিনা মালবিকা শক চু হেনবী মতৌলৈবীনি তাকই।

মালবিকা মথোংকোরকপী—মথক্তা পনগ্রিবা অনিগুব অঙ্গী ৩শুবা শ্লোকসিমক্তা মথোংকোরকপী শারেপ তাল্লকপীনি তাকই।

মালবিকা থ্বাইনা চানবীনি। মতাংসিমক্তদা মাগী জগোই য়েংলিব ঈশৈ তারিব মী খুদিংমক্তা মাগী থৌওং কুম্মৈ মতাহুনা ইপেন পেন্নহুনা মাবু ইচান্দ মচাল্লি।

মালবিকা খংগন-ফাগনবী ( অভিজ্ঞাবতী ) নাটকসিগী অহানব অঙ্কদা বকুলাবলিকানা মহারাণীনা হংজরকপা ওইনা গুরুদা মালবিকাসিবু গুরুন তাকপি-তাকপিবহু নাল্লাইব ওমজ-রিবরা হংবদা "গণদাস— ভদ্রে ! বিজ্ঞাপ্যতাং দেবী পরমনিপুনা মেধাবতী চেতি কিংবহুনা যদ্‌ যং প্রয়োগবিষয়ে"—ইবেম্ম মহা-রাণীদ হঙ্গংলু ..... পৃঃ ২৭,৪/৫,২২ অসিনা অভিজ্ঞতা লৈবী খংগন-ফাগনবী তাকপী-তিকপীবদা নাল্লাইবী মুপীমচানি তাকই।

মালবিকা লীচং-শাজং ফজবী লমহেন্দবী ( শীলবতী ) রাফমসি নাটকসিগী অহানব অঙ্কদা কৌমুদিকা বকুলাবলিকা অসিগী রাহং পাউরিনব মতাংদা লাইয়েকশংদা নিংথৌনা মাবু উরবা হাক্তক্তগী মহারাণী ধারিণীনা শিন্দুনা "বকুলা কিমন্যং ! সাম্প্রতং মালবিকা সবিশেষং ভর্ত্তুরদর্শনপথাদ্রক্ষ্যতে।" পৃ ১৩,৮ বকুলা—করি ত্তৌনি হৌজিক মালবিকা...... ৪,১৯। অসিনা, অহুগা ৪শুব অঙ্কদা বিদূষকনা নিংথৌদ তম্ব মতাং অন্দা "বিদূষক— কথং ভবিষ্যতি যৎ সারভাণ্ড .. " পৃঃ ২৪২,৩/ ২৪৩,৫/৫৩,১০/৫৩,১৯ অসিদা মালবিকাবু মতাগ লোইননা য়োংহিং চন্নুনা পাত্তালদ থমগুম্মি। থৌদোকসিনকসিদা মালবিকা

করিমত্ত হে হায় তোংদন ময়াথং ঙাকক্ষম থোকপ অতুম মঙাকখি। অসিনস্থ মালবিকা শীলবতী (লমহেনতুহেন্দবীনি) অতুম মতাকই। মালবিকা শৃঙ্গারগী আলম্বন (বিভাব) ওইরিবী মুখ্যনায়িকা মালবিকা (স্বকীয়া) নি। মালবিকানা ওইরিব স্বীয়া (স্বকীয়া) গী মওং— মালবিকা কন্যানি. অতুনা পরকীয়া নায়িকানি, অতুম ওইনমক কবিন উংলিবা মালবিকান ওইরিবী অগ্নিমিত্রগী স্বীয়া (স্বকীয়া) সি রুক্মিনীনা শ্রীকৃষ্ণদা কন্যা ওইরিঙৈদগী হৌতুনা অনুরাগ লৈজরকপনা অকাইব ওইব য়াব থোদোক কয়া থোকখ্র বস্থ মমৈথংদ শ্রীকৃষ্ণদ বিবাহ লাংতুনা রুক্মিনী শ্রীকৃষ্ণগী স্বস্ত্রী (স্বকীয়া) প্রিয়া ওই। অতুগুম্না মালবিকা অগ্নিমিত্রদা ৪শুবা অঙ্কদা 'দুর্লভঃ প্রিয়োমে অস্মিন্ ভব হৃদয়নিবাশমতো অপাঙ্গোমে পরিস্ফুরতি কিমিবাথঃ। এষ স চিরদৃষ্ট. কথং পুনরুপনেতব্যো নাথ মাং পরাধীনাং ত্বয়ি পরিগণয় সতৃষ্ণাম্।' (শ্লোক ৪) অসিনচিংদুনা অনুরাগ লৈজরকপনা তুংদা থোদোক কয়াগী মতুংদা অগ্নিমিত্রদা বিবাহ লাংই। অদুনা মালবিকা অগ্নিমিত্রগী স্বস্ত্রী (স্বকীয়া) ওইবী নায়িকানি। রাক্ষসি নাটকসিগী অঙ্ক অনিদগী মরি ২—৪) ফাওবগী মনুংদা উংলিব থোদোক-শি সিদা অদুম মতাকচৈ। অমতৌনা মালবিকা অগ্নিমিত্রদা অনুরাগ লৈজরকপনা নিংথৌনম্থ মঙোন্দ অনুরাগ লৈবনা মমৈ-থংদা ধাবিণী মহারাণীনা মাবু পাইদুনা পুশিল্লগা অগ্নিমিত্র মহারাজদা লেংশিনবিরো হায়না শিন্নে, রাক্ষসি নাটকসিগী মঙাশুব অঙ্কদা (মালবিকামবগুণ্ঠনবতী কৃত্বা) আর্যপুত্র! ইদানীমিমা প্রতীচ্ছতু। পৃ. ২৩৫,৮—মালবিকাবু মমাই খুম্নারগা আর্যপুত্র। মসিবু লৌশিনবিরো পৃঃ ৮৮.৮ অসিন কংখি— অদুগা নিংথৌনম্থ ত্বচ্ছাসনাৎ প্রবৃত্তা এব বয়ম্ (অপবার্য্য) হস্ত প্রতিগৃহীতা। পঃ ২৩৫,৮০ (দেবী ঐ নয়াথংগী মখাপোল্লে

( লংনরগা ) ওস্তোকপনি ! লৌবদ মতাগ্রবা, লৌরে (পৃঃ ৮৮,৯) অসিনা অগ্নিমিত্রনা লৌখি। মতুংদা মনাই মশন পুম্বনা মাল বিকাবু "রাণীগী জয়" হায়না লাউখি। অদুনা মালবিকা অগ্নি· মিত্রগী স্বস্ত্রী ( স্বকীয়া নি।

মালবিকা মুগ্ধা নায়িকানি। "মুগ্ধা—প্রথমাবতীর্ণ যৌবন· মদনবিকারা রতৌ বামা। কথিতা মৃদুশ্চ মানে সমধিকলজ্জাবতী মুগ্ধা॥" সাঃ দঃ ৩,৭৩। অভিনব বিবশিতয়ৌবনমদ· বিকার মৃদুর্মানে। বার্ত্তায়ামপি সুরতে, পরাঙ্মুখী সত্রপা মুগ্ধা॥ অ ., কো ৫,৩৪॥ মুগ্ধা ( ঈরাংনচিংবগী থুম্মু হুংগংলক্লবা নায়িক শিংদু মুগ্ধা কৌই )। মুগ্ধাদা ওইগদবা মওং—

১। শারেপতানবা হৌরকপী।

২। নৌহৌননা ঈরাংগী মওং ফোংলকপী।

৩। শাওরব ফাওবদ ইথোংত মথেংপী ইমেংদ মমেংবী।

৪। ঈরাং থোরম ( রতি গী মরিদ মওংদ পনবদজ মমাই লৈথোকপী।

৫। ইকাই শিংগোইনবন মতারোই ওইজবী ইকাইথিজবী।

মালবিকা শারেপতানবী হৌরকপী শকহৈনবী অসিদ পন-খ্রিবা। উংলিবা। "দীর্ঘাক্ষং" অসিনক্লা মালবিকা শারেপ তানব হৌরকপীনি হায়ব তদুম মতাকই।

মালবিকা নৌহৌননা ঈরাংগী মওং ফোংলকপী নাটকসিগী অনিশুব অঙ্কদা মালবিকা ( উপগানং কৃত্বা চতুষ্পদবস্তু গায়তি ) দুল্লহে পিও—দুল্লভ প্রিয়োমে তস্মিন্ ভব হৃদয় ····· ৪ শ্লোক ·········নুংশিদব উত্তমজদে হে থম্মোয় নহাক্লা ৪। শ্লোকসিনা মালবিকা নৌহৌননা ঈরাংগী মওং ফোংদোকপীনি তাকই।

শাওরব ফাওবদ ইথোংত মথোংপী, নাটকসিগী ৪শুব অঙ্কদা মালবিকা ( সোপালম্ভক ) সো ণ ভাঅদি ( সোনবিভোত

স ময়া ভট্টিনী দর্শনে দৃষ্টসামর্থো ভর্ত্তা ) ভথি ২ হায়দুনা কিগনব ইবুংঙো। ····পৃঃ ১৭৪,৬/৮৫,৭। অসিনা শাওদুনা নিংথৌদা হায়বনি তু'দা নিংথৌনা খেমজিল্লব ফাওবদা করিস্মু তৌরমদনঃ থোকচখি করিমত্ত পা থোকচব ঙমজখিদে। অসিনা শাওরব ফাওবদা মালবিকা ইথোংত্ত থোংপীনি তাকই।

মালবিকা ঈরাং থৌরমগী মবিদা মমাই লৈথোকপী, মরিশুবা অঙ্কদা রাজা—দাক্ষিণ্যং নাম বিম্বোষ্ঠি। বৈম্বিকানাং কুলব্রতম্ ·······১৪ শ্লোক—চীনবান তয়ানমানবীও!········। অসিদগী হস্তং কম্পয়তে রুণদ্ধি রসনা ব্যাপারলোলাঙ্গুলী ১৫ শ্লোক—ঐনা নমদুনা কেনগে । অসি ফাওবনা মালবিকা ঈরাং থৌরম ( রতি ) গী মরিদা মওংদা পনবমক্তদা মমাই লৈথোকপীনি তাকই।

মালবিকা ইকাইশিঙ্গোইনবনা মতারোই ওইবী (ইকাইথিবী, অহুমশুব অঙ্কদা মালবিকা—অবিস্নাদহি ( অবিজ্ঞাত হৃদয়ং ভর্ত্তারমভিলষন্ত্যাত্মনোঽপি তাবল্লজ্জে।·····পৃঃ ৯৫,৪ মহারাজগী পুক্লিংদি খঙদনা মঙোন্দা আশা তৌজরুদনা ইশা ইখন্না ইকাইজরি········পৃঃ ৩৫,১৫ অসিনা মালবিকা ইকাইথিবীনি তাকই।

নাটকসিদা মপুঙওইব রস শৃঙ্গার রস (ক) নি। করি করিগুম্ব রস অতৈস্মু ময়াওই। শৃঙ্গারত্নদস্মু মহাকবিনা বিপ্রলম্ভ (খ)

---

(ক) শৃঙ্গার :—( রতিন স্থায়ীভাব ওইব রসতু শৃঙ্গারনি।
(খ) বিপ্রলম্ভ : যত্রতু রতিঃপ্রকৃষ্টা নাভীষ্টমুপৈতি বিপ্রলম্ভোঽসৌ ॥ সা, দ, ৩,১৯

শৃঙ্গারত্নদা নায়ক-নায়িকা অনিগী রতি ( অনুরাগ ) দু অমুক্তোইন হেল্লব তৌংগুম্বস্নং অপাম্বদি ইথুং থুংনদব অদুবু বিপ্রলম্ভ কৌই। বিপ্রলম্ভসি সংভোগ হেনগংনবগী কারণনি মাহুদি—ন বিনা বিপ্রলম্ভেন সংভোগঃ পুষ্টিমশ্নুতে। কষায়িতে হি বস্ত্রাদৌ ভূয়ান্ রাগো বিবর্দ্ধতে ॥ উজ্জলঃ।

শৃঙ্গারবু মপূং ওইন উংলি। সংভোগদি গ) অতুক মপুংফান উত্তে। বিপ্রলম্ভদা পূর্ব্বরাগ ঘ) মান প্রবাস অমসুং করুণ-বিপ্রলম্ভ ( প্রেমবৈচিত্ত্য মরি অসিমক উই থেংনৈ ।

১। পূর্ব্বরাগ (খ) বিপ্রলম্ভঃ ( চিত্রদর্শন )

নায়ক অগ্নিমিত্র মহারাজনা মালবিকাবু লাইয়েকশংদা মহারাণী ধারিণীগী নাক্তা নকুন য়েক্লুনা লৈরম্বদুদ উখি মসি চিত্রদর্শন পূর্ব্বরাগনি। রাফমসি নাটকসিগী অহানবা অঙ্কদা বকুলিকা—( উপচারানন্তরং ····২১২ পঃ ২। পৃঃ ৪ পঃ ৬ ) অসিনা তাকলি। নায়িকা মালবিকাসু সমুদ্রগৃহদা অগ্নিমিত্রগী অয়েকপ মূর্ত্তি উখি মসি চিত্রদর্শননি, রাফমসি নাটকসিগী ৪শুব অঙ্কদা মফম কয়াদা পল্লি।

পূর্ব্বরাগ সাক্ষাদ্দর্শন ( তশেংন উবা )

মালবিকানা জগোই ঈশৈগীদমক থোরকপদ মহাকপু মহা-রাজনা তশেংন উখি মসি সাক্ষাদ্দর্শন পূর্ব্বরাগনি ; রাফমসি নাটকসিগী ২শুব অঙ্কদা "রাজা আত্মগতম্ ) অহো সর্ব্বস্থানা নবদ্যত্তা" শ্লোক ৩, পৃঃ ৫৯, পঃ ৩/২১/২০ অদুগা মতাং

---

(গ) সংভোগ :—দর্শন স্পর্শনাদীনি নিসেবেতে বিলাসিনৌ।
যত্রানুরক্তাবন্যোন্যং সংভোগোহয়মুদাহৃতঃ ॥
সাঃ দঃ ৩,২১২

মহৈ মহৈ অনুরাগ লৈনরদুনা ভোগসুখ পাম্নরব নায়িকা নায়ক অনিদুনা অদুগ্গ রতিহ্ ওইরবদা মহৈ মহৈ উনব শোক্লবনচি ববু অনুভব তৌমিন্নরববু সংভোগ শৃঙ্গার কৌই।

ঘ পূর্ব্বরাগ :—শ্রবণাদ্দর্শনাদ্বাপি মিথঃ সংরূঢ়রাগয়োঃ।
দশাবিশেষো যোহপ্রাপ্তৌ পূর্ব্বরাগঃ স উচ্যতে ॥
সাঃ দঃ ৩,১৯১

অমদা "রাজা (আত্মগতম্) উপাস্তসারশ্চক্ষুষা মে স্ববিষয়ঃ" শ্লোক ০ পৃ: ৭৮,৯/২৫,৯ অসিনা উইল্লি। অদুগা মালবিকাগী নিংথৌনা চিত্রদা মহাকপু উরগা মহাক্তবু অথংনা "কেয়ং দারিকা" ....অসিনা মহাক্তগী মমি হংখিবসিনা মহাকুম্ম নিংথৌবু য়েংব মশান তাবনি। মরমসিনা খুদক্তুদা মহারাণী ধারিণীনা অনিগী মওংদু উদুনা ইকুইকুইদনা মালবিকা থৈদোক-পিবগী রাফম অহানব অদা বকুলাবলিকানা—কিমন্যং পৃ: ৩/৭/৪,৯। অসিদ নত্তুনা অনিশুব অদা রাগগ চুনন। ঈশৈ শকপ মতাংদা ঈশৈদুমক্তা ৪ শ্লোকসিনা মমাংদা উজথ্রে হায়বসি পল্লি। মাসি সাক্ষাদ্দর্শননি।

পূর্ব্বরাগ— দূতীগী মচান্দগী ঈ-পাও তাবনচিংবদগী ওইবা। রাফমসি নায়ক-নায়িকা অনিমক্তা ওইনা বিদূষক অমসুং বকুলাবলিকানচিংবগী মচান্দগী মহৈ-মহৈ ঈ পাও শ নত্তুনা ওইব রাফম কয়া কয়া নাটকসিগী অনিশুব অমসুং অহুমশুব অঙ্কদা মহাকবিন উইল্লি।

২। মান (ক) বিপ্রলম্ভঃ

(অনুরাগদি লৈরগা শাওবহু মান কৌই, মসি নুপীশিংদদা লৈ) মথল অনি শুই। প্রণয়মান অমসুং ঈর্ষ্যামান।

---

(ক) মানঃ কোপঃ সতুদ্বেধা প্রণয়ের্ষ্যাসমুদ্ভবঃ।
দ্বয়োঃ প্রণয়মানঃ স্যাৎ প্রমোদে সুমহত্যপি ॥ সাঃদ: ৩,২০২-২০৩
প্রেম্নঃ কুটিলগামিত্বাৎ কোপো স কারণংবিনা ॥

অনুরাগদি লৈরগ শাওববু মান কৌই। মান অনি শুই, প্রেমদগী ওইব মান অমসুং ঈর্ষ্যা খনবনদব) গী ওইব মান, অমুক্তাইন পুক্লিং মকা লাম্লরবদ ওইরিব মানদু প্রণয়মাননি মরম চাদন শাওবনি। মসি প্রেমগী খোংচৎ খোইবদগী ওইবনি।

নদীনাঞ্চ বধূনাঞ্চ ভুজগানাঞ্চ সর্ব্বদা।
প্রেম্নামপি গতির্বক্রা কারণং তত্র নেষ্যতে ॥
অলঙ্কার কৌঃ ৫ কিরণ।

প্রণয়মান ( অনুরাগ লৈন শাওবা )

অহানব অঙ্কদা চৎলিব মনাক্তু নকুন ফমলিব নিংথৌনা চিত্রদা মালবিকাবু উবগ হৎবদা মহারাণী ধারিণীনা ইচম চম্ম হেক্ত খুম্ন য়াবনি অহুবু প্রেমগী হৌনশা ওইব থোইচৎনবন ফাংখিহনা খুমদবসিংগক মহারাণীগী প্রণয়মাননি অদুগা অঙ্কসিমক্তা জগোই ঈংশগী চাংয়েং হৌবমদাইদা মপুক্লিং মাংবগী হৌনশা মরান কুপশিনব শাদনা নিংথৌনা মহারাণীদা হায়খি—

রাজ অন্যমনাঃ ... শ্লোক ২০ পৃঃ ৫১,৮/১৯,১০ অদুম হৌন ২ নেপথ্যদা পংখোন্নচৈব থোরকপ তারদুনা অমুকস্তু নিংথৌনা দেবা ঐখোই নাটাশালাদা চংলসি হৌরবদা মহারাণীনা দেবী ( সগ ম্) অ হা অবিনয় আর্যপুত্রস্য ॥ পৃঃ ৫৩,৩/১৯,২১ অসিনা দক্ষিণনায়ক ও ব নিপাসিনা ইমাংমক্ত অতোপ্পী নায়িকা অংবু য়েংনিংবন চীংলি। অসি খন্দুনা রাবৌখি মসিসু মহারাণী ধারিণীগী প্রণয়মাননি। মহারাণী ধারিণীদা ঈংষামান লৈংগে রাজমসি ৪শুব অঙ্কদা চেটী সাগরিকানা মহারাণীগী মরাইগু ওইনা ইরাবতীদা হঙ্গৎপ মতমদা চেটী ( প্রবিশ্য ) জয়তু জয়তু ভট্টিনী। দেবী ভণতি ..... পৃ. ১৭৮,৭/৫৪,২০ অসিং হংকই।

ঈর্ষ্যামান ( খননন্দুন শাওবা ) (খ

নায়কগী শঠ অমসুং ধৃষ্ট শীললিংগী মতমদ পনদ্রিব ইরাবতী মশামক্ত থেংনকহুনা মেখলানা নিংথৌদ ফুব অমসুং মথোংগদ তুরব ফাওবদা ফেংলাওহুনা ইরাবতী অদুম মথোকখি।

(গ) পত্যুরন্যা প্রিয়াসঙ্গে দৃষ্টেহথানুমিতে শ্রুতে।
ঈর্ষ্যামানো ভবেৎ স্ত্রীণাং তত্র ত্বনুমিতিস্ত্রিধা॥
উৎস্বপ্নায়িত-ভোগাঙ্ক গোত্রস্খলনসম্ভবা।। সাঃ দঃ ৩,২৪৫
নায়কতুনা অতোপ্প প্রিয়াদা মপুক্লিং হুমখিবহ ( মমিৎমক্ত )

## প্রবাস বিপ্রলম্ভঃ।

নায়িকা নায়ক অনিগী নিংবদ থুংনররোইদব মফমদা লৈনপ্রববু—প্রবাস (ক) কৌই।

প্রবাসদ ওইগদব অনিগী মওং (খ)।

১। হকচাং মোওাই শুদাইনবা।

২। কুচু ওনবা।

৩। যাং কণ্ড্থবা।

৪। কাইননশা লাংব অসিনচিংবা।

মলাসি তৃতীয় অঙ্ক পৃঃ ৮৬—৮৮,২ শ্লোক ফাওবমা নিংথিন উংলি মসি মালবিকাগী প্রবাস বিপ্রলম্ভগী রাফমনি—মসিদা কুচু ওনবা রাস্থব ফাওবগী রাফম পাল্লি অদগা নিংথৌন ময়াং কংথরে তায়ঙ্কবগী রাফমসু পাল্লি। অদগা মবিশুব অঙ্কদা নিংথৌনা বিদষকদা মালবিকাগা বাফম ওবদ বিদষকনা হমখি মদুদি ইরাবতী রাণীনা শনশিনবদগী শাউদনা মতাবাণীনা মালবিকাদ, বকুলাবলিকাগা লোইননা লৈরুং লমাগদ উববদা, অনুমান তৌববদা নগা। কনাগুম্বদগী তারবদ নুপামিংনা শাওবিবদু ঔষধ্যামান (থনবন্দন শাওব) কৌই অরুমিন্দগী খংবসি অঙ্কমনি। মাদুদি—

১। উৎস্বপ্নায়িত—তুমলিঙদা নায়কতুনা মপুক্তিংনে হুমলিবা নায়িকাগু মমদ পনবা চোইবোন্দ য়াওবা।

২। ভোগাঙ্ক দশনম্—নায়িকা অমদা লৈমিন্নরুবগী থুদম ফংবা।

৩। গোত্রস্খলনম্—মাগী মমিং কৌগদব মহুত্তা অমতুগী মমিং পনবা।

(ক) প্রবাস :—প্রবাসো ভিন্নদেশিত্বং কার্য্যাচ্ছাপাচ্চ সম্ভ্রমাৎ। ২,৭

(খ) অঙ্গেষসৌষ্ঠব তাপঃ পাণ্ডুতা কৃশতারুচি। সাঃ দঃ ৩,২০৮

থমজিনগ্রে। রাক্ষমসি পৃঃ ১৩৯,৫০২/৫২৬—১৪৩,৩/৫৩,১৯। মসি প্রবাস বিপ্রলম্ভনি।

## করুণ বিপ্রলম্ভ

[ রস শাস্ত্রদা প্রেম বৈচিত্ত্য হায়না খংনৈ ]

মহৈ মহৈ প্রেম লৈনরিবা নায়ক নায়িকা অনিগী ইনক হেক নক্কত্নমকপু প্রেম থুমহৎখিত্না শেংন খাইনবগী ভাবতা অরাব ফংলিবদু প্রেম বৈচিত্ত্যনি।

যূনোরেকতরস্মিন্ গতবতি লোকান্তরং পুনর্লভ্যে।
বিমনায়তে যদৈকস্তদা ভবেৎ করুণবিপ্রলম্ভাখ্যঃ॥

চিত্রদর্শনগী মতাংদা নায়ক অগ্নিমিত্র নায়িকা মালবিকা অনি শকউনবগী রাক্ষম মথক্তা পূর্ব্বরাগদ পনখরে। অতুম্বা নিংথৌদা অনুরাগ লৈরবী মালবিকানা ভগোই ঈশৈ মতাং অনিশুব অঙ্কদা ৪ শ্লোকসিমক মালবিকাগী প্রেম বৈচিত্ত্যনি। নিংথৌগী প্রেম বৈচিত্ত্যসি নাটকসিগী মতাং কয়াদা কবিনা উৎলি।

## সংভোগ শৃঙ্গার (ক)

[ নায়িকা নায়ক অনিগী প্রত্যক্ষভোগ মহাও লৌহল্লিব রতি ভাবপু সংভোগ শৃঙ্গারনি। মসি মখন মরি শুই সংক্ষিপ্ত, সংকীর্ণ, সম্পন্ন অমসুং সমৃদ্ধিমান। ]

## সংক্ষিপ্ত সংভোগ (খ)

নাটকসিদ সংক্ষিপ্ত সংভোগদং উব ফংই। রাক্ষমসি নাটক-সিগী মরি ৪শুব অঙ্কদা বিদূষক—তুবরদ্ভবং ( ত্বরতাং ভবান্ ........পৃঃ ১৫৯, পঃ ০৩ )—মহারাজঃ—নিঙ্গাইদবদি তৌবিরম্ভ

(ক) দর্শন স্পর্শনাদীনি নিষেবতে বিলাসিনৌ।
যত্রানুরক্তাবন্যোন্যং সংভোগোঽয়মুদাহৃত॥ সাঃ দঃ

(খ পূর্ব্বরাগগী তুংদ ওইব সংভোগদু সংক্ষিপ্ত সংভোগনি। মপুঙ ফাদব সংভোগ হায়বনি।

.......পৃ: ৬০, প: ৪। অসিদগী হৌবনা নাটকসিগী ৪ অ শ্লোক ১৫।

হস্তং কম্পয়তে রুণদ্ধি রশনাব্যাপারলোলাঙ্গুলীঃ
স্বৌ হস্তৌ নয়তি স্তনাবরণতামালিঙ্গ্যমানা বলাৎ।
পাতুং পক্ষ্মলনেত্রমুন্নময়তঃ সাচীকরোত্যাননং
ব্যাজেনাপ্যভিলাষপূরণমুখং নির্বর্তয়ত্যেব মে ॥ ৪/১৫।

ঐনা মাবু নমদুনা কোনগে কোমনরকপদা
থংলি মখুং চইহনা, খুদুংলি কিশ থোক্নগে
হোৎনবিব নীক্রবা খুমশাশিবু মথিলি।
নমহুনা ঐনা কেল্লরে নাইথোক থাবু অনিবু
মখুৎনা কনা শুমথিল্লি। ফজব পান ক্ষিমাব
মথিৎন নাংথজবব মমাউ.থাংচু ঐহাক্না
থাঙ্গমন্নবমকুদা অমবোমদা লেথোকাখ।
তোঁশিনবু ওহবব অস্নুমচৌনা মহাক্না
এগী আশা খুংবগী পুড়াইবাদ মপীর ॥ ৪/১৫।

মসি ফাওবনা মহাকাবনা সংকেতস্থান শাকপদগী হোৎনা সংভোগ ফাওবগী বাফম পল্লি। মসি সংক্ষিপ্ত সম্ভোগনি। মানগী তুংদ ওইব সংকীর্ণ, প্রেম বৈচিত্র্যগী তুংদ ওইব সম্পন্ন, অমসুং প্রবাসগী তুংদ ওইব সমৃদ্ধিমান সম্ভোগগী বাফম নাটকসিদ উদে।

